ꯔꯤꯛꯁꯣ ꯑꯃꯁꯨꯡ ꯑꯩ

# রিক্সো অমসুং ঐ



কোন্সম কুঞ্জধ্বজ

(ꯃꯤꯇꯩ ꯃꯌꯦꯛ ꯗ)

# রিক্সো অমসুং ঐ

কে কুল্লধ্বজ



কোন্সম পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল

*Rickshaw Amasung Ei*, a collection of Manipuri Radio Dramas written by K. Kulladhwaja, published in 2012 for the **KONSAM PUBLICATIONS**, Imphal-795 001, Manipur



অহানবা ফোঙবা ঃ নভেম্বর, ২০১২

মখুমগী দিজাইন ঃ অইবা

লুপা ঃ ১৪০/-

নম্ফম: *ৱিজর্দি ওফসেট প্রিন্টিং সগোলবন্দ থাঙ্গপাৎ মপাল, ইম্ফাল, ৭৯৫০০১*

---

**অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং ঃ**

১। রোজেন (ডিটেক্তিভ উপন্যাস, ১৯৭৯)
২। অমম্ব মপৈ অমনা ঐবু কৌখিবনি (উপন্যাস মচা, ১৯৮৬)
৩। ইম্ফালগী মৈ (শৈরেং, ১৯৯০)
৪। থৌরী অমসুং শামু লমশা (শৈরেং, ১৯৯৬)
৫। কুমগী নোংহৌ (নুপী অইবীশিংনা ইবা ৱাবীমচাগী খে মজিনবা লাইবিক, ২০০৮
৬। যুখল (উপন্যাস, ২০০৭)
৭। বিহাইন্দ অ কর্টিন (মনিপুরীদগী ইংলিসতা হন্দোকপা শৈরেং, ২০১০)
৮। ইবৈবাক ইবমদম (কবি খবনা ইবা লৈবাকনিংবা শৈরেংগী লাইবিক, ২০১০)
৯। ঐ অর্মাদ উমং (শৈরেং, ২০১২)

# ৱাহৈ খরদং

রেডিও-দ্রামা, ঐনা অঙাং ওইবিগুঁদা য়াম্না পামজনা তাবকখি। নোংমাইজিং নুমিৎকী নুমিৎয়ুংবা পুং তরানিথোই তাবা খুদিংগী বেডিও তাননবা হোৎনখি। রেডিও দ্রামাগী মহাও চুপখি লোয়ননা রেডিও দ্রামা ইনিংবগী ৱাখল পোল্লকখি। পুন্সিগী অহানবা ওইনা 'অদুঙৈ য়ুহার হাখি' হায়না মিংথোনবা রেডিও প্লে অমখক ইদুনা ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফালদা থাজিনখি। লীলা অদু খল্লকখিদ্রে। জোহ্নসটোন হাইয়র সেকেন্দা [illegible] ক্লাস এলেভেন টুয়েলফ তল্লিগুঁদা অতেনবা ষ্টেজ লীলা ইদুনা ষ্টেজদা মহৈবোইশিংনা শান্নদুনা উৎখি, ঐ ইশামকসু যাওশন্দুনা অহল অমগী শক্তম লাংখি। লীলা তম্বীখিবা ওঝা দিনেস অমসুং ওঝা সনাহনবী ঐহাক্না হৌজিকসু কাউদ্রি। মুতুৱা তোম্বনা ইবা "অঙাংবা লম্বেল", বিরজিৎ ঙাঙোম্বনা তাকপী তম্বীবা লীলা অমা এম.ডি.যু হোলদা ১৯৮০গী মতম অদুৱাইদা উৎখি, লীলা অদুদা ঐহাক্না নহারোল নোংমৈ পাযবা অমগী শক্তম লাংখি। অদুগী মতুংদা জি.এ. হোলদা শান্নখিবা 'যিষু খৃষ্ট' কৌবা লীলা অমদসু আর্টিষ্ট অমা ওইনা শাকক য়ারকখি।

শুমাং লীলা যেংবদসু থৱায় যাম্না যাওরকখি। লীলা তৌগনি হাযবগী পাউ তারবদি যেংবা চৎনবগী থৌরাং অদুম্মক তৌরে। ইমান্নবা মযামগা নত্রগসু ইথন্ত অসুম্মক চৎলি। অঙাং ওইবিগুঁ, ক্লাস ফাইফ সিক্স তল্লিগুঁ মতমদা লৈকাইগী অঙাংশিংনা লীলা শান্নসি লীলা ইয়ু হায়দুনা ঐঙোন্দা তকশিল্লকপদগী "লাইট ইন দ দার্কনেস" হায়না মীংথোনবা লীলা মচা অমা ইদুনা শান্নখি, ঐসু লীলা শান্নবদা যাওশনখি। ঐখোযগী লীলাদু অঙাং মযাম্না থৱায় যাওনা যেংখি। অসুম্না লীলা দ্রামাদা থৱায় যাওবকপদগী রেডিও লীলা ইনিংবগী ৱাখল লাকখি। লাইবিক অসিদা য়াওবিবা লীলাশিং "লম্বী লম্ফাইরক্তা", "নুপী" অমসুং "পান দুকান" ওল ইন্দিযা রেডিও ইম্ফালনা এপ্রুফ তৌবীদুনা মীযামদা লাপ্থোকখ্রবনি। "বিহে অমসুং ঐ" হায়বা লীলা অসিদি লাপ্থোক্ত্রি। রেডিও ষ্টেসনদদি পীশনখ্রবনি। এপ্রুফ [illegible] নত্রগা তৌদে হায়বগী পাউ তাদ্রি। "লম্বী লম্ফাইবক্তা" সাইকো-প্লেনি। নুপী অমা, নুপা অমা কেবেক্তব অনীখক্তনা শান্নবা লীলানি। যুম্বামিন্নরিবা মতৈ মনাও অনিগী মবক্তা অমনা অমবু থাজদবা, মদুদগী থোবকপা সাইকোলোজিকেল ক্লেস অর্দান ঐনা উৎচাবিবসি। "নুপী" হাযবিবা লীলা অসিদনা নুপা অমত্তা যাওদনা নুপী ঙাক্তনা শান্নবা লীলানি। যুম

অমদা মৌ অহুম নিঙোল অমা লৈবা, নুপীশিং অসিনা অমনা অমবু কল্লক্লবা, থবক তৌবদা লৌতান্নবা, ৱাবেম ঙাঙনবা, ইচা মীচা নাইবা মীৎয়েং - অসিগুম্বা কয়া অসিনা ইমুং মনুং মথী লাংলকপগী ফিবম উৎপনি। "পান-দুকান" হায়বা লীলা অসিদনা মমা অমনা পান দুকান ফমদুনা মচ নুপীবু শেমজরকপা, মচানুপাগী থবক মচা অমত্তং ফংননবা হায়দুনা অঙমবা শক্তি শীন্নবকপগী ৱারীনি। "বিক্সো অমসুং ঐ" হায়বসিনা রিক্সো থৌবা নুপা অমগী পুন্সিদা থেংনবকপা অৱা-অনা থৌদোক ৱাথোক উৎপা লীলানি। খ্বাইরমবন্দ বাজারদগী খয়াম বাজারফাওবদা পেসেঞ্জর মতৌ মনাও অনীখক পুরকপগী ৱারীনি। লম্বীদা থেংনরকপা থৌদোক ৱাথোক, রিক্সোৱালাগী পুক্নিংদা ফাওবকপা ৱাখল, নীংশিংলকপা থৌদোকশিং উৎপা লীলানি।

লাইবিক অসি পুথোক্লবা হোৎনরকপদা নম্বগী থৌদাং লৌবিরিবা ৱির্জাদি ওফসেট প্রিন্টিংগী ইচিল ইনাওশিংবু থাগৎচবি।

*কে. কুল্লধ্বজ*

তাং ১৬-১০-২০১২

# কৎচবা

মনিপুরী দ্রামা চাউখৎনবা হোৎনবদা
নরু নয়াং কেমখিবা
হে মনিপুরী দ্রামাগী নিংথৌরেল
জি.সি. তোংব্রা
কৎচরি নফমদা ঐগী রেডিও প্লে ''রিক্সো অমসুং ঐ''

কে. কুঞ্জধ্বজ

# কদায়দা করি

# কদায়দা করি

# লীলাদা য়াওবা মীশিং

| | | |
|---|---|---|
| ১. | তমু | মমা |
| ২. | নুংশিথোই | - মচানুপী |
| ৩. | অঙৌতোন | হুগোইগী ওজা |
| ৪. | নুপা ১ | |
| ৫. | নুংশিথোই মপা | - |
| ৬. | পাখং ১ | - |
| ৭. | পাখং ২ | - |
| ৮. | ইবেম্লৈ | |
| ৯. | নুপী ১ | - |
| ১০. | নুপী ২ | - |
| ১১. | নুপী ৩ | |
| ১২. | মেমা | - ডাইবেক্তর, আর্টস এন্দ কলচব |
| ১৩. | থোইবী | শকনাইবী নুপী |
| ১৪. | অপাবা | মৈবা পাযবী সেক্রেটবি |
| ১৫. | পীযোন | |
| ১৬. | ইদুকেসন ডিবেক্তব | |
| ১৭. | ওফিসাব | |

# পান দুকান

## (অহানবা)

(জগোয়গী তান্দা ধুলক য়েবকই)

অঙৌতোন - শোমদা লৈখৎলু, শোমদা থেকউ। য়েংউ তো। অসুম হায়না।

নুংশিথোই - যাদেদা হেক্তা শোযখি। কবমহায়না থাংউ হায়বা খোংশিবো? খুৎশিনা কবমহায়না থেকপা'?

অঙৌতোন ঐনা শাবিবা মওংসি মুন্না য়েংউ। (জগোয শাবগী তান-য়েবকই) খঙলদবা'?

নুংশিথোই অহোই খঙজবনি।

অঙৌতোন - অদুদি শারো য়েংলগে। (জগোযগী তাল য়েবকই) অস সোইবে। ওন্থোকপনিদা ঐনা নঙোন্দা দিমোন্সত্রেশন তৌথিবসি অমুক অনিবক্তা নৎত্রে মশিং ফনা য়াম্না যাম্মে হায়বা। কবিগীনো নঙনা অসুক যাম্না হৈগনদ্রিবসিবো?

নুংশিথোই - খংদেদা। ফনা যাম্নশু হোৎনরবনি। মওং তাও হায়বা ইয়া যাদে। তোকথোক্লগেদা ঐ। জগোযকা অমত্তা য়াওববোই।

তমু - ইবেম্মা, অদুম তৌববদি য়াববোই। অ-যা, ইমুংদা চংখ্রেনেহে। (ইমুংলোমদা ওনশিন্দুনা) ইবেম্মা থোরকউনে নংবো। তম্লগা মরন্নাই হৈজবক্কনিনে। তমদনা হৈবা য়াবা নত্তেনে। হঞ্জিল হঞ্জিল তম্লগা, হঞ্জিল হঞ্জিল নৈনবগা হৈবক্কদবনিনে, থোবক্রা?

নুংশিথোই - অহোয, থোকচবক্লগে ইম'।।

তমু নংগী ওঝানা হায়বদু মুন্না ত শিল্লু। তম্লখো লাকখো। মতমসি যাম্না ঙল্লি। নুমিৎ তাগদবা যাম্না ৱাৎলি।

অঙৌতোন - (জগোইগী তান য়েবদুনা) শাবো শারো। নঙগীদু লাল্লে, শোমদা লৈখৎলু, শোমদা। কদাই নখুৎতু পীবকউসে।

নুংশিথোই - অস, হৈনখিদ্রে।

তম্ - ইবুংঙো মসিগী অঙাংসে যাম্না ইকাই থীগনখ্রবনি। থবলচোংবফাওবা হৈবজাৎ নত্তে। মমান্নবী মযাম্না নমদুনা থাবলচোংবা তম্বীগে হায়দুনা চীংশিল্লফাওবদা মানা যাদদুনা চেস্থোং কইবনি। ওস্থোক্লসু ইকাইথীগনখ্রবা। শাও হায়বা যাদ্রবদি থাবল চোংবা ওইনা তমগে হাযরা তম্বীরম্মু।

নুংশিথোই - (মথন্ত) কবিনি হাযগেসিদি ঐখোয ইমাসিদি।

অঙৌতোন - যাম্না লাইখ্রবা জগোয়নিদা। থাবল চোংবনদুম হেন্না লুবজাৎনি।

তমু - হন্দক্কী লাই হবাওবসিদি থোক্কবা য়াদে হায়দুনা ঐনা ইবুংঙোসি কৌদুনা নঙবু তমহল্লিরবনি। থরায য়াওনা তম্মু ইবেম্মা।।

## (অনিশুবা)

নুপা ১ - ইচে তমুবু কদোমদা চৎথোর্কখিবগে?

নুংশিথোই - কৈথেলদা পোৎ লৈবা চৎখি।

নুপা ১ - ক্না অমত্তা পীবকউ।

নুংশিথোই - জর্দাবা সদাবা?

নুপা ১ - জর্দানি। সাত পীবকউ।

নুংশিথোই - (ক্না শেম্মী) লৈজবে সিদা।

নুপা ১ - কদায়। শুনু খিতংগা পীবকউ। (ক্না উল্লগা) নহাক্কী নহানমখৈ দুকানসিদা ফম্না কযা উদে। ইচে তমুগী মচা নৎত্রনে নঙবু?

নুংশিথোই - মানি।

নুপা ১ - হোইনে ওইবমর্গানি খল্লিনে। শকশু ওস্থোক্না মান্নখ্রেনে। নহাক্না তম্না ক্নাসি যাম্না চাওই। কবি হাযগে? শেলদি পীদ্রবস যাববা নৎত্রা? (নোর্কমি নোর্কমি তৌদুনা) চৎলগেকো।

নুংশিথোই - (মথন্ত) কর্বিনি হাযগেসিদি। হায গযনা চৎখ্রেনেহে। (নুপাদুদ) তাদবু কদাযদা লৈবনো?

নুপা ১ - ও, ঐবু খঙদবজাৎ ওইবে। ফাগী তৌবনি, পৈশা পীগনিদা। সে সে।

নুংশিথোই - (মথন্ত) ক্না মতপ অমখক চাবগীবু চাম্মা। চৎপীকা পুথোক্লদনা। (নুপাদুদা) অচোইবা লৈজদ্রে হন্নবা।

নুপা ১ ঙাইখোকো ঐ অমুক্ত য়েংখিগে। ঐগী ফুরিৎখাওসি অচোইবা

যাওরিবজাৎলা। চম্মা, যাংখৈ চৎপী (পৈশা মযাম ফাকপগা মখোল) ও, তবা চৎপী অমদি যাওবেহে।

নুংশিথোই - (মথন্ত) মানা পায়বিবা শেল মযামসিদা মঙা চৎপীসু দমাদা য়াওবিপোৎনি। কবিগীনো মানা অমুক তরা চৎপী ওইনা থাদবক্লিবসিনা?

নুপা ১ - মসিদগী হল্লকও। অচোইবা যাওদ্রগা হল্লক্লবসু য়াবেদা। ঙসিদগীদি ঐসু নুমিৎ খুদিংগী লাক্লগদবনি। ঙসিগী অসিগুম্বা মতমসিদা। নহাক হেক হেক লৈরম্মু।

নুংশিথোই - (মথন্ত) মসিগী নুপাসি ওম্ভোক্লা হৈনখিদ্রেদা। মাগী শেল অসিদা প্রপ প্রপ হন্দোকখ্রগে। (নুপাদুদা) শেল অসিদা লৈজবে। (মী খরা ক্কা চুরুট লৈবা চংলকই, ক্কা পীয়ু, চুরুট উপু অমখক্তা পীয়ু হায়বে), (মথন্ত) মসিগী নুপাসিনা কাং [illegible] লৈশিন্দুনা লৈবৰসিবো। হৌজিক্কাওবা চৎত্রিনে। ক্কা চাববদি কোক হেক চৎখিগে হায়দেনে। পৈশা অচোয়বা য়াওনা যাওনা মপুমগা পুথোক্লদনা। পৈশা যাম্মা পায হায়বা উৎলিবা হায়দু ওইবমাল্লেনে।

**(অহুমশুবা)**

তম্মু - (মচানুপী কৌব কৌবদুনা চংলকই) ইবেম্মা, নুংশিথোই। পবিক্ষা হায়দোক্লে হায়নেহে মেত্রিক পবিক্ষা হায়দোক্লে হায়নে। যেংঙুলা ওনে যাওববা হায়দুনা। খবব অসি ঐনা হোকরদগী লৈহৌবনি।

নুংশিথোই - (তফিং তফিং চেম্ভোবক্তুনা) কবি হায়বা ইমা পবিক্ষা হায়দোক্লে হায়বা কদায় খববদি?

তম্মু - সে, সিদা লৈবেনে। যেংঙবো।

নুংশিথোই - বোল নম্বর 3-4-9-6-00 (কোইথি থিরুবগা) পাস তৌবে। (হরাওনা) ইমা ঐ পাস তৌবে।

তম্মু - ও, ইচা পাস তৌবে। (হবাওনা) হা হা হা ইচা পাস তৌবে। (হবাওমন দুনা কাপ্পা) ঐনা পান দুকান কমদুনা ইচাবু লাইবিক তমহনবগী মহে। মহে চাগদবা কুইদ্রেদনা। নোংমা মখোয পাবুংনা পুন্সিগী অবোইবা মীকুপ্তু

.........

(হান্নগী থৌদোক)

নুংশিথোই মপা - তমু! তমু! ঐ য়াম্না ৱারে। ঐ শিরনি।

তমু - ঙাইহাক্তা পোথাবিয়ু। করিসু তৌরোইসে।

নুংশিথোই মপা - ঈশিং, ঈশিং খজিক্তং থক্কে।

তমু - (ফিলটবদগী ঈশিং য়াবগী মখোল) সে, সে ঈশিং নৈরে।

নুংশিথোই মপা - (ঈশিং থকপা লোযবগা) আ ...... ৱাবা খরা ফৈদা। নুংশিথোইদি তূমখ্রববা?

তমু - কুইবে মাদি তূমখিবা।

নুংশিথোই মপা - নুংশিথোইসিবু চহি অহুম শুবে হায়বদাই।

তমু - উম শুবে চহি অহুম মপুং ফাবে।

নুংশিথোই মপা - নোংমদি মহাক লৈশাবী হায়বদু ওইবগনি। ইচানুপীসে নহাক্তা ফজনা শেল্লকউকো। ঐদি চংকদবা কুইদ্রে।

তমু - করিনো হায়বীবিবদুবো। ইবানি চংদুনা ইচাসে শেমগদৌবিবনি।

নুংশিথোই মপা - ঐদি ঙল্লোইদৌরে। হয়েং নোংঙাল্লকপা মতমদুফাওবা যৌগনি থাজবকত্রে।

তমু - পুক্লিং অদুক য়াম্না শোম্বরবদি করম হায়না তৌগনি। হৌজিক পুং ১০ তাবে। হিদাক থক্কবগী মতম য়ৌশিল্লক্কে। সে হিদাকসি চামচ অনী থকচিল্লু। হৈবক্লগে।

নুংশিথোই মপা - হিদাক চাবগী কান্নবশু অমত্তা ফংদে। তোক্লগেদা হিদাক্কা অমত্তা চারবোই।

তমু কৈদৌবগী চাবোইদৌবিবনো? অনাববু খুদক্তা হেক্তা ফগৎলকপা যাববো। তপ্না তপ্না ফবক্কদবনি। সে য়াদু কাথোকপীয়ু।

নুংশিথোই মপা - (হিদাক য়োৎপগী মখোল) ওন্থোক্লসু থাস্ত্রে। কবি হিদাক্লো খংদে। অসুক যাম্না থাবসিবু। (অহিংগী উচেকশিং খোংলকই। অবাঙ্গদা হূইশিংনা লাক্লা লাক্লা খোংই। মকু খোংলকপগী খোঞ্জেল তাবদা) উম শোইদ্রে। মকু খোংলিবসে। ঐবু অশি লমদমদা লাক্লো হায়বিবগুম তারক্লে। আ...... পুক অসি য়াম্না শাবে। আ ....... ঐ ...... যাম্না ৱাবে। তমু, তমু। মহাক তূমখ্রমাল্লে। ফবে মহাক্কী তূম্বা থুগাইনীংদ্রে। মহাকপু কৌববোই। আ ...... অক (অবোইবা খ্বব হোনখি)

তমু - (নখোক্লুনা তূমলুবদগী হৌগৎলক্লুনা) মখোয়বা, মখোয় বা, হৈস কবিনো তৌবিবসিদী। কবিনো কবি মত্তৌ কৌবগেনে। (কপলদুনা) মখোয় ববা,

্হো মখোয় ববা কবিনো নহাক্লা ওইরবা মতৌসিবো। ইথ্য থাজদনা।

(হান্নগী থৌদোক লোইশিনবা)

তমু - অহীং অদুদা মহাক্লা হায়বম্বা (অমুক নিংশিংলকই)

নুংশি মপা - (নোংমদি মহাক লৈশাবী হায়বদু ওইবগনি। ইচা অসে নহাক্লা ফজনা শেল্লকউকো তমু। ঐদি চৎকদবা কুইদ্রে)

তমু - শেমগনি ইচাবু মী ওইহন্নবা শেমগনি। ইবেম্মা, ঙসিদি নুংঙাইরে. ইমা নুংঙাইবে। ঙা চাসি ইমা কৈথেলদগী ঙা লৈকগে।

নুংশিথোই - ইমা অদুদি ঐ চাক থোংগৎপা হৌবগে।

## (মরিশুবা)

(স্টোভকী মখোল তাই, থাউ ঙৌবগি মখোলসু)

তমু - ফজনা হাওনা থোংসি ইবেম্মা।

নুংশি - ইমা ঐ দি:এম: কোলেজদা তমগে।

তমু - তম্মু তম্মু। তমগদবনি নহাক্কি ৱাৎতনব ঐনা লোইনা শীনগনি। ঙাইখো মেত্রিক পাস তৌববদি থবক তৌবা যাবা যাম্না লৈদাইনে। এল.পি. গী ওঝা ওইবসু যানি।

নুংশি - ঙাইখোদা থবক্কী ৱাদু অমুক্তা তোকখো। লাইবিক তমথবগী ৱাবী শান্নবিঙৈদা থবক্কী ৱা পল্লকখিনু।

তমু - তুংগী খন্দবা য়াদবনি ইবেম্মা লাইবিক য়াম্না হৈবে ক্লাস যাম্মে হায়দুনা থবক পাক পাক ফংবা যাবা নৎতেনে। বি.এ, এম.এ. কয়া থবক ফংদ্দুনা তা তাদুনা লৈববনি হৌজিক্কী মতমসে। অদুনা থবক অমা পায়হৌনবগী ৱাখল তৌদবা যাদবনিনে।

নুংশি - তা তাদুনা লৈবিবশিংদো শিম্বোং খংদবনি। সবকাবগী থবক নত্রবদি অমত্তা লৈত্রবরনে। মী খুদিংমক সবকারগী থবকঙাক্তা পায়নগে হাযবদি কদাইদগী ওইবা য়াগদগে। সরকাবগী থবক নৎত্রবসু তৌনিংঙাই থবক যাম্না লৈখ্রেদা ইমা। ঐদি সরকারগী থবক তৌরোইসিবা হায়দুনা খল্লি।

তমু - কবিগী তৌবোইদৌরিবা। মাংলে মাংলে অদুম্না খল্লবদি। ঐনা নংবু সবকাবগী থবক শোইদনা ফংহনগনি। ক্লাস টুয়েলফ পাসতং তৌবকউ।

নুংশি - ঐদি ক্লাস টুয়েলফতংদা নৎতে। বি.এ, এম.এ য়ৌনা তমগনি।

তমু হায় অপংবী! তাঞ্জা অমতং হেক ফংবদা শৎ লাওনা হেক্তা লিৎশিনহৌগদবনিনে। হৌজিক হৌজিক তাঞ্জা ফংদদুনা তৌরিবনি। ঐদি নঙবু, এল.পি. গী ওজারা কবিনো শৎ লাওনা চংহনগে হোৎনরিবনিনে। কনাগী দাইরেক্তর, মন্ত্রি ঐ লোয়না খঙনরিবনিনে।

নুংশি - (নোক্লদুনা) কদাইদগী খঙনবিবা? ক্বা চাবা লাকপদা খঙনরিবরো?

তমু - নোক্রেম হাগ্রেম্লগনু। ফাগীদৌনা।

নুংশি - কান্নদে ইমা, চাক লোইরে, চাক্কুম চাথোক্লসি।

তমু - চাবসি অদুদি। থিদোরক্লো।

**(মঙাশুবা)**

নুংশি - ইমা দুকান থোং লোল্লম্লবরা?

তমু - লোনশিল্লম্লে। ঐ বাজারদগী পোৎ চৈ খরা লৌরুগদবসু লৈ। চাক চাথোক্লুগা হাইগৎলগে।

নুংশিথোই - ইমাগী চাক থিদোক্লুগা থম্লম্লবনি। ঐ কোলেজ চৎলগে। মতমসি আ যৌশিনখ্রে। পুং তবা তাশিল্লক্লে।

তমু - ইবেম্মা নংবু কোলেজ চৎপদু খবা খবা কেবগা চৎলু কৈদৌবগে। নংনা অদুম্না চৎপদু ইমাদি ইকাইনে মীগী মমাংদা। ঐনা লোইনা লৈশিন্দুনা থম্লবনি। নংগী মায়দা তৈননবা পাওদব, লিপস্তিক, মীৎতা যেক্লবা কাজল অমত্তা ব্রাৎতনা লৈরবনি। তৈশিল্লু, ঐ পুথোরক্কে। (উপু হাংদোক্কুনা পাওদব, লিপস্তিক্লচিংবা লৌথোকপগী মখোল) সে সে অসিদা লোইনা লৈবে।

নুংশিথোই - ইমাসিদি লৈশাবীদুমঙাই। সিদগীদিনে ইমা, দুকান ফম্মু কাযনা পঙহায় হাযরক্লগনুকো। ইমান্নবীশিংগী মমাংদা ইকাযজেকো।

তমু - হে হে নংবু সবকাবগী থবক তৌনীংদে হায়বদাইনে। সবকাবগী থবক তৌবোই হাযবর্বাদি পান দুকান ফম্মা তাবা ইবেম্মা।

নুংশিথোই - মীনা পান দুকান ফম্বাগী মচা পান দুকান ফম্বী হায়দুনা লক্লবক্লবাদি।

তমু - লকুনগা লক্লবেদনা। মখোযনা লক্লবগা কবিবু মাংজনিয়েগে। ইনাসিনা তাবি.দ্রগা লোইহবে। ঐনা শংদবা মতমদদি নহাক্লা ঙাইহাক ঙাইহাক ফম্বা তানে। দুকান ফম্বা তানবদি পানদবা থাবা, লিপস্তিক তৈবা কাওবা যাদে।

নুংশিথোইবি - ঐবু পান দুকান্দা মিঙ্গলা এদভর্তাইজ তৌগে হায়রিবরো ইমানা হায়বিবসিবো"

তমু - কেদ্রবদি কনানা পোংলেব চংবীবক্কদৌবিবনো" কেদবা যাদর্বনা। ঙন তাওনে নঙবো। মতমগী ইবাং খবসু খংউনে।

নুংশিথোইবি - ঐ যাম্না হৈনদেকো। নহাক নোংমখকসু মশা নানবা নুপা অমম্বক ঐখোয়গী দুকানগী মমাংদা শুম নৈশন্দুনা লৈবা। মমিৎ মনাকদু শু ফল্লপ ফল্লপ যেংলদনা। গোপ সোপ তৌবিবা ওইবমাল্লে। পৈশাকা চবুল চবুল পুখোক্লদনা।

তমু - অদুগুম্বা গপ সপ তৌবা মীওইদুদগীনিনে, পৈশা চোল্লপ চোল্লপ খোকহৌগদৌবিবসে। ইবেম্মা মখোযদু অশিংবা মী নত্তে। অপংবা মীনি। থাগৎলগা হবাওবা মীওইনি।

**(তরুকশুবা)**

তমু - ইবেম্মা নুংশি, নঙ ঙসি নুমিদাংবাইবমসি দুকানসি ঙাইহাক ফল্লমদবা য়াদ্রে। ঐ কৈথেলদগী এঙ্গাং নাপী খবা লৈরুখিগে। (পাখং অনী অহুম ক্বা চাবা চঙলকপগী সাউন্দ ইফেক্ট)

পাখং ১ - ইনে জর্দা অহুমখক্তং পীবিয়ু।

তমু - কথা যাওগদ্রা ইবুংঙো?

পাখং ২ - অহোয় য়াওহন্বীবকউ।

পাখং ১ - যুবী অঙৌবা লৈববদি হাপ্পীরকউ ইনে।

তমু - লোং পান হাপ্পুবা, এলাইচি হাপ্পুবা?

পাখং ১ - লোং পান ওইনা হাপ্পীযু।

পাখং ২ - মনা মচেৎ অমগা শুনু খিতংগা পীবিয়ু।

পাখং ১ - ঐগীদি শুপাবি খবা হাপ্পীযু।

পাখং ২ - ইনে, নচাসি মশক ফজে হাযদুনা উৎলিবরো, নৎত্রগা লৈতেং ওইনা

খিল্লিবা হাযদুবা'' মহাকসু ক্কাসি তপ্পা খবা যাওববদি ফদৌনি।

পাখং ১ - হোযনে ইনেনা তপ্পা ক্কাদগী নচানুপী অসিনা তপ্পনা যাম্মা হেন্না হায়ওনিবু।

নুংশিথোই - (মথন্ত হায়জে) শকশিংশে ওস্থোক্ল: নুংশিখিদ্রেদা। মমায়সু ওস্থোক্লা কনখ্রবা হাযদু ওইরে। কদাই কদাইদগীনো খংদে মশক্লা মবোল অমা থীবিবা। মমিৎ মনাশিসু ঐঙোন্দা ফল্লপকা যেংলদনা। কবি থোকই হাযদুনা তৌজ শাবিনো।

পাখং ২ - ইনে, নচাসি ঐখোযদা থাজবোদনা।

তমু - হো, থাজববনি লৌজবো।

নুংশিথোই - (মথন্ত) করিনি হাযগে সিদি ঐখোয'মাসিদি।

পাখং ১ - ঐখোয ইনেসিদি অযাবীনি। মদুনান ঐখোযগা মোৎ চান্নবিবসে।

পাখং ২ - ঐখোয়, সিস্তুব। রাবৌবকা যাদেকো, ইনেগা ঐখোয়গদি ... কাইনদে। অদুনা ফাগি পংতৌ তৌনবনি।

নুংশিথোই - (মথন্ত) ফাগীনি হাযদুনবু হেঞ্জিনবা রাহৈ বাতা যাওবক্লবদি। (নুপাশিং অদুদা) চুম্না ফাগী তৌনবদি তৌনবনি, রা ঙাঙবদা ব্রেক খবা খবা ফানসিদা। ইমাসু অদুমঙাই রা ঙাঙবদা ব্রেক খবা খবা ফাবিযু।

## (তরেৎশুবা)

ইবেন্নৈ তমু ক্কা অমত্তা চাগে।

তমু - ইবেন্নৈ নঙসে যাম্মা থুনা শিবনিবু।

ইবেন্নৈ করিগী'' কৈদৌবগী শিগদৌরিবা? মীবু পাক পাক হেক শিবা যাবরনে''

তমু - শির্দাদ কৈনো। নুপীনবু ক্কা র্জাদা অদুক যাম্মা চাশল্লবদবু কৈদৌবে শিবোইদৌবিনো। চাকখাওদু যাববোইনে র্জদা ঙাক্কা ঙাইবস্মনিনে। অমাংবকা ওনা র্জদা মনম নম্লল্লনি ইংলেম্মা। নঙনা নোংমদা চাবিবা ক্কাশি মশিং খংদ্রে হাযমি।

ইবেন্নৈ ঐঙোন্দদি হাযবি। নঙদিনা, ঐনা চাবিবসিদগী শকক অনি অহুমদি চানমগানিদা নংশু।

তমু ... ঐনা চাবিবসিদি নোংমদা মথুমলক্তুনি। অমু ক্ত অমা, অ... চাক তোক্লসা মতুংদা অমা নুমিদাং চাক তোক্লসা মতুংদা অমা। নংদি নোংমদা

৭ - ৮ মুক্তি চাবমগনি।

ইবেল্লে - ঐবুদি ফৈনে। ঐদি ক্বা নত্তনা অাতে অমত্তা তৌদে। নঙদি র্জদা চাবত্তা নত্তনা চুরুটসু থকই। চুরুটতা নত্তেনে, যুফাওবা কবিমত্ত নচুংদনা যোৎপা ঙম্মী।

তমু - ঐগী হৈনবী অমত্তা থমদেসে। ক্বা চাবোই হায়বসু ঙম্মি, চুরুট থক্রোই হায়বসু ঙম্মি। যুদুসু কবিগুম্বা মতমদা নোংফাদোক থকপগী য়ান।

ইবেল্লে নোংফাদোক্কী নত্তে। শুংথকপু থকপিকবনু ইবেম্মা। নংনা তৌবিবা নিশাবন্দগী মেম্বরসু ওইসিল্লি। অদুগা যুশু থকপা, মদুবু কৌর্নাবিবরা হায়বা? নশাশু নহা ওইবি। নচানুপীগা নংগা যেংমিন্নবদসু নমান্নবী মাল্লিনে। ফিককা ইন্দনা চৎলবদি লৈশাবী মচা শাবা য়ানিবো। পাখংককা ইন্নবক্কদৌবিজাৎনি।

তমু ঐখোয়সু নহা ওইর্জবিপোৎনি কৈনো। যুম পাল্লমদ্রবদি লৈশাবী ওইবা য়াবিপোৎনি। চহী ৩৮ - ৩৯ হবরা লৈশাবী যাম্না লৈবিপোৎনি কৈনো। ঙবাং নহান্দসু অরাংলে মদগী মেমতোম্বীদু লুহোংখ্রিবদুনি মশাগী চহী ৩৯ শুবদা। মেমতোম্বীনা ঐঙোন্দগী চহী অনি হল্লিবনি। ইশাগী চহী ১৭ শুবদা যুম পাল্লকপনি। অদুননি ইচানুপীগা ঐগা ইশুং ইমান্নবীদৌনা তৌবিবা।

ইবেল্লে - ঙাইখো ঐনা লাক্লিবসে হোবেন নুমিদাং নিশা বন্দগী মিতিং লৈ হায়দুবু পুং কয়াদনো?

তমু - হোবেন পুং ৭.০০ তাবদনি। থোবক্তবা যাদেকো।

ইবেল্লে - হোই, হোই। শোইদনা থোক্লককনি।

## (নিপানশুবা)

(নিশা বন্দগী নুপীশিং মিতিং তৌননবা যৌরক্লে। ময়াম মবাং মরাং তৌই। মিতিংগী মতম থেংমল্লি ঙনমল্লি, মী শুই শুদে হায়বা ৱাফমশিং অমগা অমগা ঙাঙনৈ)।

নুপী ১ - ময়াম ৱা অমত্তা হৌদোকচগে। মিতিংগী মতম অসি পুং তবেৎ হায়বনি। হৌজিক পুং ৭.৩০ তাশিল্লক্লে। মিনিট ৫ - ১০ থেংবদি থেংবনি। পুংখায়মুক থেংজিল্লক্লবসিদদি ঐদি য়াওবা ঙমজবরোই। যুমদা হঞ্জখ্রগে।

নুপী ২ - কবিনো হায়বিবা ৱাফমসিবো? মী শুফাত্তদুনা তৌরিবনি খবা ঙাইথোক

ঙাইশিন তৌবদি যাইদনা।

নুপী ১ - মী শুবা শুদবা মৈতৈ পুং তৌবসি খিৎ তোক্করসে লৈবাক মচাশা।

নুপী ৩ - মী শুদনা মীতিং হৌবা য়াবা নত্তে।

নুপী ২ - অদুবু হৌজিকফাওবা থোক্লরক্ত্রিবা মীশিংসিবু মরি মীদানো হায়বনি। মখোয়সিদি ময়ামগী শুকখন খন্দবা জাৎনি। ঐগী ঐগীতা খনবা, মীগী ব্রাদি খংদে, ময়ামগী ব্রাসু খঙদে হায়বা মীদা ঙাক্ত ঙাইখ্রেনে ঐখোয়গী লমদমসিদা লৈরিবা নুপীশিংসে।

নুপী ৩ - অতৈ লাইরি সভাপতিদুবু য়ৌরক্লববো?

নুপী ১ - আ, তু তু। হৌজিক্তা লেংলক্লেসে। আদ লাক্লিবসে লুহোং খোংথাংদা।

নুপী ২ - সভাপতিনি হায়দুনা চাওবিবনিদনা। এম.এল.এ, মন্ত্রিদু মঙাইখ্রেমি চাওবিবসে।

নুপী ৩ - য়ৌশিল্লক্লে য়ৌশিল্লক্লে। চিফ গেষ্ট, প্রসিদেন্ট অদুগা [illegible] ঙাঙ্গদবা মীওইশিং শুরে।

নুপী ২ - অদুদি হৌরসি।

নুপী ময়াম - হৌরসি হৌরসি।

নুপী ২ - ঙসি থংজ নুমিৎ, জুনগী তাং ২৮, ১৯৯৭, তেরা কৈথেল মৈরা পায়বী লুপকী মঙাশুবা চহীগী মীফম অসিদা অথোইবা অতিথী ওইবীগদৌবিবা শ্রীমতি চোংথাম ওংবী মেমা দেবী, দাইবেক্টর আর্ট এন্দ কলচববু ফমফমলাংদা লেংশিন্বীননবা কৌসিঞ্জবি। (ময়াম খুবাক খুই) মথংদা শ্রীমতি মাইবম ওংবী থোইবী দেবী, লমদম অসিগী শকনাইববী মৈরা পাযবী লুপকী সভাপতিবু ফমফমলাংদা লেংশিন্বীনব কৌশিঞ্জবি। শ্রীমতি থোইবী অমসুং শ্রীমতি মেম্মা (ময়াম খুবাক খুই) হৌজিক শকনা[illegible] নুপী অনিনা অখোইবা অতিথী অমসুং সভাপতিগী ফমফমলাংদা লেংশিনখ্রবা মতুং অসিদা [illegible] নুপী কলচ [illegible] শকপীনব কৌসিঞ্জবি।

(শৈহৌ ঈশৈ।)

লাক্লো নুপীশা হুৎশল্লবো

ইথৌদাং পাংথোক্লসি ঙসিদি

মাংদা তাদুনা লৈবে থবকশিং

লৈতে কনাশু ঐখোয় নংতনা

ভৌবীনবা ঐখোয়গীদমক্তা
য়াইফনবা ঐখোয়গী খুনাই।
পায়খৎলসি মৈরা ঐখোয়পুন্বা
চুখৎলসি থাওমৈ য়াইফনব
ঐখোয়গী খুনাই ঐখোয়গী লমদম
ঐখোয়গী নুপী ঐখোয়গী অঙাং।

নুপী ২ - ঈশৈলুপকী কলাকারশিংনা শৈহৌ ঈশৈ শকপীখ্রবা মতুং অসিদা মৈরা পায়বী লুপ, তেবাকৈথেলগী জেনরেল সেক্রেটরী শ্রীমতি অপাবীনা তরামনা ওকপগী ৱারোল পীবিগনি। কৌশিঞ্জরি শ্রীমতি অপাবী দেবী।

অপাবী ঙসি তেবাকৈথেল মৈবা পাযবী লুপকী ৫শুবা চহীগী মাফম অসিদা লেংবীবক্লিবা ঈচিল ইনাওশিং, অহল লমনশিং মযাম পুম্নমকপু তরাম্না ওকচরি। ময়াম্না থৱায় যাওনা লেঙবীরকপগীদমক্তা নুংঙাইবা ফোংদোকচবি। অথোইবা অতিথিগী ফমফমদা লেংশিনবীবিবা আর্ট এন্দ কলচবগী দাইরেক্তব শ্রীমতি চোংথাম ওংবী মেমবু তবাম্না ওকচবগা লোযননা তৌবীমল খঙবা উচ্চবি। অদুগা ঙসি অযুক ফমখিবা বিজিনেস সেসন্দা তাখিবা ৱাবেপশিং অমুক্তং পাথোকচরি। অহানবা ৱারেপ, মৈরা পায়বী লুপকী থবক থৌরম কযা পাঙথোকপদা মতেং ওইননবা সবকারদা শেলগী তেংবাং খবা পীবীযু হায়জবা। অনীশুবা ৱাবেপ, লৈবাক অসিদা নুমিৎ খুদিংগী থোক্লিবা হাৎন শুনবগী থবক লেপনবা অপীল তৌবা লোয়ননা শান্তিগী পাউজেল শন্দোকপা। অহুমশুবা ৱাবেপ, নিশা শিজিন্নবা অমসুং যোনবগী থবকশিং খুদক্তা লেপ্পবা লৈবাক মীযামদা অপীল তৌবা। মরিশুবা ৱারেপ, মৈরা পাযবী লুপকী শঙলেন অমা শাহন্নবা সরকারদা তকশিনবা।

মথংদা তেবাকৈথেল মৈবা পাযবী লুপনা হৌখিবা চহীদা পাঙথোকখিবা থবকশিংগী রিপোর্ট পীজরি। খৃ: চুম ১৯৯৬, অগস্টকী তাং ৮ কোম্বিং ওপরেসন তৌবদা সিকখিনা নুপী অমা ইজ্জৎ মাংহল্লগী মতাংদা মৈরা পাযবী লুপনা অচৌবা মীযামগী মীতিং অমা ওকেযেল লম্পাক্ত পাংথোকখি। মীতিং অদু হেক লোইবগা লৈবাক মীযাম হুপ্তুনা পেন্দলগী খোংচৎ অমা চৎখি অদুগা মুখ্য মন্ত্রিদা মেমোরেন্দম অমা থাংজনখি। ৱাফম অসিগী মতাংদা ঐখোযনা ঙমদুনা মবাল লৈকা সিফাই অদু জেলদা লৈখ্রে। দিসেম্বব ১০, ১৯৯৬ যু লিটর ৫০ পুদুনা লাকপী নুপী অমবু

ঐখোয়গী মেম্বরশিংনা ফাখি। যুশিংদু মীয়াম মমাংদা লম্বীদা হৈদোক্কুনা ম ্হনখি অদুগা নুপী অদুবুনা পুলিসতা খুৎশিন্নখি। জানুৱারী ৭,১৯৯৭ ছুটি নুমিত্তা তাকযেল পাত্তা লৈবা ইন্দস্ট্রি কমপ্লেক্সতা নত্তবা লীচৎ চত্থবম্বা নুপা অমগা নুপী অমগা ঐখোযগী মেম্বরশিংনা ফাবগা কৈন্যা কৎখি। পাউদম খরসি পীজরগা ময়ামদগী বিদায় লৌজবি। খুরুমজরি (ময়াম খুবাক খুবা)

নুপী ২ - মথংদা অথোইবা অতিথি শ্রীমতি মেমা দেবীনা অথোইবা অতিথিগী ওইবা ৱাবোল পীবিগনি, শ্রীমতি চোংথাম মেমা।

মেমা - ঙসিগী মীফম অসিদা মীফম মপু ওইবীরিবী ইকাই খুম্নজরিবী শ্রীমতি থোইবী অদুগা তিনবীরিবা মীয়াম পুম্নমকপু অহানবমক্তদা ইকাইখুম্নবা উৎচবি। ঐবু অসিগুম্বা মীফম অসিদা কৌবিদুনা অথোইবা অতিথি ওইবসি মতিক চাদবনি হায়না লৌজে। ঙসিগী মনিপুবী সমাজদা ওইরিবা মৈতৈ নুপীগী ফিবম অদুক হাক্লদি শোত্থবা নত্তে। মৈতৈ নুপীশিংনা নুপাগা থোং মান্ননা হিংই। ফক্লাংনা খজিল্লবা চাকখুম কাদা মংদ্রং চুবা মৈতৈ নুপী অমত্তা লৈত্রে হায়বা য়াই। মখোয়না সমাজগী য়াইফনবগীদমক্ত লৌবিবা অসিগুম্বা অচৌবা থৌদাং অসিবু পৃথিবীগী করম্বা লৈবাক্তা থেংনরিবগে। মৈতৈ নুপীশিংনা কৈথেল থোক্লক্কুনা শেল তাল্লিবা। ইমা কৈথেল হায়না খঙনদুনা নুপী ঙাক্তনা ফম্বা কৈথেল লিংলম্লিবা। অসিগুম্বসি অতৈ লৈপাক্ত কয়া থেংনরোই। ইতিহাসতসু য়েংশি নুপী লাল, মৈতৈ নুপীগী থৌনা লিংজেল। অদুনা মমাংঙৈদগী লৈরক্লবা অসিগুম্বসি শিবা কিদবা, লৈবাক্কীদমক্তা কৎথোকপা অসিগুম্বগী থৌনা অসে ঙসিগী মীরোলগী নুপীশিংনা কাওফম থোক্তে। তেরা কৈথেল মৈবা পায়বী লুপনা সমাজগীদমক্ত য়াইফনব থবক কয়া তৌবিরি, অহীং অহীংদা যুমগী থবক কয়াদগী নাথৈদুনা মৈরা পায়দুনা লম্বীদা থোক্লক্কুনা নেশা বন্দ তৌরিবা মসি য়াম্না থাগৎনিঙাইনি। ৱাফম খরসি হায়জরগা ময়ামদগী বীদাই লৌজরি। (ময়াম খুবাক খুই)

নুপী ২ - অথোইবা অতিথিনা অথোইবা অতিথিগী ওইবা ৱাবোল পীবিখ্রবা মতুং অসিদা ঙসিগী মীফম অসিগী সভাপতি ওইবিরিবা তেবা কৈথেল মৈরা পায়বী লুপকী সভাপতি শ্রীমতি মাইবম থোইবী দেবীনা সভাপতিগী ওইবা ৱারোল পীবিগনি। কৌশিঞ্জরি শ্রীমতি মাইবম থোইবী দেবী।

থোইবী - ঙসিগী তেরা কৈথেল মৈরা পায়বী লুপকী ৫ শুবা চহীগী মীফম অসিদা অথোইবা অতিথি ওইনা লেংশিনবীরিবা শ্রীমতি মেমা অদুগা তিনবীরিবা

ময়াম পুম্নমক্কী মফমদা খুরুমজরি। চহীদি অসুম হৌখি, মতমনা অসুম চৎখি, তৌগদবা থবকশিংদি মপুং ফাবা ইঙম ঙমহৌদে। অদুবু ঐখোয়না অচেৎপা ব্রাশক্কা লোয়ননা হোৎনবা তাই কৎথোকপা তাই। ঐখোয়না ঙসিফাওবদা পাঙথোক্তুনা লাক্লিবা থবকশিং ইশা ইশাগী লনাই ওইজনবা, কান্ননবা নত্তে ঐখোয়গী সমাজগী মীয়াম অসিগী য়াইফনবগীদমক্তনি। অদুনা ঐখোয় লিংজেল মান্নসি ইশাগী ওইজবা কয়া থাদোক্তুনা লৈবাক্কী থবক কয়া পাঙথোক্লমসি। পৃথিবীদা মৈতৈ নুপীগী লিংজেল উৎসি। ঐখোয় পুম্নমক লিংজেল মান্নসি। অপুনবনা পাঙ্গলনি হায়বা ব্রাফম অসি খক কাওগুমসি। ঐখোয় পুম্নমক অমত্ত ওইনা পুন্দুনা থবক তৌমিন্নসি। ব্রাফম খরসি হাযজবগা ময়ামদা অমুকহন্না খুরুমজবি। মযামদগী বিদাই লৌজরি। (ময়াম খুবাক খুই)

নুপী ২ - অথোইবা অতিথী অমদি সভাপতিগী ব্রারোল পীবিখ্রবা মতুং অসিদা ঈশৈলুপকী কলাকাবশিংবু শৈরোই ঈশৈ শকপীনবা কৌশিঞ্জরি।

**শৈরোই ঈশৈ**

পুল্লসি ঐখোয়পুম্বা অপুনবগী লিচিংনা
চৎমিন্নসি থোং মান্ননা লম্বীসিদা ঐখোয়

মায় লৈনবোইসি চংশিল্লবদি লম্বীসিদা
উৎকনি ঐখোয়না ঐখোয়গী থৌনা মালেমদা
কিদে ঐখোয়না কনাবু ইথৌদাং পাংবদা
মায়রোং য়াগনি মাংদা লৈরম্বা য়েক্লবশিং।

তাম্থোক্তুনা হিংসাবু পুরক্কনি অহিংশা
লেপ্লোনে হাৎনবা মৈতৈ লৈমগী মচাশা
ইমা অমত্তগী মচানি ঐখোয অপুন্
কাওবোইসি ইচিল ইনাও শাগৈ নাতৈ ঙাক্তনি
(মযাম খুবাক খুই)

নুপী ২ - ঈশৈলুপকী কলাকাবশিংনা শৈরোই ঈশৈ শকপীখ্রবা মতুং অসিদা শ্রীমতি তমু দেবীবু থাগৎ ব্রাহৈ পীবিনবা কৌশিঞ্জবি।

তমু ঙসি পাঙথোকখিবা তেরা কৈথেল মৈরা পায়বী লুপকী ৫শুবা চহীগী মীফম অসিদা অথোইবা অতিথি ওইবীযু হায়জকবদা হরাও হরাও য়াবীরক্নুনা লেংশিন্বীরিবা আর্ট এন্দ কলচবগী দাইরেক্তব শ্রীমতি মেমা দেবীবু অহানবমক্তদা থাগংপা ফোংদোকচরি। লুপ অসিগী সভাপতি শ্রীমতি থোইবী দেবীনা ঙসিগী থৌবম অসিদা সভাপতি ওইনা শরুক যাবীবগীদমক্তসু ঐ ইশাগী মাযকৈদগী থাগৎপা ফোঙদোকচরি। ঙসিগী থৌবম অসিদা পাউ কোভরেজ তৌবিনবগীদমক্তা লেঙবীবকলিবা দুবদরশন, ওল ইন্দিয়া বেদিও, ইম্ফাল অমসুং পাউ চেশিংগী মীওইশিংবুসু থাগৎচৈ। অবোইবদা মীফম অসিদা লেংবীরক্নুনা শরুক য়াবীবিবা মীয়াম পুম্নমকপু থাগৎপা ফোঙদোকচরি। খুরুমজরি।

নুপী ২ - সভাপতিগী অয়াবা লৌজবগা ঙসিগী মীফম অসি লোইবে হায়না লাউথোকচবি। (মতমসিদা মীযাম য়া য়া লাওনরকই। মী ফাখ্রে, মী ফাখ্রে হাযদুনা)

নুপী ১ - কৈদৌরে কৈদৌরে?

নুপী ২ - লুপকী প্রসিদেন্ট থোইবীগী মচানুপাগা লুপকী সেক্রেটরি অপাবীগী মপুরোইবগা হৌজিক্ত পুখ্মায়মুক্কী মমাংদা শকখঙদবা মীওই খরনা ময়ুম ময়ুমদগী কৌথোক্লগা পুদুনা চৎখ্রে। শকখঙদবা মীওইশিং অদু নোংমৈ পায়বকই হায়।

নুপী ১ - খঙদ্রেদা হৌজিক্কী মতমসে। কবম থোক্লগদবা।

নুপী ২ - অদুবু করিগীনি হায়বগে?

নুপী ৩ - খঙদেদা। করি মরমগীবু ওইগদৌরিবনো।

**(মাপলশুবা)**

তমু - ইবেম্মা!

নুংশি - ইমা!

তমু - য়েংঙুনেহে খবরসে। তেরা কৈথেল মৈবা পায়বী লুপকী প্রসিদেন্ট থোইবীগী মচানুপা অদুগা সেক্রেটরি অপাবীগী মপুরোইবগা শকখঙদবা খুৎলাই পায়বা খরনা ফাখিবগী পাউ যাওবেনে। করি করি হায়রিবনো অমুক্ত পাক্লাওসে।

নুংশি - কদায় পীরকউ ঐ য়েংগে। (খবর পায়) কংলৈ খুৎলাই পায়বা লুপনা প্রেসতা অসুম্না ফোঙদোক্লকই। শ্রীমতি থোইবী দেবীগী মচানুপা অসি দ্রগ এডিক্ট নি অদুগা শ্রীমতি অপাবী দেবীগী মপুরোইব অসি দ্রগ করবার তৌবনি। মখোয় অনীবু ব্বারক্লবগী ফাদুনা লুপকী কস্টদিদা থল্লি। (ব্বাহৈ খরসি পারগা মথন্ত হায়) করিনিহায়গেসিদি থোইবী অমসুং অপাবী মখোয় অনীমক নেশাবন্দগী প্রসিদেন্ট সেক্রেটরি অদুগা মখোয় মখোয়গী মচা মব্বাশিংনা দ্রগ এডিক্ট অদুগা দ্রগ করবার। ঙরাংমক্তদা ঙরাং নুমিদাং পাংথোকখিবা মীতিংদুদা মখোয়না ঙাঙখি শকখিবা ব্বাঙাঙশিং অদুগা মখোয় মখোয়গী ইমুংগী মীনা তৌথোকরকইবা মতৌসিগা ঐনা নহানমখৈ খল্লিনে ইনে অপাবীসে ইথা থাজদনা শেল যাম্না পায় হায়দুনা। কদায়দগী পৈশানা মখোয়গী মথোল অহুম লোংবা চেক্কী দলান শারকইবা, কদায়দগী পৈশানা মখোয়' ইমুংগী কার লৈরকইবা। অরোনবা কারবার অমা তৌরমগনি হায়না খল্লিনে। ঙসিদি মথি ফোংলেদনা। মপাম্থোংদনা সমাজগী সেবা অদুগা মনুংদনা হুরানবগী কারবার।

অমু - ইবেম্মা ঐ মৈরা পায়বীগী মেম্বরকা অমত্তা ওইররোই। লৈবাক শরা শল্লেদনা। তেরা কৈথেল মৈরা পায়বী লুপকী ইজ্জৎ লোইরেদনা। মণিপুর পুম্বা তারক্লগনি খবরদা হাপ্লবনিনা। খঙদবা য়াওরম্লরোই তেরা কৈথেল নেশা বন্দগী প্রসিদেন্ট অমসুং সেক্রেটরিগী মচা মব্বাশিংনা দ্রগ য়োনবা অমসুং চাবগীদমক নহারোল খুৎলাই পায়বশিংনা ফাবগা ব্বারকপ্লে হায়বসি।

(তরাশুবা)

নুংশিথোই - ইমা ঐখোয়গী টুয়েলফ ক্লাসকী পরিক্ষা হায়দোক্লে ঐহাক পাস তৌরে সেকেন্দ দিভিজন্দা।

অমু - ফরেদা ইবেম্মা হন্দক্তি মখা তম্লুবনু থবক তৌরো ঐনা কোইচেন চেন্দুনা ব্বানোমগনি।

নুংশিথোই - (শাওনা) করিনো ইমানা হায়রিসিবো? হেক হায়রগা থবক। থবক যাম্ন া পাম্লবদি ইমা ওইনা তৌবিরো ঐদি টি.দি.সি তমখিনি।

অমু - লাইরিকসু তমথগনি। থবকসু অমত্তং ওইহৌনবা হোৎনহৌদ্রবদি মী ওইররোইনে ঐখোয়বু । ইদুকেসনগী দাইরেক্তরনা নঙবু থবক অমা হাপ্পিগে হায়রক্লিবসে কুইরবনি। হন্দক্কী থবক কৌরকপদদি নাম্থোকহনবা

য়াবা নত্তেকো। ঐখোয়গীদি পৈশা পিজদ্রবসু লেম্না হেক্তা ফংগদৌরিবনি। হৌজিক্কানগী থবকসিদি লুপা লাক্ষ মঙা তরা পীজনরবনি করিসু লৈতবা থবক মচা অমা ব্রানোম্বগীদমক্ত। অদুগুম্বা শেনফমদুদি ঐখোয়গীদি মঙদফাওবা উবরোইদবনি।

নুংশিথোই - অদুগুম্বা শেনফমদু লৈতবনিনা ঐখোয়দি থবক তৌদবা তাবনি। অদুননি ঐনা লাইরিক তমথখিগে হায়রিবসে।

তমু - হে অপংবী শেলদি অরাযবনিনে লুরিবদি শঙ্গনিনে শেল লৈজদ্রবসু নমা ঐগী শঙ্গ চাওরিসিদি হে হে ঐবু তরাই তরাইবী নুপীরো। ইচাগী থবক অমা শোইদনা ফংহনগনি। ব্রাশক্কে সে সৈত্য সৈত্যনা শক্কি। কান্নদেসে ঙাদুম চাথোকসি ঙসিদি। দুকানগী থোঙসু ঙন্তা লোনশিল্লগদবনি।

নুংশিথোই - (মথন্ত) ঐবু থবক তৌরসিরনে। হোইদা ফরেদা ইমানা হায়রসিদা ঐসু যাবগে। ব্রাসু ব্রামনখ্রে ঐখোয়গী পুন্সিসে। পান দুকান মচা অমত্তং তেকেলি তেকেলি ইমানা ফম্বসিনদি ওইবা যাপোৎ নত্তেদা। ঐনা থবক তৌববদি ইমাসু দুকান ব্রানা ফম্বদু ফমহল্লরোই নুংঙায়না পোত্থাদুনা লৈহল্লগনি। অদুবু লুরিবদি থবকসিবু পাক হেক ফংগদ্রা। মীশিংদি নোংমা নোংমগী অঙকপা ফংনা হেঙ্গৎলক্লি। হৌজিক্কী মতমদা থবক অমা হেক্তা ফংবা হাযবসিবু থাবু থাজদেদা। লুপা লাক্ষ মঙা তবা পায়দ্রবদি এল দি সি নত্রগা মান্নবা থাক্কী ফম ফংদে। অসুক য়াম্বা শেনফমদি ঐখোয়গী ইমুংদা লৈতে। অদুবু ইমানদি হায়বি থবক শোইদনা ফংগনি।

## (তরামাথোইশুবা)

বেডিওগী পাউ - অকাসবানি ইম্ফাল হৌজিক অয়ুক্কী পুং ৭.০০ তারে শন্দোকচরি খোঞ্জেল নাচোম। খোঞ্জেল নাচোমগী অহানবদা লৈজবে থবক্কী পাউ। মণিপুর সরকারগী ইদুকেসন বিভাগতা এল দি সি ৩০ গী ফম লৌননবগীদমক কেন্দিদেটশিংদগী দরখাস্ত কৌরি। ইন্টরভিয়ু লাক্লিবা সেপ্তেম্বরগী তাং ৩০ দা পাঙথোক্কনি। য়াওনিংবা কেন্দিদেটশিংনা একচেঞ্জকী খুত্থাংদা লাক্লিবা সেপ্তেম্বর তাং ১৮ ফাওবগী মনুংদা দরখাস্ত থাবিরকপা য়াগনি। অকুপ্পা মরোল একচেঞ্জ ওফিস নত্রগা ইদুকেসন ডাইবেক্তরগী ওফিসকী নোটিস বোর্ডতা য়েংবীরবা য়াগনি।

নুংশিথোই - (বেডিও মুৎথৎলি) উম মসিগী থবকসিদা লাইবক য়েংহৌরগে। ইমাগা মুন্না তান্নদুনা চেনবা য়াবা চেলহৌরগে।

(তরানিথোইশুবা)

নুংশিথোই - ইমা ঙসিদি ইন্টরভিয়ুনি। চাক্তো ইমানা থোংলো ঐ লাইবিক খিত্তা পাখিগে।

তম্ম - লাইরিক পারুদনা করিবু কান্নগদগে হৌজিকপো।

নুংশিথোই - তৌবক্রদৌনি ইমাগী হৌনবী কদাইদবু লৈখ্রবনোনে জেনেরেল নোলেজগী লাইবিক্তুবো। ও সিদা লৈবে। (লাইবিক ফাকতোকই) The biggest libraries in the world. The biggest Library in the world is that of the British Museum. Next comes U.S Congress Library then comes Paris National Library The largest bell in the world is the great bell of Moscow (wt. 200 tons) (চেনা ফাকতোকই) CBI stands for Central Bureau of Investigation. ITI stands for Indian Institute of Techonology. থেংগ্রে চাক্তুবু লোইদ্রিবো ?

(তরাহুমদোইশুবা)

পীওন - সেরিয়েল নম্বর ১৮ শাপম নুংশিথোই দেবী। নুংশিথোই লাকপরো?

নুংশি - লাকচৈ ঐ সিদা লৈজরে।

পীওন - চঙবা য়ারগনি।

নুংশি - May I come in Sir

ডাইরেক্তর - Yes, Come in ফম্মু ফম্মু। তমুগী মচা নুংশিথোই নত্রা নঙবু?

নুংশি - অহোই মানি।

ডাইরেক্তর - দুকান ফম্বদু নোংমদা শেল কয়া তোংই?

নুংশি - চপ চাবা খঙদে ঐনা ফম্বা নত্তবনিনা।

ডাইরেক্তর - নঙসু হেক হেক ফম্লিবদুদি?

নুংশিথোই - (মথন্ত) ঐবু ফজনা খঙমাল্লে ঐদি মহাকপু অমুক্ত উখিদ্রি। (ডাইরেক্তরদা ওনসিল্লগা) শেল থুমগী ফিভমসি ঐ কয়া খঙজদে। পানসু পান্নরুদে।

ডাইবেক্তর অদুবু খঙফম থোকই। নখোয় ইমুংদা লৈবিবসি নঙগা নমাগদনি! ইমুংগী অরৈ লৈত তান্নগদৌরিবসে নখোয় অনীতনি হায়বা।

নুংশিথোই - (মথন্ত) চুম্মী খঙফম থোকই মসি খঙদবসি ঐগী অসোইবনি।

ডাইরেক্তর - চাক চারক্লববা নঙবু?

নুংশিথোই - অহোই চাজরক্লে।

ডাইরেক্তর - কনানা থোংই?

নুংশিথোই - ইমানা থোংই।

ডাইবেক্তর - অস অদুদি হাওবমগদবা মাল্লিবু।

নুংশিথোই - (মথন্ত মুকুম মুকুম শোল্লি) কবিনো তৌবিসিবু। কেসনননি হায়দুনা মরি লৈনদবা ঙাক্ত। জেনেরেল নোলেজদি অমত্ত হংদবসিবু।

ডাইবেক্তর - যারে অতৈ হংনিংবা য়াওরিব্রা?

ওফিসাব - য়ারে সার হংদ্রবসু।

নুংশিথোই - Thank you Sir

(তরামরিশুবা)

তমু - কমদৌই ইবেম্মা?

নুংশিথোই - ইন্টবভিয়ুবু অসিখক্তং হংলকপ, ঐ খল্লক্কদৌবা মান্দ্রে। মবমদি নোংমদা দুকানগী শেল কয়া তোংই হংলকপদা খঙদে হাযনা খুল্লম্মী।

তমু - অদুবু খঙই হায়দুনা খুম্বা য়াদববো অপংবী, হেক্তা হাযজিল্লগা য়াবদুবো। নঙনা নহানমখৈ তল্লিবা লাইবিক্তুবু কবিদা তল্লিবনো?

নুংশিথোই - (শাওরপ্লা) ঐদি দুকান্দারদি নত্তনা .......।

তমু - (অঙম তান্দুনা) নংত্রবসু ...........।

নুংশিথোই - (মথন্ত) হোই চুম্মী হেক্তা হাযজিনবা য়াবা ব্রাফমনি অদুবু করিসু কায়দে খঙদববু খঙদে হায়বনি।

তমু - করি অমতা নুংশা থীকনু। শোইদনা ইন্টরভিয়ু পাস তৌনি। ইন্টরভিয়ু লৌরিবা ডাইরেক্তর অদু ঐগা মুন্না খঙনৈ।

নুংশিথোই - ডাইবেক্তব অদুগদি কবম্না খঙনকবিবা পান দুকান ফম্বী নঙনা?

তমু - ঙসি নুমিদাং চাক কৌবিবনি। ডাইবেক্তব হোবেন লাক্কনি। নহাক্না চাক নিংথিনা থোংগদবনি ঐ ঙা লৈকখিগে। ঙসিদি দুকানকা থোং হাংবা শংলবোই। ইবেম্মা ঈশিং মাইশিংককা শোকচিলহৌকবো।

## (তরামঙাশুবা)

(চাক থোংবগী থাউ ঙৌবগী মখোল তাই। কাব অমা থৌবক্লগা খামখিবগী মখোল তাবকই)

নুংশিথোই লাক্লেনেহে। ঙসাই ইন্টবভিযুদা ঐঙোন্দা রাহং হংলকখিবা নুপাদুনি।

তমু - সাব লেংশিনবীবকসি চাকি সাব লেংলকত্রিঙৈদা হান্নবু লোইববনি। মমাংগী কা অসোমদা ঙাইহাক্তং পোত্থাবিসি।

ডাইবেক্তব - খবা ঙন্ন লাক্লে তৌবদা য়াদদুনা থেংদোকখ্রবনি। ওফিসলোমদগীনি ঐনা লাক্লিবসে যুমদকা যৌবমদ্রিবজাৎনি।

নুংশি - ইমা চাক থিবক্লগে।

তমু - হোয় হোয় থিদোকপা যাবে।

ডাইবেক্তব - চাক চাবমদাইগীদো খঙলেদনা?

তমু - কবিগী খঙদদগে সাব।

নুংশি - (মথন্ত) কবিনো মখোযনা হায়নবিবসিবো ? চাক চাবমদাইগী হায়বদি! কবিপোৎনো ইমানা পুথোকখ্রিবসিনা? ও, যুনি। অঙাংবা য়ু! ঙক্লেদা ইমাসিদি কবিনিহাযগেসিদি! (গীলাসতা য়ু হৈবগী মখোল তাই)

ডাইবেক্তব - তমু নহাকসু থকউদনা।

তমু - হুম ঐদি থকচবোই সাব।

ডাইবেক্তব - হেবা নঙসু মবক মবক্ত থকপদাইনে। সে সে থক্তবা যাদে।

তমু - (তুমিন্না) সাব ঐনা মসি থকই হাযবসি ইচানুপী খঙহনবা য়াবা নত্তেকো।

ডাইবেক্তব - অদুবু হায়বনি তঞ্জা যেংলগা থকচিল্লু হাযবা। সে অমগা হৈবকখিগে। (হিদাক ঙাওবি ঙাওবি তৌবা খোঞ্জেলদা) মন্ত্রিদা ঙাঙনবগী দবকাব লৈত্রে হন্দক্কী অসিদি ঐনা ঙম্বনি ঐনবু যাববদি য়াবে।

তমু - য়াম্না লাইবক ফবনি সাব।

(অতোপ্পা কাদগী নুংশিথোইনা)

নুংশি - ইমা চাক লোইরে।

তমু - সার চাক চাথোক্লবা তৌসি। ঐ অমুক্ত শীনবা য়াওরুখিগে।

(তরাতরুকশুবা)

ডাইরেক্তর - চাক এক্সাং য়াম্না হাওখ্রে। তমু অম্বাই ফাওবদি থিন্দোকপা য়াইদনা। ক্না চাফম ফাওবদং।

তমু - এ, সারনা হায়দ্রবসু ঐনা অদুম্মক ইশানা খঙনা থিন্দোকচগনিদা।

ডাইরেক্তর - ইবেম্মা নমাসি অসিফাওবদং ক্না চামিন্নরুখিগে। {কার থৌদোকখিবগী মখোল। (অতেনবা ম্যুজিক) নুমিদাংগী পুং তরা তাবগী ফক্লাং ঘরীগী কাংসি তবারক য়ৈরকই।}

নুংশি - হৌজিকপু নুমিদাংগী পুং ৮ তারবা মতমসিদবু। অসিব্রাই অনকপদদি পান দুকান অমত্তা থোং হাংলম্লবোই। তেরা বাজাবদবুদি হাংলমখিবা য়ারি। (ইচিকি চিকই হারৌগী খোঞ্জেল নত্তনা করিসু তাদে। মরক মরক্তা অরাপ্পদা হুইশিংনা লাক্লা লাক্লা খোংলকই। মরক মরক্তা য়ুঙাওবশিংনা লম্বীদা ব্রারী হৌনা হৌনা শাদুনা চৎখি। তাবদা ফজদবা ব্রাহৈ ব্রাতা শিজিন্নে।)

(তরাতরেৎশুবা)

নুংশি - ক্না চাফম ফাওবদং চৎখিবদু মিনিট তরা ফানা চংগদ্রা? দুকান হাংনরিবসু পুং ৮.৩০/৯.০০ অদুব্রাইফাওবদনি। হৌজিক পুং ১০.৩০ তাশিল্লক্লবা মতমসি ফাওবদা হল্লক্তবসিদি করি ক্না খুৎচানো? (মপান্দা কার খামখিবা, অমুক থৌখিবগী মখোল তাই ঙাইহাক লৈরগা তমুনা)

তমু - ইবেম্মা ইবেম্মা থোং হাংউ। (থোং হাংবগী মখোল তাই ফনা কুইনা মবানি ব্রা ঙাঙনদে।)

নুংশিথোই - ক্না চাবদি ....... অদু ওইরে। অদুগা করিগী ইমাগী মিৎলুদা পীরাং।

*******

## লীলাদা য়াওবা মীশিং

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১. | সনাজাওবা | - | *Husband* |
| ২. | মেমি | - | *Wife* |

# লশ্বী লম্ফাইরক্তা

(অহানবা)

সনাওজাওবা - (মথন্ত)মীনা অশেংবা হায়বসু থাজদেনে। ওজা শ্যামনা ঐগী ষ্টব মনিংদা তোংবদা মাগী ফুবিৎতা থেৎপা কলম অদু মুক হাদুনা মাগী ফুবিৎতসু তৈবে ব্রেক ফাবদা নঙ্গলদা খংথেং থেংজল্লকপদগী ঐগী ফুবিত্তসু তৈখিবনি হায়বেদনা মদুদা মুক অঙাংবা নত্তে লিপসতিকনি লৈশাবী অমা গাডী মনিংদা হাপ্তুনা কোইমিন্নবমগনি হাযদুনা যাম্না কন্না চাজি তৌশিল্লকই। মীনা হায়বদা থাজদদুনা শৌ শৌ লাওশিল্লকপদগী ঐগী শ৷৺নিংবা খম থেংখিদুনা খুপাক চাখ্রেদনা মা। কীন্নসু অমুক অনীবক্তি যাম্না থীনা থিনজিনখ্রেদনা। মদুদগীদি মখা অমুক তাবকখিদ্রেদনা। মানা পুশিল্লকইসিনা কবিনো? চাকনিনে। (মেমিদা ওনশিন্দুনা) ঐ চাক চাবোই।

মেমি - নুমিৎ খুদিংগী থেংনা থেংনা হল্লকপদু মানা নুপী অমগা মবি লৈনবদুননিদনা। হেক হায়কবগা ওৎলৈ পালৈ মানা থোকপা অমা হেক্তা ঙাঙশিল্লকপা। চাকসিসু ঙসাইনা থোঙদ্রিঙৈদা চাবোই হাযবদি কৈদৌবদনা হুজিক্তা লোইদুনা পুথোল্লকান্দা চাবোই কাযনা।

সনাজাওবা - ঙসিদি ফিসু অমত্তা শুবমদেনে। ফৈ শুদসনু পুল্লপ খোমজিল্লগা ধোবিদা শুহল্লুবগে।

মেমি - কবিনো ফিবোলশিং অসে পুল্লপ খোমজিল্লগা পুত্রিবশিনা ঙসিদি ব্রাবে হযেং শুগে হাযনা থম্লগা।

(অনিশুবা)

সনাজাওবা - কবিনো মানা তৌবিসিবু। মপাম চৎকদৌবিজাৎলা। চৎনিংলগা চৎখিসনু কৌবকা অমত্তা চৎলোইদবনি। ফম থাবিমাল্লে লৈমাযদা। লৈবাক্তা তূমগে হাযবিজাৎলা। তূমনিংলগা তূমজসনু। হযেং নোং ঙাল্লগা চাবা তুমদবগী লাযনানা মবন্নাই নাজগনি।

মেমি ঐনা লৈবাক্তা তূম্লগা মাদি নুংঙাইবিমাল্লেনে। লৈশাবীদুগী ব্রাখলদা

মনিং তম্না মং মংজবা য়ারম্মনি। তূম্মিনি হায়দুনা মমিৎতি উইসিন্দনা মংদ্রংদা লৈরিনে।

সনাজাওবা - মাগীসি...। ঐঙোন্দ মরাল অমা থংজিল্লগা মপামদা চৎখিগে সিনিনে, ঐঙোন্দ ইরাল শিজিল্লম্বদি শুংয়া য়ারোই।

(অহূমশুবা)

সনাজাওবা - নুমিৎ খুদিংগী মানা ওফিস কাবদা ঐনা থিনবীরিবনি। ঙসিদি মথন্ত থোকখ্রেনে। রিক্সোদা চৎলগে হায়রিবজাৎলা। ফরে গাড়ীসি মনাক্ত হেক্তা থৌজিল্লগা খাল্লগে মানা তোংনিংলগা তোংজনি তোংনিংদ্রগা তোকচনি। গাড়ী মোতোর থৌবগী মখোল, তপ্না অমুক খামখিবগী মখোল তাই) তোংদি তোংলক্লে। (গাড়ি অমুক থৌই)

মেমি - তাৎ পাৎ তৌদুনা ঐবু নুংশিবসু শাজিন্নরি। হোবেন মমায হেক লৈথোকখিবগা ইথক ইপোমদা তাওদুনা পাখং শাদ্না চৎখ্রনি। নুপীদুগী মমিংদুবু করি হায়বা... সনামচা।

সনাজাওবা - (লম্বীদা জিপ কার স্কুটর থৌবগী মখোল তাই) মানা তুংদা তোংবনিনা মমিৎ ঙাওই খংদ্রে ঙাওদে খঙদ্রে। নুপা নহা অমত্তং থৈনবদা মিৎচি খৎচিল্লমগনি, খঙদ্রে ঐনা উবদি ঙমদ্রবনিনা।

মেমি - মনিংদা ঐ অমা তোংনা তোংনা মমিৎ মনাকসু ইথক থকলিনে। খবা মশক ফজবী নুপী অমতং থৈনবদা মমায়সে ইঙাও ঙাওবিবসে। তল্লেদা ঐদি ওস্থোকপা নুপা মপুকচেল লেপ্তুবা অমদা য়ুম পাল্লকপসিদি। সোইরবনি ৱাখল খম্থহৌদবা হায়বদুনি মতমদুদা। পাখং লৈশাবী ওইরিঙৈদগী অসুম্মক হৌরক্লবনি। ঐখোয় লৈকায়গী থাবল চোংবদা ঙাইহাক্তসু লেপ্তে মানা নুপী হোং হোংদুনা ৱাবী চীকথবা।

সনাজাওবা - ওফিস কারিনি হাযদুনা শিংজু চানবী বোরা চানবী। থবক শুগেদি হায়দ্রদুনা। নুপী মশেল চাবা ওইরবদি ফৈনে। নুপা নহাশিং অদুগা ওনশিন ওনশিন্দুনা.... য়ুমদনা সতি শাবা ওফিসতনা ইথক ইবাং চেনবী.... খংদ্রেদা হৌজিক্কালগী ওফিস কাবীশিংসিনা তৌরিসে। মখোয়গী শাজৎশিংসি উরুবদা ওফিস কাবীকা অমত্তা লৌনিংদবনি। কদায়দগীনো ঐগী লাইবকসিদা ওফিস কাবী থুংলবিসিবো?

মেমী - অতোম্বী অমা পুশল্লক্লিঙৈদা ঐবু ইপামদা লৈখিবনা ফবদ্রা খঙদ্রেদা। মদুনা ফবা তাইয়ে। হোরেলদি নুমিদাংদা ইফি ইরোল লোয়না য়োমশল্লগা চৎখ্রগে।

(মরিশুবা)

সনাজাওবা - কবিনো মানা তৌবিসিনা। মফি মবোল পংয়োমদা যোমশিল্লিবসিবো। অসুম য়েংগেকো মানা তৌবিবসে। উপুসি হাংদোকখ্রে, মাগী সাবি, ব্লাউস মচু মচুগী...... লোইনা লৌথোক্লগা ময়োমসিদা হাপচিনখ্রে। অঙাংসিসু পোশনখ্রে। ময়োমসিবু ওম্থোক্লা চাওখ্রেদা। অসিবু লেংবান্দা .... এএ থাংগৎপা ঙমদ্রমাল্লে শুগৎলগা দোম থাদখ্রে।

মেমি - হুম লূম্মনখ্রে পোৎয়োমসি অমত্ত পুববোই। অঙাংসিদং পুবগা লোইবে। হয়েং চাওবফাওবা ইমা ইচা অদুম লৈমিন্নবা। মপানা লৌগে হায়দুনা লাক্লবদি। অদুসু শুংপি পীবোই।

সনাজাওবা - অ আই থোকখ্রেনে। চাননা চৎলদোইমাল্লে। কোম্থোং য়ৌখ্রেনেহে। মৈকা লাক্তবা নুমিৎসিদা। ও ও অমম্বসিদা কিব মাল্লে। অমুক চংলক্লে।

মেমি - ঙসিদি থেংলে মৈগা মম্বনে হয়েং নোং হেক ঙানবগা চৎলগে। মা। খাল্লবদি .....। মখুৎতু শৎ খৎতোক্লগা প্রপ প্রপ চেল্লগা লোইবে তানবা ফংদনবা কন্না চেনগনি। মতুংদা মানা কৌবা লাক্লবদি, অদুসু চৎপিবোই। খাযনবগী চে ইথোক্লদুনা ব্রা লোইশন্নবগনি।

সনাজাওবা খিত্তং শাওজন্নবগা মপামদা হেক্ত। ঐনা হেক হেক হাযজ নোনজদুনা কৌবা লাকই হায়দুনা মা যাম্না চাওথোক্লে। হন্দক্তি চৎখিসনু কৌবা সুংচৎ হেক চৎলোই। যেংগে কযাম কুইনা মপামদা লৈবা ঙম্বগে হাযবদু। অমুকখকসু ঐনা কৌবা চৎপিদে মদুসু মপা - মমানা থিল্লকইনে। হন্দক্তি ঐসু কৌবা চৎপীদা মমা মপানসু থিল্লক্ত নুংঙাইবনি।

মেমি - হযেংসি অযুক ঙম্তা হৌগৎলগা চৎলবা ইবুং ইপব্রাশিং থাদুনা ইপোৎ .... ইচৈশিংসি হোলহল্লবা, খায়নবগী চে ইথোক্লববা, বস মদুনা ফবে।...

সনাজাওবা - চাননা খাযনবা তাবদি ইমান্নবশিংগী মমাংদা ওম্থোক্লা ইকাইখ্রগনিদা। কবি মবমগী খাযনবিবনো হাযদুনা হংলক্লবদি কবি হাযনা খুম্বা? মোৎ চানদদুনা তৌবিবনি হাযদুনা খুম্বা তাবা যাম্না নুংশিননা লৈমিন্নবগা কবিদা মোৎ চানদ্রিবা হাযনা হংলক্লবদি! খম্বল চাওমন্দুনা তৌবিবনি হাযবা তাবা। মাগী মতৌসিসু তনবু তল্লবনি। ঐবু নুংশিদুনা তৌবিবা হায়দুবা ফবক তাবিবা হাযদুবা খঙদ্রি। নুমিদাং খিত্তং থেংনা হঞ্জিল্লকপদা আ নুপী কোইকবিবা ওইবিনি। কোইনবী নুপীদুগী মযুমদা

তূন্নুরিবা ওইরিনি। মচিন অসিনা কবোক পোকপমখৈ পোক্তুনা ঙাওবদা অসুক কুইবসে মথাসি ইংনা পোখাবা হায়বদু ফংলক্লিবনি। ওফিস হঞ্জিল্লকপগী ঙাইহাক পোত্থাদুনা লৈবদসু মদু মঙাই। খোইদাবী কনাগী ব্রাখলদা মঙ মঙলিবনো। তাবদা খোইদৌ শাওনিংবা ব্রাহৈঙাক্তা।

(অহীংগী পুং ১২ তাবগী ফক্লাং ঘড়ীগী কাংসি ১২ রক য়ৈরকই)

মেমি - অহিং নোংয়াই য়ৌরবসিফাও ঙসাইদগী তূমদ্রিমাল্লেনে। মমিৎসি ইরাও লাওনা পাঙলগা কোইওন ওন্দুনা লৈরিবসে। সনামচা হায়বদুগী ব্রাখলদা লুপ্তুনা তূম্বা য়াদ্রবজাৎনিদনা। ওজা শ্বামনা হায়রম্বদো। নখোয়গী সনাজাওবদু সনামচা হায়বী নুপীদুগা সিনেমা য়েংমিন্নহৌবনি।

সনাজাওবা - মানা হন্দক তৌরক্লিবা লান অসি ...... । ওজা শ্যামনা নোংমা ফাগী তৌশিল্লম্মি হায়বা নুমিৎতুদগীনিসে। অদুগী মতুংদগী ঐগী ফুরিৎকী নঙ্গলদা মুক অঙাংবা চুরকপা, মদু লিপসতিকনি সিনি মানা হৌরক্লিবসে। কদাইদগী সনামচা হায়দুদি ঐগা নৌনা তিন্নবা মরুপনি। মহাক য়ু য়াম্না থক্কল্লি হায়দুনা য়ুদগী লাপথোক্লবা ঐনা সিনেমা য়েংসি হায়দুনা হেক হেক লম্বী থৈদোকপনি। অদুবু মাগী হৈনবীদু পাক থাদোকপা ঙমদদুনা অদুম খরা খরদি থক্লি। হান্নদগীদি ফনা য়াম্না হল্লবনি।

মেমি - সনামচা হায়বদু নুপী নত্তে নুপানি। ইমান্নবনি নৌনা তিন্নবা মরুপনি কায়দনা ঐঙোন্দ লোৎলিনে। মৈবু ফিনা কুপ্তুনা কয়াম কুইনা থম্বা য়ানি হায়বগে। মৈরীদুগী মৈশানা কুপ্লিবা ফিদু তাঙ্গোই ওনখ্রগনিদনা। মতমদুদা চেনবা য়াখিগদরা হায়বা।

সনাজাওবা - শ্যামনদি ফাগিনি হায়দুনা লীলা শান্নরি। ফাগিদগী থী য়াওই হায়বদু চুম্বজাৎনি। ব্রাফমসি য়াম্না লুশিল্লকদৌরি। পুক্নিগী ঈচেলসি থৈদুনা চেনখিবা য়ারি। মসিবু মহাক খঙদবরা হায়বা। মাগীসু নুপী অঙাং লৈরিবনি। য়ুম্বাল লম্বীদা খোঙদারকপসু ঐঙোন্দগী চহী ৭/৮ হাল্লিবনি। মঙোন্দদি অসিগুম্বসি থোকখিদবরা হায়বা, য়ুম্বাল লম্বীদা ইংনা খোংদামিন্নরিবা নুপী অমদি নুপাগী মফমদা কদায়ফাওবা ফাগী তৌবা য়াবগে হায়বদু মানা হেন্না খঙফম থোকপনিনে। মসিবু তশেংনা য়ুম থুগায়গে হায়দুনা তৌরিবরা? মদুসু খল্লমগদবা মান্দেদা। মা - ঐ তিন্নরিবসি কুইরবনি। অসুক কুইবসিদা অমনা অমগী মাংনবা অমত্তা তৌরক্তি।

মেমি - মাগী অশোইবা হায়কববদি ঐঙোন্দা ইবাল হেক্তা শিবক্কনি। মসিনি ঐনা খোইদৌসি শাওনিংলিবা। ওফিসতা ইবাং তৌই শিংজু চানৈ, বোবা চানৈ ওফিসাবগী কাদা ৱাবী শাদুনা লৈ। জাৎ জাৎনি মানা ভাবনা শাদুনা ঐঙোনদ ওঙ্গিনবা য়াননবা হায়দুনা শেমজিন শাজিন্দুনা চর্জি তৌশল্লক্লিবা।

সনাজাওবা - হৌজিক্কানগী নুপীশিংসে ফজনিংঙাই ইবৈ লৈতেদা। মচা মৱা লৈনা লৈনা অতোপ্পা নুপাগা ঙাঙনবগীপাউসি যাম্না তোয়না তাশিল্লক্লি। কৈন্যা কৎপগী, মক কোকপগী, খোঙ্গোইনবগী পাউসিনবু নোংমতা কাংদে খববদা ফোটোগা কোন্ননা হাপলক্লিবা, ঐগী নুপীফাওবদা থাজবক্তুবনি। ঐনা লংফৈদ্দা চংখ্রবদি মানা অসোমদা কবমবা ফিভমদা লৈহৌবা, খল্লুবদা কোক শাই। লম কোইবকা অমত্ত চৎনিংলক্রে।

মেমি - হৌজিক্কানগী নুপাসিংসে ওক্তবঙাক্তা ঙাইসিল্লক্লে। অদুগুম্বা ওক্তবশিংদুগী মবক্ত ঐগী নুপাসিসু য়াওবমগদ্রা হায়বসিনি। ঐচ.অই.ভিগী মহিক চেনবা মীওই মশিং থীঙমদনা লৈবে। ঐদি কিবু কিশিল্লক্লে। ঐগী নুপাসু মহিক অসি চেল্লববা? অদু ওইববদি তেস্ত তৌকদবা যাদ্রে।

**(মঙাক্তবা)**

মেমি - এ এ মিং চনফমসিদা মাদি কৈদৌবল্লিবা। মশা নুঙাইতবগী যেংথোকপা লাক্লিববা? মহাক্কী মতুংদা ঐগীসি তপ্পা তৌবগে।

সনাজাওবা - আদা লেপ্পিবসিবু মেমি নত্তবনে। কৈদৌবিবা মাদি। ঐ কদাইদা চৎলিগে হায়দুনা ইতুং ইন্দুনা খিজনবা লাক্লিবজাৎলা। কান্নদবদা নামৎ মাংনবা। নত্রগা মাগী শিযোমনুংদা অতোপ্পা নুপা অমগী ......। অঙাং যৈথবা? অদুবু গাইনিবোমদা চংদে। (কাউন্টবদা ওনশিন্দুনা) মিং অমুক্তা চঞ্জগে। ঐচ.আই.ভি টেষ্টকী। পৈশাদু লু: ২৫ হায়বা? সেসে সিদা লৈজবে।

মেমি - ঐচ.আই.ভি টেষ্টিং সেলদা মহাক চংখ্রেনে হে। চুম্না মশা নুংঙাইতবগী য়েংবা লাক্লিববা হায়ববু। ওক্তবনিদনা । ওক্তবী নুপীগা শঙ্গা তৌবিনিযে।অদুননিদনা মানা টেষ্ট তৌগদৌবিবসি। মা থোকখ্রবা মতুংদা কোন্না তপ্পা চংলগে। মা থোক্লক্কানদা উদনবা স্বাইদা লোৎখিগে।

সনাজাওৱা - (ঙাঙ ঙাঙদুনা থোক্লকই) কদাইদা চংখ্রবজাৎনো। ও পি দি বোমদা লৈবমগনি। ঙাইহাক তুমিন্না লৈ। লৈতেনেহায। হনখ্রবজাৎলা।

গেটলোমদা অমুক য়েংলুখিগে। (চৎলি, অসুম নকশিল্লকই, লায়েংবা লাকপা নুপীশিংনা ঙাঙবা শকপগী মখোল তাই) অসোমদসু লৈবা উদেনে। অতে মমান্নবী লোইনরকপসু উদে। মথন্তনি মানা লেপহৌবদো। করমহায় তৌরিবজাৎনো। অমানবকদি নত্তেকো? ফরে য়ুম য়ৌরগা খঙবা হ'যদুনি।

মেমি - হন্দি হনখ্রেদনা। মা চৎখ্রবা মতুংসিদা ইংনা তপ্না য়েংলনি ঐগীদি য়েংদ্রবসু য়ারেদা। অদুবু মিং পাম্সিল্লুরবনিনা লেম্নদি মাংহননিংদ্রে। মসিগী কান্নবা অমসু লৈরি। করিগুম্বা মাগীদনা পক্লল্লবা ঐগীনা পক্লমদ্রবা অদু ওইরবদি খুদক্তা লাপথোক্লহৌবনা ফগনি।

(তরুকত্তবা)

সনাজাওবা - হল্লক্লমদ্রি। মশা নুংঙাইতেসু হায়দে। মীনা ঙাঙবসু খুমদে কয়াম কুইনা ঙাঙদবগে য়েংগে ঐসু সুকঙাঙ ঙাঙলোয়। ওফিসলোমদা চৎখ্রবজাৎলা, ঐসু ওফিস ঙাইহাক্তা য়ৌরুখিগে। (গাড়ী থৌখিবগী মখোল)।

মেমি - মাবু ওফিসলোমদা চৎখ্রবজাৎলা ? য়ুমদা লৈবজাৎলা? লৈবা উদে। গাড়ী লৈতে। ঐদি ছুটি লৌথোক্লবনিনা পোত্থাদুনা লৈবগে। মখারোমগী ইনেখোয়দগী অঙাংদু হান্না লৌশিল্লুখিগে। (লাপ্লপ্না অঙাং কপ্লগী মখোল তাই) মবুক লাম্লমান্নে। কপ্লগী মখোল তাইনে। হেক্তা কৌরগে। হো ইনে অঙাংদু পুবীবক্লো ঐ হল্লক্লে। ও পুদি পুরক্লমাল্লে। (অকপ্পা অঙাংদু পুশল্লকপগী মখোল) যারে য়ারে ইনে অদুবাইদা সোফাদরা কৈনো অদুম থম্বীরম্মো ঐ ফি রোলশিংসি অমুক্ত লোইশিল্লমখিগে। (অঙাংগী মনাক্তা চংশিলক্লুনা) বুংঙো মচা তোকও তোকও কপকনু মমা লৈরে। মমা লৈরে কপকনু। লাকও, হো অদুনিদনা মমানা পল্লগা ফবা। মরম ওকই। ইচাদি।

(অতেনবা ম্যাজিক)

সনাজাওবা (হঞ্জিল্লকপগী গাড়ী মখোল তাখি) কদাই কদাই চৎখ্রবজাৎনো তৌরিসিনা। কনা অমত্তা চেক মোক লাওদেনে ঐগী ঙসাইগী চেদুবু করম্বা ফুরিংখাওদা য়াওখ্রবনো। ও অসিদা য়াওরে। ঐচ আই ভি পোজিটিব ওইদে। ফরে মসি খঙদোকপসিনা পুক্লিংসি খরা লৈতাবা ফংই। হাইস মাগী মোন মখাদা লৈরল্লিবা স্লিপ অসি ঐচ আই ভি টেষ্ট তৌবগী চেনিনা। ঙসিগী তারিখতা। ও ভাব তারে ঙসাই মহাকপু উখিবদু ঐনা হেক থোক্লকপা তঞ্জাদুদনি মহাক কদাইদনো অমা লৈশিন্দুনা লোৎলমগনি। ঐ চৎখ্রে হায়বদু খঙলবা মতমদা মহাক

থোবক্লমগনি। ঙক্লেদা মসিগী নুপীসে, মসি যাম্না ওক্ত্রবজাৎনি অতোপ্পা শকখংদবা নুপাগা অবোনবা মবি। অদুনা মবম ওইদুনা এইদস পক্লববা হায়বগী চিংনবা লৈদুনা এইদস টেষ্টিং সেলদা চংবা। ঐনা য়েংথোক্লবিবা অসিসু মঙোন্দগী লৌবক্লববা চীংনবা লৈবদগীনি। হৌজিক ময়েক শেংলেদনা মহাক্লা অতোপ্পা নুপা অমগা অবোনবা মবি লৈনবে হায়বগী খুদম লাক্তি লাক্লেদনা। কোম্বোংদা চংলক্লিবসে মেমিনি, খঙনি কাচিন্দা লোৎলগা মানা তৌবদু য়েংগে।

মেমি - হন্দি হল্লক্লম্লজাৎনি যুমদা ঙাইহাক্তং লৈদুনা ইমুংগী থবক ইনখাংদা মতেং পাংবগী ব্রাখলদি লৈবজাৎনত্তে। মীগী নুপাদি ওম্বোক্লা ফখবেদা।চাক থোংবা কৈদৌবদি নুপানা তৌবদা কবিসু কাইদে মীসু পীক থন্না থোংনৈ। ফিসু ফিজাম কোল্লিক ব্রাইবম শেংবা অদুবুদি নুপী ঐখোযনা ইশানা খঙনা অদুম তৌজবগদবা ঙাক্তনি। মসি নত্তবা অতৈ থবকশিংদা মখোযনা নুপী ঐখোযগী ইতেং পাংবা যাবসি যাম্না লৈখ্রে হাযবা। ঐখোযগীসিদি মমিত্তা হেক থিন্দ্রিমখৈ খঙদে। খঙদেদা ব্রা খংদ্রিবা হাযদুবা তল্লিবা হাযদুবা ঐবু ইক ইযাং তেকহন্নিংলিবজাৎলা .... মাগী মতৌসিদি হন্দক শাওবিঙৈ ব্রা ঙাঙনদ্রিঙৈসিদা অমুক্কা হেন্না ব্রা খংদ্রে।

সনাজাওবা - নুপীগী থবকসি যামদি যামখ্রবজাৎনি হোয চাক ফাওবদি ঐনা থোংবীবা যাই। মদু ওইববদি মহাকসু খবমখৈদি কোমজবগনি। হায, ঐগী টেষ্ট তৌরুবগী বিজল্ট অদু তেবলদা হুন্দোক্লম্লে। মানা থেংনখ্রববনেহে!

মেমি - মাগী বিজল্ট ইবা চেসু সিদা লৈবেদনা। পোজিতিভ ওইদবা ফবে অকিবা কোক্লে। মানা মসিগী মহিকসি লৈ লৈতে খঙনবগীদমক ঐচ আই ভি সেলদা চঙবা....। মসিনা তাকপদি মহাকসি শকখঙদবী নুপী অমগা অবোনবা মবি লৈনবে। ফৈ নুপী অদো কনানো হাযবসি ঐনা থিগৎকনি। মৈবু ফিনা কুপ্পুনা কযাম কুইনা থমগনি । হুবানবগী তবানি মপুগী নোংমা। হুবানবা ফাবা নুমিৎতুদা লৈকাইগী ক্লবতা তাক্তুনা মীযাম মমাঙদা খোঙ্গোইনগে। নুমিৎসি আ যৌখ্রে। নুমিদাংগী চাক মৈ থাগৎনবা অমুক্ত হোৎনকখিগে।

সনাজাওবা - মানা চাকখুমদা চংখ্রিঙৈ অসিদা মাগী হেন্দ বেগ অসি চেক তৌগে। (হেন্দবেগকী চেন চিংথোকপা মখোল) ও টেষ্ট তৌরুবগী বিজল্টতু অসিদা যাওবেদনা। পোজিতিভ ওইদবা ফবে চিংনবদি কোক্লে। অদুবু কয়াদা ঙকখ্রবা নুপীনো হাযবা। অতোপ্পা নুপা অমগা মবি লৈনবা.....

(শাওনা) ফৈ ঐনা থেংনবা নুমিত্ত থাংনা মকক মকক কক্লগা হাৎকনি। নুপীসু নুপাসু।

**(গাড়ী থৌদোকখিবগী মখোল তাই)**

মেমি - করিনো ঙসিদি থিনবীরবোই হায়রিবজাৎলা। ফৈ ফৈ ঐনা থোকপা রিক্সোদনি খঙদে ইথন্ত চৎচগনি। মীগী মমাংদা ঐবু নুমিৎ খুদিংগী পুদুনা চৎলবদি পাখং শাবা য়াররোই সিনিনে। (শাওবা) য়েংগে। মাগী গাড়ীদা শুকতোং হেক তোংবীরোই। ঐবু ইখোং তেকপরো ঐনা থোকপা ঙম্লবা চৎকনি।

সনাজাওবা - (গাড়ী থৌনা) মানা মরুস্বী থম্লবনিনা ঐনা মাবু থিন্দোক থিঞ্জিন তৌবগী দরকার করিনো? মরুস্বীদুনা মরন্নাই থিঞ্জনি। য়েংদুম য়েংগে স্বাইগী পান দুকান মমাংসিদা লেপ্লগা। (গাড়ী খামখি। লম্বী য়াম্না চীনবা মতমনি রিক্সো জিপ কাব স্কুটর সাইকলময়াম চৎনবগী ইরাং লাংই।) ইবেম্মা ক্বা অমখক্তা পীরকউসে সে পৈশা সিদা লৈবে।

মেমি - (রিক্সো তোংদুনা লাকই) ঐখোয়গী গাড়ীদু অসিদা থাম্লগা লৈরেদনা। ও পান দুকান ফম্বী নুপীমচা অসিগী মমাংদা দিল লেপ্লিবজাৎ ওইরে। খঙলে খঙলে। অসিগী নুপীসিদি মশক খঙইনে। অফাওবীনি, অমনা অমুক পু অমনা অমুক পু কোইচৎ চৎলম্বনিনে। হৌজিক্তা খোঙ্গুল তানা দুকান ফমদুনা লৈখ্রবনি। চৎপদি হৌজিকসু লেপ্লমখিরোইনে মব্রা অমুক খায়নদুনা হল্লকপী ওইদুনা লৈরবনি। মসিগী মনাক্তা শংদুনা অমুক লৈরবজাৎনিদনা পাখং শাদুনা।

সনাজাওবা - রিক্সো তোংদুনা চৎখ্রেনে। মশকপু ইথী থীজল্লে, মমায়সিনা ইমক মকশল্লদনা। পাউদর থারক্ত্রবরা কৈনো। থিনবীদ্রে হায়দুনা শাওবীরিজাৎলা। মরমচৎসিগা হায়রুববদি শুকথিনবু থিনবীরোইদবনি মানা অরোনবা নুপা থম্বদি য়ারগা ঐনা অরোনবা নুপী থম্বদি করিগী য়াবোই। থম্মু থমগে। পান দুকান ফম্বীরা কৈনো অফংবা অমা হেক্তা নুংশিনরগা লোইরে। মসিদা পান দুকান ফম্লিবী নুপীসিদুম মাশকসু ফনা ফজেনে রাসিনা লৈরিবা। খঙনশল্লগা নুংত্তিগী ক্বা চাবা চংলগা লোইরে ইরায় লায়বা পোৎসিবু। মাগী মমাংদা নুমিৎ খুদিংগী লেপশল্লবদি মাসু ব্রাখল অমদি তৌরকপা য়াইনা।

মেমি - (রিক্সো মথক্ত) হুম মানা অসুম্না পাখং শাদুনা পান দুকান ফম্বীসিদা দিল লেনবদি য়ারগা নুপীঐখোযদি করিগী য়ারোই ঐখোযসু মীনিনা। হূই য়েনদি নত্তেদনা। মসিগী রিক্সো থৌবিবা নুপাসিদুম মশক ফনা

ফজবিনে। চুং ফিবাল চাবদনা ফিবম মুর্ত্তি চুল্লদনা চীং লেপ্পদনা মপাঙ্গলসু কল্লমগনি। মশা ফৈ নোংশা শাবান তাই মথবাক ফল্লগা মখ্বাং চেংবা। (খোঞ্জেল নৌথবদুনা) বিক্সো খবা খবা তপ্পা থৌবীয়ু। মী য়াম্না চিল্লিকো যেংঙু ঐবু বিক্সোসিদগী তাববদি নঙ নুঙাইগদ্রা? হোই শকথিবী ঐখোয়বুদি নঙনা তাহননীংঙমগনি অসিগুম্বা মী চিনবা মফমসিদা। হোইনে অদুম্না তপ্পা তপ্পা গ্যান তানা থৌ হায়বা। ওফিসপুদি থেংজববসু কবিসু কাইদেযে।

সনাজাওবা - কবি কবিনো মানা বিক্সোসিদা ব্বাবীসু শাবিনে। তুমিন্ন অদুম চৎকেদি হাযদ্রদুনা বিক্সো পুলবসিগা নোকমিন্নবিনে। এ এ কবিগীনো অম্বাইসিদা বিক্সো খাল্লগা লেপ্তুনা সুম লৈবিবসিনা এ দুকান্দগী মীথাইবা ক্বাবা অমা লৈবগা চামিন্নখ্রে। হে হে লমচৎ কাম্বী বদমাশ। ইবেম্মা ক্বাদু অমখক্তংগা পীবকউ। সে সে য়াঙ্খে চৎপীসি থল্লল্লগে অচোইবা লৈত্রগা কোন্না লৌবসু যাই, নুংত্তিগী অদুম লাক্কদৌবিবসিবু। কাবু ওস্থোক্লা হাওখ্রেনে কবি কবি ময়ালবু হাপ্লা জাৎনো। অতৈ অসুক যাম্বা দুকানসিদগী ইবেম্মগী ক্বানা হাওবা ইহেন হেল্লি।

মেমি বিক্সো যৌবে যৌবে খাপ্লো। (নোক্লদুনা) বাসিনা মবোল অমা লৈবিবা শক্লা মবোল অমা ফজবিবা। বিক্সো থৌগদবা মীদা নত্তে জিপ কাবকা থৌববদি ওস্থোক্লা লেমত্রদৌবা মীদানি। সে সে যাঙ্খে চৎপীসি পাযখ্রো এডভান্স ওইনা। ওফিস মতমদা নুমিৎ খুদিংগী ঐবু থিনবীগদবনি। তেবা যেংখোম লৈবক মচিন্দ পুং মপলমখাযদা নুমিৎ খুদিংগী। (নোক্লদুনা)।

**(অরেৎশুবা)**

সনাজাওবা - ঙবাংদি মশক ইথী থীনা উই। ঙসিদি ওস্থোক্লা ফজনা উবেদা। লিঙ্কতিক পাউদব ফজনা থাবমাল্লে। ঙসাইদগী মান ঈশৈবু ঙংবনে কেবগী মতমবু ওস্থোক্লা কুইনা চংখ্রেনে। ব্বাখল অমা ইতৌ তৌইসে নুপীসে।

মেমি - ঙসিদি মকোইফানবদা পুং চাতবেৎ চংইনে। মন্দা অমা ইতৌ তৌইসে পাখংসাবসে। অমুক্তা ঈশৈ ঙংদবা মানা ঈশৈকা ঙংলদনা হুম ... ওস্থোক্লা যেংনিংখিদ্রে। বাসি ইকং কংলদনা।

সনাজাওবা - মশকসি নুংশিমন্দবদগী ঙবাংদগী মাবু গাডীদা থিনবীদ্রবনি। ঙসিদি থিনবীবগে। ঐ হান্না লোয়শিল্লগা থোঙ্গালদা ঙাইকবগে। (গাডী থৌদোকখি অদুগা লাপ্পপ্না খামখিবগী মখোল তাই) অ আই ঐনা খামদুনা মাবু ঙাইখৈ ঙাইবগা হুৎক লৈথোক্তুনা চৎখ্রেনেহে। ফৈ ফৈ

মানা কযাম কুইনা থিলহন্দবা ঙম্বগে যেংগে সুকথিন থিনবীবোই। মানা হেক হাযজবক্ত্রিমখৈ। লৈবক মচিন্দা বিক্সো তোংগ্রে। মসিগী বিক্সোসি ঙবাং মানা তোংখিবদু ওস্থোক্লা মানখ্রেদা মমাযদু মুন্নদি যেংহৌদ্রে। ঙসিদি মুন্নদি য়েংহৌ বগে। মশা মউ ফৈ, ঙবাংগীদুনি। মাসু বাগ অমা তৌশল্লক্রেদনা। উম খঙনি ঙসিদি।

(অতেনবা ম্যুজিক)

মেমি - ঙসিদি কৈদৌববনো গাডী পুদনা থোকপ্রে হাযদুনা তৌবগা ঐগী বিক্সোসি মানা ফাদুনা তোংলগা চৎখ্রেনেহে। খঙনি মতুংদা বিক্সো অমা থিবগা তান্নগে। (বিক্সো কৌই) বিক্সো বিক্সো হো বিক্সো তাবিববা পি দবলিউ দিগী ওফিসতা চৎসি। খবা কন্না থৌগদবনি। উম অদুম্না কন্না থৌ অতৈদগী বগল লৌখৎলু। মঙোন্দগী ঐনা হেঙ্গৎলেদনা। মাগী ক্বাযোনবী মপা যৌবে। (বিক্সোদা) ঙাইখো বিক্সো মসিদগী ক্বা অমতা চাবকখিগে। খাম্মু। খঙগনিদনা ঙাসাদ ক্বাযোনবী অফা ওবীদো মাগা ব্রাবী শান্নবগী তাঞ্জা পীবোই হায়বা। (পান দুকান্দা ওনশন্দুনা) ক্বা শদা অমখক্তা পীযুবা। র্জদা অমত্তংগা বিক্সো থৌবা নুপাসি পীজগে।

সনাজাওবা আই আই ঐগী ক্বা চাফমসিদা মানা লেপশিন্দুনা লৈবেনেহে। কাবন তাখ্রেদা। যুমদগী থোবকপদি মঙোন্দগী ঐনা হানবনি। কবমহায তৌদুনা মানা ঐঙোন্দগী হেঙ্গৎলমলিবনো। ঙকখ্রেদা, ফবে বাধামাম্বীগী ক্বাসি হোবেন ছুটি থাবকপদা ওইনা চাবগে।

মেমি - ঐগী বিক্সোসি মানা তোংদুনা চৎখ্রে। ফবে হৌজিক তোংহৌদ্রবসু হোবেন ছুটি থাবকপদদি মবনাই ঙাইজবমগনি। মানা ক্বায়োম্বী শংবগী তঞ্জা অমদি ঐনা মাংহল্লেদন। হোবেনসু তৌগে ওফিস কুম্লকপদা।

সনাজাওবা - হৈ বিক্সো পান দুকান মমাংদা লেপহৌবা নুপীদু খঙইদনা। নঙনা নুমিৎ খুদিংগী থিন্দোক থিঞ্জন তৌবদো? হোবেনদি থিনবা যাববোইদবনি। ঐনা মী থাদোক্লুনা যেংহনগদৌবিবনি মাবু নুমিৎ খুদিংগী পুবিবদু কবিগীনো? মা নৎত্রবদি নঙগী পেসেঞ্জব লৈত্রববো? লৈশাবী নত্তেনে নুপীসে। ভাব তাবব্রা?

(নিপালশুবা)

সনাজাওবা - মানা থবক ইনখাং তৌবিঙৈ। অঙাংসু তৃম্লিঙৈগী তাঞ্জাসিদা নবোন্দা অমুক্তং হাযদোক্লগা বধামাম্বীগী ক্বা চাকখিগে। (মচিন্দা শেংফাত্তনা ঈশৈ ঙংল ঙংলদুনা থোকখ্রে।)

মেমি - ঈশৈকা ঙংলদুনা মন্দা নুংঙাইনা চৎখ্রেনেহে। রধামাম্বীগী দুকান্দা ওইরিনি। হায় আদা থোঙ্গালদা চংলক্লিবসে ঐখোয় ইমোচানিনেহে। ফৈ ঐ ফিরোল প্রপ প্রপ শেৎচিল্লগা অঙাংসি মখারোমগী ইনেদা ঙাইহাক্তং শিন্নরম্লগা মাগী ক্বা চাফমদু থুগায়রুরগে। অতোপ্পদগী চাবদি কৈদৌরদনা....। (ইমোচাদা) ইমোচা নঙ লাকপা য়াম্না ফরে। নঙগী ব্বারীদু কোন্না খন্নসি। ব্বাহেং লৈকাই ফাওবদং চৎলুসি নঙগী গাড়ীদুদা। কুইরোই ঙাইহাক্তনি। ব্বাহেং লৈকাই মচিনগী পান দুকান্দুদা। ব্বা অমা ঙাঙনগদবা লৈ। (স্কুটর থৌদোকখিবগী মখোল তাই)

সনাজাওবা - করিনো ঙসি তৌরিসিবো। মাবু য়ুমদা থবক-ইনখাঙ তৌদুনা লৈহৌবদাইনে। রধামাম্বীগী দুকানদা অমুক লৈরম্লিবসিনা কমদৌরিজাৎনো। ও ঐনা রিক্সো তোংদুনা চৎলিঙৈদা মানা ইশেননুপা ইমোচাগা স্কুটরদা হেক্সৎলগা চৎখিবা ওইরমতারে। মাগী মনাক্তা লেপ্লিবসি ইমোচানি। ঐনা য়ুমদগী থোক্লকপা ইকান কান্নদনা ইমোচা লাক্লমগনি। অদুদগী মখো: অনী থোকমিন্নরকপা ওইবমতারে। ঐদি পুঙকপু ঙকলুরেদা। য়ুমদসু লৈহৌবা অদুগা সোমদসু। ক্বাসি অতোপ্পদগী চাবা তারেদনা। ঙসিদি চাক্স অমা ইফং ফংদেদা। হয়েং অমুক য়েংবা হায়বদুনি।

মেমি - সনাজাওবা হায়বা পাখং শাবদো খঙইদনা রধামাম্বী। নহাক্কী কৃষ্ণমানবদো ননাক্তা লাকহনগনু। নুপাদু ঐগী নুপানি খঙলবরা ভাব তারেদনা। কান্নদে ব্বা য়াম্না ঙাঙনগুমসি ঐ য়ৌরে। (লাপ্লপ্লা কৌই) ইমোচা চৎলসি (স্কুটর থৌখি)

(মপনগুবা)

মেমি - বিক্সো পুলর। ঐগী রিক্সোদু লাক্তবগী মরমদি অতৈগী নৎলমদ্রেদনা। মানা থীনা চৈবীশ্রবজাৎ ওইবে। করি থোকই হায়দুনা চৈজবা শারিবনো। মানা য়ারগা ঐখোয় নুপীদি করিগী য়ারোই।

সনাজাওবা - মানা দুকান মমাংদা হেক হেক লেপশিল্লম্বদুদি ঐগী চাক্স থুগায়গে তৌব ওইরম্লেদনা। হেরা মানা থুগায়গে হায়দুনবু কয়াম থুগায়জবা ঙমনি হায়গে। নুমিদাং নুমিদাংদা হেক চৎলগা লোয়রে।

মেমি - রিক্সোদু মানা চৈদুনা লাকহন্দ্রবসু নোংমা নত্রগা নোংমদি থেংনরকখিগনিদনা। থেংনবা মীকুপ্পুদা নুমিৎ চুপ্পা অমা কোইপু পুবগা চৎহনগনি। সিনেমাদুম য়েংমিন্নগনি।

(টেলিফোন খিংলকই)

সনাজাওবা - হল্লো অং মানি ঐ সনাজাওবনি। নঙবু রাধামাম্বী নত্তরো।

মেমি - টেলিফোন্দা ব্লারী শান্নরিবসি রধামাম্বীগা ওইরমাল্লে। খঙনি লুল্লগা তাগে, অমুক হঞ্জল্লগে। ওফিসকা চৎখিরোই। থেংই হায়দুনা মীব্রা তারবসু তাবা তারে।

সনাজাওবা - নঙবু ঙসি দুকান ফমদ্রবরো? থোঙ লোনশিল্লে হায়বা? ফরে ফরে, ঐখোয় নুপীরো? মাদি ওফিস চৎখ্রেনে। হৌজিক্ত থোকখিবদা ঙাইরি। থোঙ্গাল য়ৌরম্মনি। য়াইনে য়াইনে নঙনা হায়বতা ঐনা ইন্দুনা লাক্লিবসিদি। করি তৌ হায়বগে? সনা শাবীযুরো পৈশা ওইনা পীযুবো? করি হায়বা কবি অমতা পামদে হায়বা। কৈদৌবগী নঙবু অদুক য়াম্না ব্রারৌচাওবী ওইরিবনো? শাওনু কৈদৌবগে.. অং হায়যু হায়যু। হোয়নে হোযনে। নঙনা ঙসি হাযবদুদা ঐদি ছুটি লৌথোক্লবনি। আসা হোলগী ইংলিস ফিল্মনি। নঙবু ইংলিস ফিল্ম য়াম্না যেংনিংই হায়বদাইনে। মদুনা ফরে কৈদৌবগে।

সনাজাওবা - অদো নঙ কদাইদা ঙাইবমগে হাযবা? নাগামপাল কদাইদনো? মপাদো হায়বকউ। পুং কয়াদ? সেকেন্দ সো ওইরবদি নাগামপালগী নঙনা হায়বা মফমদুদা পুং ১.৩০ দা উন্নসি। ফবে অদুদি থল্লগে। থেঙ্ক ইয়ু।

মেমি - উম ফৈ ফৈ (থোঙ্গাল্লোমদা চৎনা চৎনা) হোরেনদি কুম্মৈ য়েংগে। ছুটি লৌথোক্লগা নাগামপালদা চৎলবা। মখোয়গী উনফমদুবু। নাগামপালগী কদাইদনো মদুমদি খঙবা ঙমদ্রে। হো রিক্সো ঙাইখো পি দবলিউ দিগী ওফিসতা চৎসি। থৌরো। হুম কয়াদা উশিৎখিদ্রিবনোনেসে। ময়ুমদা নুপী অঙাং লৈনা লৈনা নুপীকা কোইরদনা। মানা তৌরিবা অসুম হায়না ঐনা তৌখৎলক্লবদি নুঙাইনিসে মা।

সনাজাওবা : কৈদৌনি য়ুমদা লৈরে শান্তি ফংদে। পীশুম ইশুক হেক শুক্লদনা। কৌবা ঙাঙবসু খুমদে। মচিনকসি ইপৈ হেক পৈথোক্লদনা। করিতৌই হায়দুনা শাওবিরিবনো খঙদেনে।

(তরাশুবা)

সনাজাওবা : (লম্বীদা স্কুটর থৌনা থৌনা) নাগমপাল মচিন সনাতোম্বী হোটেলগী মমাংদা ঙাইরমগে হায়বনিকো মহাক্লা তেলিফোন্দা হায়রকপদো। পুংদি তাশল্লক্লেসে। (গাড়ী খাম্বা) মহাকপু লৈবা উদেদা। ঙাইহাক ঙাইদুনা য়েংবা হায়দুনি।

মেমি : ঙসিদি ছুটি তখ্যায লৌথোক্নুনা লাকপনি। মখোয়গী মতৌ যেংলগে হাযদুনা। অসিব্রাই জগাসিদা লুপ্লগা যেংগে।

সনাজাওবা : মিনিট মঙাদি হেল্লক্লেসে কবিনো পুংশিং চপ চানা লৈবমগে হাযবগা। ও লাক্লেদনা, হো বাধামাম্বী ঐ সিদা লৈবে। পুং ১.৩০ চপ চানা যৌববনি অদুদা নঙদি লৈবমদেদো। অতোপ্পা অমগা চৎখ্রবজাৎলা খল্লুবে। লাকও লাকও থেংখ্রনি। (গাডী ষ্টার্ট তৌই)

মেমি : ও চৎমিন্নখ্রেদনা কয়াদা শাথিখ্রবনোনে। ফৈ ঐসু আসা হোল তম্না চৎকনি। পুং ২ ০০ গী সিনিমা যেংলুগে ইথন্ত ওইববসু। হো বিপ্লো আসা হোলদা চৎসি অব্রাং বি ও সিদা। (বজাব মনুংগী মী ইনিল নিল্লি গাডীশিং থৌবগী মখোল তাই)

সনাজাওব কলাবাজাব তৌবা নুপীশিংসিনবু ওম্থোক্লসু ইকাইবা খংখিদ্রে। মমান মমান্নবশিংনা পোৎফম যপ্পনি খঙদে অমা তৌবনি খংদে মানা মানা ঙম্মনবা হোৎনবিবসিগুম হোৎনগেদি হাযদ্রদুনা থবক ইবৈ লৈতবদৌনা। পাঙ্গল ব্রাদনা শেল তান্নিংলিবা হাযদু ওইবমাল্লে তৌবিসে। হোলগী থোঙ্গালদা শং শংদুনা অবাক অবাকপা মী ফাদুনা লৈবেনে। টিকেট অনীখক্তা পীবকউসে। টিকেট কাউন্টবদদি হৌজিকফাওবা হাংলিনেসে। সিমক্তদা ব্লেক্তা থাগদবগী হোৎনবিসে। লাকও বাধামান্বী ফার্ষ্ট সো লোইগদৌবা ঙাইহাক বাৎলি। হোটেল অসিদা চা অমমম থক্লুসি। (হোটেল চঙই) চা অনীখক্তা পীবকউ ইবুংঙো। চানবদু শিংহাবাবা কবিনো অমা হেক্তা পীবকউ (মথন্ত শোল্লি) হাইস ঐখোয নুপীনিনেহে হোলদা চংখ্রিবসে। কনাগা পোগ্রাম থানবিবজাৎনো? ওফিস কাবির্বনি হাযদুনা চৎখ্রগা অসুম্না নাবোম্দা প্রোগ্রাম শেম শেমদুনা সিনেমাগা যেংথোক্নুনা লৈববজাৎনিদনা। অদুননিদনা মানা নহানমখৈ মবক মবক্তা থেংনা থেংনা হঞ্জিল্লক্লিবদো। ঐখোয অনী খৎনদ্রিঙৈ মমাংদসুনি। ঐনা মহাক লৌগে হাযদুনা চৎলুবদা ঙন্তানা হনখ্রে হাযদুনা লৈবমদবা, যুমদা হল্লকপদসু লৈবমদবা। সনধ্যাগী মতম, মল্লি মল্লি তৌবকান্দা হঞ্জিল্লকপা নুমিৎ অদো..।

**(হৌখ্রবা মতমগী থৌদোক)**

সনাজাওবা : কবি পোগ্রামনো ইবেম্মা অসুক যাম্না থেংলবসিদা যুম নীংশিংলক্নুনা হনবীবক্লিবসিরো যুমকাইদু নীংদি নীংশিংলকপোইবে।

মেমি : ঙসিদি ওফিসতগী ঙন্তানা হল্লকপনি। ইমান্নবী লতাখোযদা মকপকী

পৈশা থিল্লুবনি। মখোয়দা ৱাবী ৱাতায শান্নদুনা ঙাইহাক লৈকবদা মতমসি আ যৌশিনখ্রিবনি। নীংথমথাগী নুমিৎকা ওইবনে পুংদদি ঙল্লগা নুমিৎতি আ হেক্তা যৌশিনখি।

সনাজাওবা : হো হাযজিস্বা যাবমখৈ হ্ যজিল্লো। হাযজিল্লিমখৈসু পকচৈ। মীৎনদি উকবা খংলুবা নত্তবনিন মচিন থীবা মীনা অদুম ঙম্বা হৌনশানি। হৌজিক্তি নঙ যুম শঙহৌবো ঐ অমুক চৎলে।

মেমি : হাইমা ঙাইখো ও কদাইদনো চৎপীবিবদুবো?

সনাজাওবা : লৈকাই কোইবা।

মেমি : ঙাইখোসে ওম্বোক্লসু শাওগনখ্রে। ঐনা অচুম্বা হায়জবেদনা। সিদবু অসুক যাম্না শাওবীবিবসিবু কবিগীনো। হযেংমখৈদি নঙগী অযাবা যাওদনা লমফৈ অমত্তা চৎলবোইসে। নঙনা হাযবতা ইঞ্জদুনা লাক্লিবসিদি ঐ চা লোনখৎলুবগে। সে লাকওবা ফি হোংদোক্লবো সে কুদামদো ঐ লৌথোকপীগে।

সনাজাওবা : নঙনা নোকমি নোকমি হেক তৌশিন্নবসিদা ঐগী থৌনাপুম্বা ইপাকথক্কী কোঙ্গোল হেক্তা ওনখিনে। (মোমোন নোক্তুনা) নুংশিবী চৎথোক্লবোইসে ঐ, চাদুম লোল্লুবো। ঐগী ফুবিৎ খোংগ্রাও ইবন্নাই অদুম হোংদোকচগনি। (মখোয অনী থৱায তানা নোকমিন্নৈ)

(অতেনবা ম্যুজিক)

হৌজিক্কী থৌদোক:সিনেমা সো অমা লোইখিবগী বেল খিংলকই। হোলদগী সিনেমাযেংবশিং থোক্লবকপগী মখোল তাই)

সনাজাওবা : বাধামাম্বী খবা তপ্পা চঙসি। মী থোক্লবকপগী য়াম্না চিল্লি। (মথস্ত মুকম মুকম শোল্লি) ঐখোয নুপীদুবু কনা কনা লোইনবক্লিবনো হাযবসু খঙহৌদ্রে। চংখিবদি মথস্তনি। মমান্নবীসু অমত্তা য়াওদে। কবমহায তৌবিবজাৎনো? ওম্বোক্লা শাথিখ্রেদা মা মঙাইবেনে মনিংতল্লিবসে।

মেমি : সিটসু মচিনৱাইদা তাবে ফনদুম ফবে। মফমসিদগী মখোয অনীগী মতৌ যেংবা নুংঙাইবনি। চংবু চংলক্তি মাল্লেনে সিনেমা হৌগদৌববসিফাওবা। ঐনা হোললোমদা হাইজিল্লকপদু মানা কদাইদগীনো অমা উবম তাবেদনা। অদুনা মল্লবকান্দা সিনেমা হৌগ্রবা মতুংদা চংলক্কদবা ওইবিনি। হুবানবনিনা হুবান শাজৎ চৎপা তাবা।

সনাজাওবা : বাধামাম্বী ঙাইখো চা থকপসিদা লোইশিনখিগে। সিনেমা হৌগ্রবা মতুংদা চংলবসু কবিসু কাইদেদা নৎত্রনে? সিনেমাদি হৌবু হৌগ্রমাল্লে। যাবে যাবে চংলসি, ঐখোযগী পৈশা কয়া তাবে, লু: তবা ওইবমগনি।

শিংহারা অনি লুপা মরি চা স্পিসিয়েল অনি লু: তরুক সে সে লু: তরা সিদা লৈরে। (সিনেমা হোল মনুংদা চংলকই) সে ঐখোয়গী টিকেট সিদা লৈজরে। অস ওম্বোক্তা মমখ্রেদা রাধা ঐগী খুত্তা পায়রকউসে পুম্মম মমলে টোর্চ লাইট পায়বদুবু। ও লাক্তি লাক্লে ঐখোয়গী নাক্তা টোর্চ লাইট পায়বা নুপাসি। (সিনেমা মখোল তাই) (সিনেমা উৎলিঙৈগী মনুংদনি।)

(অতেনবা ম্যুজিক)

সনাজাওবা : (হোল মনুংদা সিনেমাগী মখোল) রাধা হাফ থাদৌরে হাফ থারকান্দা হনখ্রসি ঐদি মসিগী সিনেমাসি কয়া হৈনদে। সিনেমা য়েংদোই শরুকপুদি ব্রার সিমিত্রিদরা কৈনো কদাইদনো অমা কোইরুসি। ঐ হান্না থোক্লম্লগে হাফ থাগদৌবা মিনিট অহুমখক্তং ঙাইবে। গাড়ি সেদতা ঙাইরম্লগে।

মেমি : (সিনেমা হাফ থাখরে) ঐনা ফন্নিবা পরেংসিদগী পরেং কযানো চংখৎলিবসে। অমা অনি অহুম মবি মঙা, ও মঙাশুবা পরেংসিদা রাধামাম্বীসি ফন্নস্বদগী হৌগৎখ্রে। মাগা থংনবা সিট অসি ইহাং হাংলি। হাফ তারমদাইদা মৈ থানগৎলক্লিঙৈদা তুমিন্না শৎ থোকখ্রবজাৎনিদনা। হুবানবনিনা মৈঙাল হৈনদবা, কদোমদা চংখিবগে য়েংদুম য়েংলুখিগে। (হৌগৎতুনা থোক্লকই) ও যুমলোমদদি হন্দদুনা অব্রাংলোমদা হাইখ্রেদনা।

(তরামথোইশুবা)

মেমি : হৌজিকফাওবা যুমদা হল্লক্লমদ্রিনেসে। নুপীদু চেল্লবজাৎলা? চেনবু চেল্লবদি ফৈনে ওক্তবা ওক্তবী ওইনা কোইচৎ চত্তুনা লৈগদবগী শরুকপুদি নহারোল ময়াম্না ফারগা মরু কোকথোপীরক্তনা তোক্লরনিসে। খবরদা ফোটো হাপ্লবদি ওক্তবা ওক্তবী অনী ফারগা খোঙ্গোয়নখ্রে হাযদুনা। অদুমহাইনকা তৌরবদি লোইবেনে ইজ্জৎসে। ঐবু ইমায়সি থমফম লৈররোইনে। মপানকা থোকপা ঙমজরোই, খবরদা হাপ্লকপা নুপীদো মদুগী নুপী অহলনি অসিদা চংলিবসে হাযদুনা মীয়াম্না ঐঙোন্দ য়েংলগা চিবোন চিবোন ঙা ৺নগদবদো খল্লুবদা তল্লেদা সিবু শিনিংলেদা। (গাড়ী মখোল তাই) হন্দি হল্লক্লমালে নুপীদুদি কদাইদা থৈদোক্লম্লবজাৎনো। (টিলিফোন খিংলকই কনাগী টিলিফোননো তাঞ্জসিদা? ঐখোয়গী ওফিসকী মীকা ওইবমলবদি ব্রারীদুম খবা কুইনা শান্নদুনা লৈথোক্লে মাগী মমাংদা।হল্লো কনা ওইরবনো? ও ঐখোয় সার রা? ও ফাইল কোভব অঙাংবা যুম শাবগী এষ্টিমেট য়াওবদো মদুগী থবকশিংদো অয়াম্বা শরুকপুদি লোইশল্লম্লে।

খজিত্তংদি ৱাংলি। তাইপ ফুদোক্কদবসু খরা লৈ। হয়েং নোংমাইজিংদা হায়বা? য়াইয়ে। ...... অচিনবা লৈতেদা।

সনাজাওবা : কনাগনোনে? টেলিফোন্দা ৱারী শুধনরিবসিনা। নোংমাইজিং কাইনা হায়নরিসিনা করি প্রোগ্রামনো?

মেমি। : ঙাইখোও সার। নোংমাইজিংদো হয়েংনিদনা, হয়েংদো, ঐখোয় মঙা তরুক্কী ওভরটাইম শাবগী মহুত্তা চাক ওইনা ঙম্বীরো। ঐখোয়সু য়ুমদগী খরা ঙন্না থোক্লরক্কে। থবক শুবা য়াও, ঙা চাক শেন্বা য়াও মী অদুম কোন্ননীদা, থবকসু ফনা য়াম্না শুজনবা ঙমগনি।

... ও, ওকেনহোয়, কুমারহোয়সু য়াওহল্লবদি নুঙাইনি। ফাগি জোগায়সু য়াম্না হৈবনি মখোয়দো। ...... ও, ঙা লৈবদো, মদুদুম ঐবু য়াওনিংইনে। ঐখোয় নুপীনা লৈবনা খরা ফগনি। মশাসু তেকপা অদুগা পৈশাসু সেভ ওইবা। ..... য়াইয়ে ঐ য়াওগে। .... (নোক্লগা) এ, এ, অদুগুম্বদুদি হৈখ্রবজাৎনিদা।

সনাজাওবা : করিনোনে মসিগী নুপীসিনা তৌরিবসিবো, মীনা হৌবকপসু নত্তবা মানকা হৌজন্দুনা তৌরিবসিনা। ঙা লৈবা চৎপফাওবা মীনা লৈজগদবদু মানা অমুক য়াওশিল্লদনা। ইরাং অমা ইতৌ তৌইসে মসিগী নুপীসে। য়ুমদা মচা মৱা লৈনা লৈনা অতোপ্পদগা চেনখ্রদি য়া য়া লাওনবনিসে। লৈবাকসি শবা শল্লনি হায়বা। খবরদকা হাপ্লক্তনা। অস, অদুমাইনকা তৌরক্লবদি ঐবু মায়গসি থম্ফম লৈররোই, ওস্থোক্লা ইকাইখ্রনিদা। মানা তৌরিবসে মা মশাদি ইকাইবীদবা ঐখোয়বু মাগীদমক্ত ইকাইবীয়ু হায়বনিনে। হকচাংদা ফি থোংদনা লম্বীদা থোক্লগা অউবনা ইকাইজৌ হায়বদুনি।

মেমি : (নোকমি নোকমিরদুনা) অদো সার, কেমেরা অমত্তংদি য়াওবীবকপা তাবে। অতৈবু লাইরি, হন্দক্কী নীংথমথাসিদি পীকনিক অমা শীনবীরকপা য়াবজাৎনি। ... হা, শীল্লক্কে হায়বা য়াম নুঙাইজরে।..... মফমবো? মফমদি শেকমাইদরা কদাইদনো সাবহোয়না ঙাওবদা খুদোং চাগদবা নুঙাইগদবা মফম য়েংবা তারেদনা।

সনাজাওবা : (শাওনা) ননসেন্স। চাক থোংগেদি হায়দ্রগা হৌজিকপু টিলিফোন্দা ইন্টরভিয়ু। চফুকসে লোয়না থুগায়র লোইরে। (চফু উয়ান কাওখায়বগী মখোল, পুখম তেংকোৎ লংখায়বগী শ্রেং শ্রাং লাওবা মখোলনা পুমনিল নীল্লি। লৈরম লৈরম্না পোৎচৈ পকলংদা লংখায়) য়ুমসে মথোং চাররোইদবজাৎনি। ওক্তবীনা মকোল শাজিন্দুনা লৈরে।

মেমি : করিনো তৌখৎলকইসিনা। কোইবা য়াবমখে কোইরুরগা হৌজিক্তা কোলেং শাদুনা হল্লকইনে। অদুগসু শাওশিন্নদুনা তৌ শারিয়ে, নোক্কুম নোকচনিংই। অতোম্বী পুশনবা য়ানবগী অঙ্কদা লান তৌরিবনি।(চফু কাওখায়বা) কায়রসনু চফুকদু লোয়না। ঙসিদি চরা হেন্নবা তারেদনা। অতোনবীদু লাক্লগা থোংবরা য়েংবা তারেদনা।

(তরানিথোইশুবা শরুক)

সনাজাওবা : ওফিসতা চাক চানবরা হায়'বু নহারোল থাজল্লগা থুগায়হনগে। মকে শেন্নদনা গুন্তানা থোকখ্রেনে। ঐগসু খঙনবা ছাত্র সংস্থানগী মচিন তোংবা নহারোলশিং অমুতোম্বা, শরত, কুমারজিৎ মখোয় নেক্লখিগে। মখোয়না পাম্বা পৈশা কয়ানো পীথোক্ললোইরে। (গাড়ী থৌদোকখি)

(অতেনবা ম্যুজিক)

সনাজাওবা : অমুতোম্বা, সরত, কুমারজিৎ। নখোয় অহুম টোয় পীস্তোলসি অমমম পায়রো। নতৈমগী ওফিসতা হৌজিকমক চৎলু। নখোয়না উনগদৌরিবসি মখোয়গী চিফ ইঞ্জিনিয়ারদুনি। নম্বর ৱান, মখোয়গী চাক চানবদু য়ু য়াওই নৎত্রগা য়াওদে হায়বা হান্না খঙদোকপা তাই। য়ু য়াওরম্বা তারবদি এক্সন লৌখৎপদু য়াম্না লায়বগনি। ফরে অদুদি নখোয়না থোকপা হোৎনরুরো। সে থাউ নুং হান্নবা লু: ৩,০০০ দি পায়খ্রো। মায়বু পাক্লবদি খরগা হাপখিনিদা। ও,কে, গুদ লক। সি. য়ু। (গাড়ী কন্না ঙংলগা খংথৌ থৌখি, নহারোলগী গাড়ী খুৎথৌনি।)

(তরাহুমদোইশুবা শরুক)

(টিলিফোন খিংলকই)

সনাজাওবা : হল্লো, ঐ সনাজাওবনি। করি কুমারজিৎ নখোয়গী থবক্তু মায় পাক্লে হায়বা। গুদ। নখোয়গী খরচ ওইননবা কয়া পীরকখো হায়বা। ঐখোয়দা অমুক্তং চখোরকউদনা। ....... করি পৈশা পীরক্লবসু য়ারে। অদুদি ঐনা নখোয় অহুমবু চাক অমা পীজবা তারেদনা। ... ঐখোয় য়ুমদদি তল্লি হায়ব, নতৈমগী মাংদা শক উৎনিংদে হায়বা। ও, ফরে অদুদি হয়েং নুমিদাংসি ঐ য়েনবা অমা পুরক্লগে। হুইসকি বোটল অমগা।

মেমি : কনানো মাগা ৱারী শান্নরিবসিনা। ঐগী মাংদা শক উৎনিংদ্রিবদি করিগী?

সনাজাওবা : ঙসাইবু করমহায়না তৌখিগে। চিফ ইঞ্জিনিয়ারদু করম্বা ফিবমদা লৈরম্বগে? ....... হা, য়ু ঙাওরম্মে। য়াম্ন থীনা ফুগায়রম্মে হায়বা।

.... উম .... আ......, অদুদে কৈদৌববা, নুপী নুপা লৈবম্বা খুদিংমক লোয়না লেপখৎহনবা না পায়হল্লগা, হা হা হা। নুঙাইবিজাৎনিনে।

মেমি : কবি? চিফ ইঞ্জিনিয়াব যু ঙাওবম্মে, ফুগায়ল্লে। লৈবম্বা নুপী নুপা খুদিংমক না পায়বগা লেপখৎহল্লে। ও হো মাগী খুৎনেক। ঙবাং নুমিদাং ঐনা চিফ ইঞ্জিনিয়বদা টিলিফোদা চাক চানবগী মবমদা ঙাঙনখিবা অদু মানা লুমদুনা তাহৌববজাৎনি। চুম্না চাক চানবগীসু খুৎনেক্কা থাজিল্লদনা। ঙাইখো মাগী ৱাবীসি মুন্না অমুক্ত তাখিগে।

সনাজাওবা : য়াম নুংঙাইবে, অদুদি যেনসি কদায়দা চানসি হায়বা? ...... সবতখোয়দা। ঐদি নখোয যুমদি খঙই, সবতখোয়গীদি খঙদেহে। .... কবি ক্বাকৈথেল লাইশ্রম লৈকাই, হাইজিল্লকপদা থোঙ্গাল অনীশুবা, থোঙ্গালদু মনীং থংবা . লম্বীগী মনিংথংবা সাইদতনি হাযবা। পুং কযাদা য়ৌনবকসি হায়বা ...... পুং ৪.০০ .... অদুদি খিত্তং ঙনমল্লি ৫.০০গী অদুৱাইদা লাক্লগে।

মেমি : মফম মতমদু দাইবিদা ইশনহৌখিগে, কাউদনবা। কবি মমিংদুবো, সবত, য়ুম্নাক্তি খঙদ্রে। লৈফম ক্বাকৈথেল লাইশ্রম লৈকাই। শাডকলোমদগী চংবদা থোঙ্গাল অনীশুবা, লম্বীগী মনিংথংবদা লৈবা ..... মতম নুমিদাংৱাইবম পুং ৫.০০ তাং ১০।১১।১৯৯৭ ইং। খঙনিদনা নিশাবন্দ থাজল্লগা থুগায়হনগে। মীগী পার্টি থুগায়বগী মখোয়গী পার্টিসু থুগায়বা তাবনি।

(তরামন্নিশুবা শুরুক)

সনাজাওবা : খবব লাক্লমাল্লে। ও, য়াবে য়াবে ইবুংঙো। অদুৱাইদা হেক্তা লংথবম্মু। কবি কবি পাউবু যাওবজাৎনো ঙসিসিবো। (খববগী হেদলাইনশিং পায়) মৌনহা অমা হু থক্লুনা শিবল্লে। সেনাপতি জিলাদা য়ুম ৩০ মৈ থাদোক্লল্লে, খুঞ্জা অনী সিবে। পি, দবলিউ, দিগী ওফিসতা খুৎলাই পাযবা নহা অহুম্না চিফ ইঞ্জিনিযব নিপামচা ৱাবক্লল্লে। ও, যাওবেদনা। কবি কবি হাযনবু ইবিবজাৎনো? (মখা পাথৈ) ইম্ফাল নভেম্বব ৯, ঙসি অযুক পুং ১১.৩০ মুক তাবকপা অদুৱাইদা ইম্ফালদা লৈবা পি, দবলিউ দিগী ওফিসতা চিফ ইঞ্জিনিয়ব নিপামচা অমসং মাগী মখাদা থবক তৌবা কর্ম্মাচাবিশিংনা চাক চানবিঙেদা খুৎলাই পায়বা নহা অহুম লাক্লুনা নিপামচাবু কৌথোকখি। চিফ ইঞ্জিনিয়ব নিপামচা যু পঙবমখৈ ঙাওবম্বা থেংনবদগী নহাবোলশিং অদুনা শাথীনা ফুগাযবল্লে। চাক চানবদা য়াওবম্বা নুপা অমদি নুপীশিং অদুসু মনা

পায়রগা হৌগৎ ফমথ তৌহনগ্রে হায়রি। মতুংদা ওফিসতা য়ু নুং পুশি" দুনা পার্টি অমুক হন্না তৌরন্নবদি অকনবা চৈরাক পীগনি হায়না ব্রার্নিং পীরন্নগা নহারোলশিং অদু মখোয়না তোংলকপা গাড়ীদুদা চৎখ্রে হায়রি। করম্বা শংস্থানগী মীওইশিংনো হায়বদুদি মখোয়না হায়রমদে হায়রি।(খবর পাবা লোইরগা) তৌখোদনা নখোয়গী পার্টিদো। পীকনিক চৎপগী ব্রাফমসু হায়নবদো, খঙনিদনা মী থাজিল্লগা খোঙ্গোইনহনগে। ঐবু অয়ুকসিদা চখোক্লগা য়েনবা অমতং লৌশিলহৌরুবনা ফগনি, অয়ুক্তদি খরা হোংনা ফংবনি। বাজারদা শৎ লাওনা অমুক্ত চখোক্লখিগে।

মেমি : করি করি য়াওবজাৎনো ঙসিগী খবরসিবো (খবর লৌখৎতুনা য়েংই) হায়মা (ইথক থক্কৎলি) ঙরাংগী থৌদোক্তু য়াওরম্লেনেহে। অস, ইকাইখ্রেদা নহারোলশিংসিসু হাকমনখ্রেদা। করিসু লৈতবা ব্রাফমদুগীদমক্তবো কাবন তুরন তৌরম্মে হায়বসু নত্তবা, চুম্না চাক চানবদা য়ু য়াওবখক্কীমক্তবো অদু য়ৌনা ইকাইবা পীরম্বা। য়ু পঙবমখে ঙাওই কায়দনা খবরদা ইশল্লকইবসিনা কমদৌরিবজাৎনো। পুম্নমকসি মানা থোকহনবনি, মাগী খুৎনেকনি। মখোয়না থবকসি পাংথোকপদা মায় পাক্লকপগী হরাওদুনা হোরেন নুমিদাং চাক চানগদৌরি, মানা য়েনবা অমগা হুইসকি বোটল অমগা পুগদৌরিবা। অদুদি খঙনিদনা চাক চানবদা য়ু য়াওবগী নামাদা খোঙ্গোইনহনগে। ফাইন তৌহনগে। মানা চখোকখ্রিঙে তাল্লকসিদা ক্বাকৈথেলগী ইনে তোম্বীদা পাউ অমুক্ত খঙহনখিগে, ইনে তোম্বীদু ক্বাকৈথেলগী নিশা বন্দগী সেক্রেটরীনি। মাগী য়ুমগী টেলিফোন নম্বরদু ঐনা ফক্লাংদা ইশন্দুনা থমখিবনি। ও, অসিদা লৈরে ১১২৩০৪ (টেলিফোন পায়খত্তুনা রিং তৌই) হল্লো, ইনে তোম্বীবু লৈবরো .......। ইনে তোম্বীদু অমুক্ত পায়হনবীয়ু .....। ইনে, ঐ মেমিনি, ব্রা অমত্তং। শুমদৌবনি ঐখোয় নুপাদু হোরেন নুমিদাং য়ুগী পার্টি অমা তৌগদৌরি, নহারোল অহূম মরিগা। ..... ক্বাকৈথেল লাইশ্রম লৈকাইদা, শড়কলোমদগী চংলকপদা থোঙ্গাল অনীশুবদা, লম্বীগী মনিংথংবদা লৈবা থোঙ্গাল। ... মখোয়দো ফাইন ওইনা তৌবিরো, মতুং মনাও য়ু থক্তনবা খরা ব্রারকপীরকউ।

(তরামঙাক্তবা শরুক)

সনাজাওবা : অস! ওম্থোক্লা ইকাইখ্রেদা। করিসু লৈতবা থৌদোক অদুগীদমক্তা

অদুক য়াম্না শাথীবা দন্দি। পৈশা ওইনা ফাইন লু:৫০০ পীরবমক্তদা শম অমুক চপথৎলকপা। য়াম শাথীনা ঙাও ফৈদনা লাও খোংদুনা তৌবসু নত্তবা, লম্বীদা তুমিন্না চংচবা ঐবু য়ু মনম নমই হায়দুনা তৌরিবনিনে। নিশাবন্দগী নুপী ত.ফাওবীশিংসে। মশমদু পায়রগা লম্বীদা শোরো শোরো হেক চিংবা, মদুনা পেনগদবনি। হেরা মী মশক খংদবা শারদনা।ঐবু য়ুদা এডিক্ট ওইরবা, নুমিৎ খুদিংগী ঙাও ফৈদনা তুদনা লৈবা মীরো। নোংফাদোক খজিক খরাক থকপগী বানি।

মেমি : ওহোকপা হায়বদুনি। কা অমা হেমনখ্রেদনা মখোয়সু। ঐগী নুপানা কাতু কারন, লাও খোংদনা তৌবদি তৌরমলোইদনা। চুম্না ফাইন তৌগদরা হায়ববু, মাশম ফাওবা চপথৎলকইবসিবু। করি হায়রিবজাৎনো। শক মায়গা অমত্তা য়েংদরেনে মীশিংসে। ইনে তোম্বীদু ঐগা তিন্নরিবনি। ঐগী নুপানি হায়রবদি খরা য়েংবীবদি য়াইদনা। অরেম্বগী পাউ পীজরুরে। পীরমদ্রবসু ফদৌব'।

সনাজাওবা : হজামদা চংলগা লু শীৎ নান্না কোকথোক্লুবনা ফরে। অদুগা টুপী উপশল্লবা।

মেমি : খবরদা অমুক হাপ্লক্তনা তোক্লরনিনে।

সনাজাওবা : খবরদা হাপ্লক্লবদি সৈতা শীজখিবনা ফরে। হ্ চারগরা থৌরী য়াল্লগবা কৈনো .....।

সনাজাওবা : করমহায়নবু খঙলিবনো খঙদেনে। মী অদুক য়াম্না চংপদুদি হা কাম্মু হায়দ্রগা ঐঙোন্দা অতম্না খাম্বা অদুগা য়ু থক্লে হায়দুনা য়োৎকি খুটি কাং কাংকা য়ৈরদনা লৈকাইগী নুপী ময়াম কৌথোকপা। হৌজিকপু করমহায়না তৌদৌরিবনো নুমিদাংসিদা হাজামসু অমত্তা হাংলমলোই। হয়েং অয়ুক ঙস্তা হৌগৎলগা বজারদা হায়গৎলগা লু কোকথোক্লুবা তারেদনা।

**(তরাতরুকঙবা শরুক)**

মেমি : (বাজার মনুংদনি) ঐবু হেক হেক থিনবীরম্না রিক্সো থৌবা নুপাদু আদা লৈরে। মাদি রিক্সো থৌবা তোক্লগা ওটো ওইনা থৌরম্লেদনা। উনদবসু ফনা কুইরে। মনাক্ত চংলগা বারী শান্নরুগে। (মনাক্ত চংলি) হল্লো ওটো ড্রাইভর, উদবা কুইরেদা। নঙগী ওটোসি তোংলগা য়েং তারেদনা, নুঙাইবরা হায়বদো। (ওটোরিক্সোদা কাখৎলি) থৌরো থৌরো কদাইদনো নঙনা পাম্বা মফম অমদা। (ওটো থৌই)

(তরাতরেৎশুবা শরুক)

সনাজাওবা : (স্কুটর থৌরগা লাকই) ঐগী ইস্কুটরসি মখোল অমা ইতৌ তৌইদা। থৌবাল বাজারসিদি মহৌশাদগী ফনা য়াম্না হোৎলগ্নেদনা। মহৌশাদগী য়াম্না পাকথোক চাওথোক্লমলে। ঐগী থৌবালগী মরুপ শক্তিকুমারদুনা মরোল অমা ....। মঙোন্দা লৈখ্রিবা ঐগী পৈশাদু লু: লিশিং কুননি। ওসিসি তম্বায় অমা ইনখৎকে লাকউ হায়দুনা চৎলুবনি, অদুবু উপায় লৈত্রে হায়দুনা লিশিং মঙাখক্তং পীরকইনে। ঐনা সোমদা চিল্লিবসিগা...। তরাদুতং ইনখৎপীরক্লবদি কয়াদা ফগদবনো। গাড়ীসিসু রং কামথোক্কে, য়ুমসু খরা শেমজনগে হায়দুনা তৌবনি। ফরে, উপাইদি লৈতে। পৈশা খরা অসিনা ঐগী গাড়ী অমনবসি শেমজল্লগে, য়ুমদুনা খরা তপ্পা শেন্নবা হায়দুনি।

মেমি : হে, ওটো ড্রাইভর, কদ.ইদনো নঙনা পঙথৌদা থৌরিদুবু। খাল্লো হায়বনি। করিনোনে মসিবু। লম্বীসিসু মী ইচৎ চত্রেনে তৌরিসে। খাস্লে, খামমো। লাওরগেদো, হো ....। মীসু অমত্তা চত্রেনে নুংথিল তাল্লক ওইবসিদা। করিনো তৌরিসিবু, ঐবু অরেম্বদা হৌজরুরে। চীংগোলসিদা থৌজলক্লেনেহে। (ওটোরিক্সো খাম্মী, ইপা পাখৎনা হায়রকই) করিগীনো, করিগীনো মী উরোইদবা মরুমসিদা। হে, চৎশল্লক্নু। ঐ কনানো খঙবরা, ঐসে নুপা লৈরবা নুপীনি, ঐ লমচৎ নাইদবী নত্তেনে। ইমা! সে খুৎ থাদোকউ, খুদাং পায়নু। থাদোকউ থাদোকউ। হো ঐবু অমুক্ত কনবীয়ু, কনা কনা লৈবগে। (মচিন মেনশিনখিবদগী লাউবদো খোঞ্জেল থোকখিদ্রে।)

সনাজাওবা : (স্কুটর থৌরম্বদগী খামখি) কনানো। নুপী অমা লাওখিবগুম তৌইদা কদোমদনো। হায়, অসিগী মরুমসিদনিনে। নুপী অমা মশা মউ ফরবা নুপা অমনা শরাক তমগদবগী হোৎনরিবসে মচিন পুনশিল্লগা ওটোরিক্সো মনুংদা থাঙ্গৎপ্লেনেহে। কল্লুদবা য়াদে। (ওটোরিক্সো লৈরিবা অদোমদা চেনশল্লি) ঙাইখো। (কন্ন চেল্লমবদগী শ্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লি। ওটোরিক্সো মনাক য়ৌশিল্ল কই অদুগা হায়রকই)

সনাজাওবা : হৈ শকখংদবা নুপা থোরকউ। ঐগা লম্বা তৌসি। মশানা য়াদবা নুপী অসিবু করিগীনো নঙনা ইজ্জৎ মাংহনগদবগী হোৎনরিব। (মবানি লাক্ল ফান তৌই, ফুনৈ)

মেমি : হায়, সনাজাওবনিনেহে। হাইস! (নুংশাথিবা খোঞ্জেলদা) নুপা অসিনা

ঐগী নুপাবু ..... সনাজাওববু নমশিন্নগা থমখ্রেনেহে। করিনো, করমতৌনিসিদি। উম অসিদা উতুপ অমদি তারে। উতুপ অসিনা মাগী মকোকসিদা। (কোক লাওনা থোম্মী) তস, খঙলেদনা। থাংনকসু খীনগে তৌরম্লিজাৎনিদনা।

সনাজাওবা : হায়, মেমি। নঙ ওইরে। (য়াম্না ওক্লা অমদি হরাওনা) নঙদি কমদৌনা।

মেমি : (কপ্লি কপ্লি তৌদুনা) চৎলসি। খরা থুনা চৎহৌরসি। নুপা অসি শিরবরা কৈনো তৌরে। চৎলো, প্রপ প্রপ চৎলসি। (মবানি চেন্না চেন্না লাকপগী খোঞ্জেল অদুদগী ষ্কুটরদা তোংখৎলগা থৌবগী খোঞ্জেল) করম তৌনি, ঐখোয় মী হাৎপগী দন্দি ফংবা তারে।

সনাজাওবা : করিগী দন্দিনোনে। মরালনা মপোৎ ফাদুনা মথন্ত শিজরগদবা মীসিবু। শিরমদবসু কনানা খঙবনো, ঙাইহাক লৈরগা জ্ঞান তাদুনা হৌগৎলকপসু য়াই। নত্তে, নঙবু করমতৌনা মফম অসিদা লৈরম্লিবনো? নুপা অসিনা নংবু ফাদুনা পুরক্লিবরা? মসিগী নুপা অসি নঙবু হেক হেক থিনবীরম্বা রিক্সো থৌবদু মানখ্রেদা?

মেমি : (কপ্পা কপ্পা) মানি, নুপা অসিনি ঐবু হেক হেক থিল্লম্বদু। মতুং মনাওদি ঐবু ইথন্ত থাদোকপিগনু। ঐনা লানখিবা কয়া য়াওরবসু ঙাকপীয়ু। (পেন্না কপচৈ।)

সনাজাওবা : তোক্লো কপ্পগনু। পুম্নমকসি ঐখোয়না লমফৈ চৎনবদগী থোক্লিবা ঙাক্তনি। নঙসু ঐসু অসুম্না কৌনা ঙাঙনদনা লৈনবসি মতুংদদি তোক্ল রসি। মদুগী শরুক চীন পেন্না চৈনদুনা ঙাঙনসি, পেন্না খৎনথোকসি। কয়া কুইনা খৎনগনি হায়বগে ঐখোয় অনীদি অমত্তনে। ঐসু রাধামানবীগী মনাক্তা অমুক হন্না চৎলরোই, নঙনা ঙসি তারিবা দশা অসিগুম্বা অমা ঐসু তারকপা য়াই। মহাকপু নুংশিরুবা নত্তে, মতম লেনফম থিরুবদগী নকশিন্নখিবতনি। য়ুমদা জ্ঞান তানা পোখারুরসি।

*******

## লীলাদা য়াওবা মীশিং

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১. | শখি | - | লৈশাবী |
| ২. | সনাতোম্বী | - | মৌ অহল |
| ৩. | মেমচা | - | মৌ য়াইমা |
| ৪. | তোম্বী | - | মৌ অতোম্বী |

# নুপী

(অহানবা)

সনাতোম্বী - শখি, শখি ?

শখি - ইনমহন ঐ লাকএ। করি তাকপিগদবা।

সনাতোম্বী - করিসু নত্তেদা। মতম ঙাইহাক শংলিঙেসিদা হিক কাইবীগে তৌবনি।

শখি - ফরেদা, ঐসু কাইহন্নিংদুনা লৈরল্লিবনি। কোকসি হাক্কচবনা লোইরবা। ইনমহন্না শংলল্লোইদরা হায়দুনা তৌবনি।

সনাতোম্বী - লাকও, লাকও কাইবীরগে ... ঙাইখো শখি, নখোয়গী ননম্মা তোম্বী অসিবু .....। মাদি য়ুমদকা হ্রাক লাক্তে। নখোয়গী তাতোম্দি ঙাইহাক লৈতনা লাকই। ঐ লুহোংলকপা কুইদ্রিঙৈ থা অমা অনিসিদি মাসু য়ুমসিদা লৈবা ফবনি।

শখি - খঙদেদা ইনমহল। মাদি য়ুমসিদা সুকলৈ লৈনিংদে। ইমাগসু ঙাইহাক লৈতনা খংনৈ। ইনমহন্না য়ুমসিদা লাক্লিঙৈদা নোংমতা কাংদে খংনরিবা। খংনমল্লে হায়দুনা খংনদনবা উপায় থিবদা তোঙান্না চাহল্লগা ফগনি হায়দুনা বাজিনা তোঙান্না চাহনখিবনি।

সনাতোম্বী - মখোয়না লৈরিবসিবু ক্বাটরস নত্তবরা?

শখি - কদায়দগী ক্বাটরসনোদা। ভারাগী য়ুমদনি। ভারাদা লৈনিংমনগ্রদুনা হেক লৈরিবনি।

সনাতোম্বী - ঐনা মাবু কৌশিল্লগা লৈমিন্নরসিরা খল্লুরিবসিদি ....। লৈমিন্নরগা ঐঙোন্দা অমুক খংনবা হৌজল্লক্কদৌরিবজাংলা?

শখি - হৌজিল্লক্কনি, হৌজিল্লক্কনি। কৌশিল্লুনু ইনমহল।

সনাতোম্বী - করি করি তৌশিল্লক্কদৌরিবা?

শখি - খংনবা হৌবদা নত্তে মানা তৌশিল্লক্কদৌরিবসে।

সনাতোম্বী - করি করি তৌশিল্লক্কদৌরিবা?

শখি - পোৎসেম তৌশিল্লক্কদৌরিবনি। পোৎশেম হৈবিনি মদুগী নুপীদু।

ঐখোয় তাতোনসিসু মহাক্না পোৎশেম তৌশিন্দুনা ফাগ্রিবনি, লৈশারিঙৈদা। ঐখোয় তাতোনসে মানা নমদুনা ফারগা লৈশিন্নক্লিবনি।

সনাতোম্বী - অস অদুদি কিজ্জরেদা।

(অনিশুবা)

তোম্বী - ঐনা মতম খরা য়ুম থাদোক্লুবগী কা অসি মিরাংগী মিরাং ঙাক্ত তৌরিবসে। (সিল্লিং অমদি ফক্লাংদগী মিরাং কন্থবগী মখোল তাই, নাকল অমরোমদা শখি অমদি সনাতোম্বী ব্রারী শান্নরি।

শখি - ইনমহল চেকশিল্লুকো। মানা পিজবা পোৎ অমত্তা চাজরুনু। শেমজিল্লক্তুনা ইনমহল ঙাওদুনা চৎচখিনি।

সনাতোম্বী - চারোইদা। মানা পিজরকপা পোৎ অমত্তা মীৎচিনফাওবা য়েংবিরোই।

(অহুমশুবা)

তোম্বী - ইচে। হো ইচে।

সনাতোম্বী - করি হায়গে ইনাও।

তোম্বী - ইচে শিংজু চাসি। হৌজিক্ত লৈরকপা অব্রাংলোমগী ইনে মেমচৌবীগী শিংজু য়াম্না হাওই হায়নবদুদা ঐসু মহাও অমুক্তং য়েংগে হায়দুনা লৈরুরিবনি। ঐ হেক্তা তোৎলগে, লাকও ইচে চাম্মিন্নরসি।

সনাতোম্বী - য়ারেদা নঙ অদুম চারো। ঐ ঙসি ঙরাংসি পুকসি য়াম্না নুংঙাইতে। গু গা গু খোংদুনা অদুম লৈরবনি। খোঙ হামগদৌরিবরা কৈনো খঙদে।

তোম্বী - ফরে ফরে, ইচেনা চানিংদ্রবদি। (শখি অমুক কৌই।) শখি, হো শখি।

শখি - করি হায়গে ইনম্মা?

তোম্বী - শিংজু চাসি লাক-ও।

শখি - হোয় হোয় লাক্কে। ইনম্মা হান্না চাবা হৌরম্মো।

(মরিশুবা )

তোম্বী - শখি সে বাজারদগী লৈরকপনি। গুলানি। ইচেদি লৈতরা? সে ইচেগী অহুমসি খবা পিবিরুচো।

শখি - হুম ঐ তল্লি। ইনমহলদি ইনম্মনা পিবা পোৎ অমত্তা চাদবনি।

তোম্বী - (ব্রাখল নুংঙাইতনা) করিগীনি হায়গে অদুদি। ঐনা পিবা পোৎ অমত্ত চাদবা।

শখি - চাদবতা নত্তে। মীৎচিনফাওবা য়েংদবনি।

তোম্বী - (গুক্লা অমদি থবায় নুংঙাইতনা) মীৎচিনফাওবা য়েংদবা। করিগীনো অদুদি। নহান নোংমসু ঐনা শিংজু চাসি হায়না কৌবদা লাকউ হায়বা য়াদে। ঐসিবু মানা হিংচাবী ওইনা খল্লবজাৎলা? (শ্বর শাংনা হোম্বরগা) খংজদ্রেদা তৌরিসে।

(মন্ত্রাশুবা)

শখি - ইনমহল। করি তৌরে, হকচাং ঙমদ্রবরা?

সনাতোম্বী - উম হকচাংসি য়াম্না নুংঙাইতে। কোকসি ইঙাও ঙাওই। মীৎসিদা মশেন মরাং করি করিনো পাঙউতা উই।

শখি - উম সোইদ্রেদনা। হিংচাবীগী নুংশিৎ শোইদনা ওইরমগনি। কনানো মাইবা অমত্তং কৌহল্লুবনদি ফগনিসে। ঐখোয়গী তাদসু লৈতে। তাতোন ওইনা কৌহল্লুরগে। মাইবদি ঐখোয় নুপীনা কৌবা চৎপা য়াদে হায়নৈ। (মনম্মা তোম্বী কৌই)। ইনম্মা হো ইনম্মা।

তোম্বী - তারে, তারে। (শখিগী মনাক্ত লাক্লগা) কৈদৌরে শখি। করিগীনো ঐবু কৌরিববো?

শখি - ইনমহলসে করিনো লাইওং খংদবা লায়না অমনা নারে। ঐখোয় লৈকায়গী মাইবদো তাতোন থাদুনা অমুক্ত কৌহল্লুসি।

তোম্বী - দাক্তরদা পুবনা ফরোইদ্রনে। ঐদি মাইবসে থাজদে। মন্ত্র যন্ত্র খরা শোল্লগা হেক্তা চৎখিবা, হিদাক অমা থাদনা খোত্তনা তৌবসু নত্তবা।

শখি - চুম্মে অদুবুদি। মেদিকেল সাইন্স য়াম্না চাওখৎলবনি মতমসে। মাইবগী মন্ত্র যন্ত্রনা হকচাং মনুংদা লৈরিবা মহিকশিং হাৎপা ঙম্বা নত্তে। ইনমহনগী লাইওংসিদি মহিক্রা নাহনবা নত্তে। লাই ফত্তবগী নুংশিৎ অমা য়াওরিয়ে। অদুনা নুংশিৎ অসি তাম্থোকখিনবা মাইবা অমা দরকার ওই।

তোম্বী - কৌববুদি কৌহনসি। নখোয়না কৌহনবা পাল্লবদি। ঐগী মোত্তদি দাক্তরদা পুবনা ফগনি হায়বগী ৱানি। ঙাওবা ফৈবগী লায়না ওইরবসু দাক্তরনা ইরায় লায়না লায়েংবা ঙল্লবনি।

(তরুকশুবা)

তোম্বী - শখি।

শখি - ইনম্মা।

তোম্বী - ইচেদুবু খরা ফরবরা? মাইবা কৌরুবদুবু করি করি হায়রম্বগে?

শখি - ফগৎলকপদি লাইরদনা হেঞ্জিল্লকইনে। দাক্টরদা পুবনা ফরদ্রা ইনম্মা।

তোম্বী - পুননবা তৌবনা ফগনি। ইতৈদি হল্লক্ত্রিবরা হৌজিকপু?

শখি - হল্লক্ত্রিনে। তাতোন থারগা খরা কৌহল্লুসি। খঙদ্রেদা ইমুংসিদা লৈববু কিশিল্লকএ। মী খুদিংমক লোইনা ঙাওরক্কদৌরে। ঐসু কুইররোইয়ে ঙাওদুনা চৎলক্কদবা। পোৎশেম জাদু তৌশিনবা হৈবা মী অমা লৈরে ঐখোয় শ্বায়সে।

তোম্বী - করিনো তোম্বী নংনা হায়রিবদুবু। হৌজিক্কী মতমদবু পোৎশেম জাদু কায়দু থাজরিবরনে নংবু। ঐখোয় শ্বায়দা পোৎশেম জাদু হৈবা মী লৈরে কায়না হায়রিবদুবো - নঙগীসি ঐঙোন্দা চিংনবা মানশিল্লকএবু।

শখি - চিংনদেদা ইনম্মদবু কনানা চীংনগদৌরিবা। ঐখোয় শ্বায়দা হায়বদি ঐখোয় লৈকায়দা হায়বগী ৱানি। ইনম্মা নবুক্তু ফৎমন্দ্রে, য়াররোই।

তোম্বী - ঐখোয়বুদি পুক ফত্তদনা অদুম লাক্কবনিদনা, অদুনবু তোঙান্না লৈজরিবনি। বাজিনা ফৌ শরুক তম্বীগনি তোঙান্না চারবসু হায়খ্রগা তোঙান্না চাব্রবা মতুংদনা তুমিন্না ৱা অমত্ত ঙাঙদনা লৈব্রেদনা।

(অরেৎশুবা)

শখি - (হোস্পিতালদনি) ইনমহল নর্স লাকই। হিদাক কাপহনসি।

সনাতোম্বী - (নাহেদুনা) হিদাক্কা অমত্তা কাপ্পীগনু। হিদাক কাপ্পবদি ঐগী অনাবসি অমুক হেঞ্জিল্লক্ক নি। হিংচাবী চংলগবু হিদাক কাপ্পগা ফগদ্রা? অস খ্বাংসে চিংথেকখ্রে। অয়ো ইমা (হিক হিক কপ্পী)।

শখি - করিসু তৌরোইসে ইনমহল। দাক্তরসু লাকএ। লাংগনু ৱা ঙাঙগনু, মীনা নোক্লগনি। মসি হোস্পিটালনি। য়েংঙু তু থংনবদা অনাবা ময়াম লৈরিসি অমত্তা লাংদেবা।

সনাতোম্বী - অদুবু নারবদি ঙাঙদবা য়ারিবরো। (কপঙাঙ ঙাঙই) ঐগী কোকসে অমুক্ত ফাও। অমুক্ত ফাও হায়বনি শখি নংবু। ঐগী কোকসি চেনখিগদৌরে।

শখি - চেল্লোই চেল্লোই। সে কোত্তু ঐ ফারগেসে। হৌজিক হিদাক কাপ্তোবে নর্সনা। লেংগনুকো।

সনাতোম্বী - ঙস্মোই ঙস্মোই কাপ্পীগনু। অস অয়ো। ঐ শিরে! ঐ শিরে! (কপ্পী)

শখি - কপকনুসে ইনমহল। করিগীনো অদুক কন্না কপ্পীদুবু। হিদাক কাপ্পদবু কন্না কপ্পা হৌনবরো? ইকাইজদ্রা?

সনাতোম্বী - ইকাইজদে কপকনি। (অঙাংমচাদৌনা কপ্পী)

(নিপালশুবা)

সনাতোম্বী - হাইস, ঐগী উপু শোদুবু। করম হায়না মাংলিবনোনে? ঙসাই ঐনা য়াল্লম্বদুবু মসিগী থোংনাউসিগী মপাদনি। করমহায়না লৈরমদ্রিবনো? অঙকপনি। মী অতোপ্পা অমগী খুৎ য়াওরেদনা।

শখি - ইনমহল করিনো থিরিবদ্যবো?

সনাতোম্বী - শোনি ঐগী উপু শোদু। সনা লুপা, পৈশা হাপ্পা উপুগী শোদু মাংখ্রে। করমহায়না মাংলিবনো খঙদেমি।

শখি - খঙদেদা ইনমহল। ইমুংসি জাৎ জাৎ য়াম্না থোক্লকখিগদৌবি। পোৎমাং চৈমাং য়াম্না থোক্লকখিগদৌরি। ইমুংসিদা মপুক শেংদবা মী অমা য়াওরে। খবা চেকশিনবীয়ু ইনমহল।

সনাতোম্বী - নখোয়গী ইনম্মদা অমুক্ত হংলকউ। ঐগী শোদু উবরা হায়না। ঐনা ওফিস কাপ্রিঙৈদা মানা ঐগী কাদা চংলক্লগা উপু শো হাংলন্নবা মাল্লিনে তৌরিবা মওংসি।

শখি - ঐ হংলুখিগে ইনমহল। লৌশিল্লমগনিয়ে। মসিগী নুপীসে যাম্না তৌবা ঙম্বনি। মী লৈতবা তাল্লক য়েংলগা উপু শো হাংলমনি, অদুগা সনা লুপাশিং লোইনা লৌথোক্লমগনি।

সনাতোম্বী - ঐগী সনা লুপা মশিং ৱাৎলম্বা থোক্লবা। খংগনিদনা ঙসি পুলিসতা তাক্লগা ফাহনগে হায়বা।

(মাপলশুবা)

শখি - ইনম্মা, ইনম্মা!

তোম্বী - কৈদৌরে শখি? অদুক ফিংনা কৌরিবদুবো?

শখি - ইনম্মা করিসু নত্তেদা। ইনমহলগী উপুগী শো উবম্বা হংগে তৌবনি। উপুগী শো মাংখ্রে হায়য়ে।

তোম্বী - অদুদি ঐদি উদেনা।

শখি - মসিদা ইনম্মগী দ্রেসিং তেবল মনাক্ত শো অমা তাবিবসিবু, ইনমহলগী উপুগী শোদু মানগ্রেদা।

তোম্বী - কদায়নোনে। এ মসিদি ঐগী উপুগী শো নণ্ডে। অঙাংনা চেনশিল্লক্লিবজাৎলনে।

শখি - ইনমহলদা হংলুখিগে।

(তরাণ্ডবা)

সনাতোম্বী - অদুবু মাগী কাদা কবমহায়না লৈবল্লিবনো হায়বনি। ঐ য়াম্না চিংনবক্লেবু। উপু হাংলগা অমুক্ত য়েংলুখিসি। পোৎ চৈ মাংববা হায়দুনা (উপু হাংবগী মখোল) হাইস সনা অমা থাৎলম্লেদনা। কবমহায়না তৌবিবনো? ঐনা কাউদুনা মফম লান্না থমজিনববা। (ফিবোল অমদি পোৎ চৈ হাইদোক্লুনা থিবগী মখোল)।

শখি - ইনমহল ঐদি মসিগী নুপীসি যাম্না চিংনবক্লেবু।

সনাতোম্বী - অসিদসু লৈতে। অসিদসু লৈতবা। (ইপা পাখৎনা) তশেংনা মাংলেদনা। নণ্ডবু অমুক্ত হংলক্কেবা মসিগী নুপীসিদা?

শখি - মদুমদি ঐ হংবা তল্লেবু ইনমহল। পোৎ মচা মশু নত্তবনিনা, মমল য়াম্বা পোৎনিনা....।

সনাতোম্বী - ঐদি কবমহায়না হংগনি মঙোন্দা। মাগা ঐগা কৌনদেনে। মশকসি উবদা কৌনিংবা শুংপোক পোক্তবা (ইশৌ লাংবা মাঙ্গোলদা) হায় নাউবী, বোয, ননাও নখোয়বুনিনে কৌবিবসে। ননাদু তাদ্রা হাযবনি। ঐগী নাদা যান্নবা লৈহাও মনাগী সনাদু উববা হায়মি। উববোইয়ে, উববোইয়ে। উববসু উববোই। খঙলবসু খঙলবোই। লৌগে হায়দুনা লৌখ্রবনিনা। অঙাংনা পায়দুনা শান্নবল্লবসু মপুদা কোক পিথোবকপা হৌনবনে। তঞ্জা চাবে অঙাংনা পাযদুনা শান্নবিঙেসিদা লৌশিনহৌবগে হায়দুনা লৌশিন্দুনা থমখ্রবনিদনা। খঙনিদনা অদুবুদি। লাইখুৎলেম্বীদা যেক্তুম কৎলগা যেংগে হায়বা। মীগী মপোৎ হুবাল্লগা খঙশিন্নদবগী লাইনা মখুৎ মশাসি চীংথেকচবনি। অদুম তৌববদি যেংবদুম ফন্না নুংঙাইনি। মীগী সনা হুবানবগী লাইনা মখুৎ চিংথেক্লিনি হাযদুনা লৈকাযনা থাবীনবনি হাযবা। অদু ওইববদি মঙোন্দগী পাবা অমা খঙহৌদুনা লৈকাইগী মী অমত্তনা অসিগুম্বা থবকসি তৌববোইদনা।

তোম্বী কবিনোনে মসিগী নুপীসিনা ঙসাইদগী ইশৌ অসুক যাম্না লাংলিবসিবু। সনা মাংথ্রগা ইংনা তপ্পা থিগেদি হাযদ্রদনা ....। মবুক্তি ফত্তবনিনা ফত্তবা ঙাক্তা খল্লিনিনেসে। মানা থমফম কাওবগা মীঙোন্দকসু চিংনবিনে। হুম অঙাংশিংনকা ঐগী কাদকা চেনশিল্লমদনা ইচোপ চোপ্লবনিসে। শোসু ঐগী কাদা তাবমদুনা শখিনা খুল্লগা পুখ্রে। খংদেদা মসিগী নিংঙোলসিনা শান্নবিবা লিলাবা? ওইবমগনিযে। ইমুংসিদা মৌ ঐখোয় অনিমক নুংশিনখ্রনি। মাবুদি মীবাইবীবনি খন্দুনা ঐখোয অনি নুংশিনদনবা, খৎননবা কন্না শিল্লিববা কৈনোমা ইতৌ তৌই। সনাদু ঐগী কাদকা লংশিল্লমদনা তোক্লবনি। অমুক্ত শিত্তোক্লগা যেংখিগে। (ব্রাই শিৎপগী মখোল)।

শখি অঙাংশিংনা শান্নবিবনি হাযদুনা ঐগী কাদকা চেনশিল্লমদনা ইচোপ চোপ্লদনা তোক্লবনি। ফমুং ফানুংকসি কপ্তোক্লগা অমুক্ত যেংখিগে। (ফমুং কপ্তোকপগী মখোল) লৈতেদা, লৈতবে ফবে। ইনম্মগী কাদা চংলুখিগে। (মনম্মগী কাদা লাকই)। ইনম্মা, নঙবু তাববা, সনা মাঙই হাযদুনা ইশৌ লাংনবিসে।

তোম্বী - (শাওবংননা) কদাইদগীবু মাংজকুগবনোদা। মপোৎ অসুক যাম্না লিকপা, অসুক যাম্না চেকশিনবা নুপী অসিনবু মপোৎ মাংগদ্রনে। হাযশিন্নবিবনি, মীঙোন্দা মবাল শীবা যাননবা তৌবিবনি।

সনাতোম্বী - (অসোম কাদগী ঙাঙলকই)। হুং শক্তাসিনা ঙাঙজ শাবিবসে। খুদোংচাবা তাঞ্জা যেংলগা ঐগী সনাসিদদি হুবগে হাযদুনা লুপ্লিবনিদনা। অতোপ্পা লৈকাযগী মীনা লাক্লগাদি হুবোইদনা, খঙনিদনা পুলিস তাক্লগা ফাহনগে। লৈকাই' মাংদা খোংগোইনগে।

**(তরামাথোইশুবা)**

শখি (হবাওনা অমদি ঙক্লা) হাযমা বোয বোয কদাইদা লৈবম্মী অসিদি? কদাইদা তাবম্মী? মানা পাযদুনা লৈবম্মেনে। (মনমহল কৌই) ইনমহল, হো ইনমহল। লৈবম্মে। সন লৈবম্মে। বোযবোযনা পাযদুনা শান্নবম্মে। তু সিদা লৈবে।

সনাতোম্বী - (হবাওনা চেল্লক্তুনা) কদায কদায়। ও, লৈবম্মেদনা। কদাযদা লৈবম্মী সিদি।

শখি - বোযবোযনা পাযদুনা শান্নবল্লিবা।

সনাতোম্বী - তৌরমগনিয়ে। ঙসাইমখৈ লোৎশিল্লম্বদগী হৌজিক্তা কিরদুনা পুথোরক্লগা মচা অসিদা শান্নহল্লম্লিবা ওইরিনিয়ে।

শখি - লাই খুৎলেম্বীদা কৎখিদৌরে, থানাদা তাকখিদৌরে হায়দুনা কিরবা জাৎনিদনা।

তোম্বী - (মথন্ত) হুম মখোয় অনিসিদি - চপ হেক মান্নেহে। মবুকশিংসি কয়াদা ফৎখিদ্রবনো হায়বা। শখিসিসু মনমহলগী মপামনা উল্লকপা মীনাইদু মঙাইনে-মীচং চংলিবনিকাইদনা। নোক্তুম নোকচনিংই তৌজশারিসে। ঐবু হুরানবা তাহনগদবগী মখোয় অনি চংদনা শিল্লিবা থৌরাং ওইরিনিয়ে। (মচানুপা অপিকপদু কৌশিল্লি) বোয় বোয়, বোয় বোয় লাওহে, হুরানবনি হায়জরক্কনি নঙ। লাকও ঐখোয় কাদা থোং লোনশিল্লগা শান্নরুলাও, মপান থোক্কনু। মপান্দা হিংচাবী যাম্না লৈবনি, চিকলক্কনি কীজে, লাও।

সনাতোম্বী - (অসোম কাদগী লাওরকই) নাওবী, হো নাওবী। লাকও, মমাগী নাক্তা শান্নরুলাও। অদুৱাইদা লৈরুনু, অদুৱাইদা লৈরগা হুরানবা তম্লক্কনি। (খোঞ্জেল য়াক্লা) লাকওমি নংবো, হুরানবগী মকোন্দুদা কৈদৌরিবনো হায়মি। মীনা লাকউ হায়রদি কোক হেক লাকউদনা। (অঙাংদা শেৎ শেৎ ফুবগী মখোল তায়)।

তোম্বী - (থোং গম লোনশিল্লি) বোয়বোয়, নঙ কা অসিগী মনুংদা অসুম লৈগদবনিকো। মপান্দা থোক্লবদি হিংচাবীনা চিক্লক্কনি। তাও, মপান্দ হিংচাবী ড্রুং ড্রুং ঙংলিবসি। তারেদনা। অসি হিংচাবীনা অঙাং চাগদবগী খোংলিবনি।

সনাতোম্বী - (অসোম কাদগী) য়ুম অসিদা হোংখ্রসি হায়বসি মখোয় তাদনা শুকয়া হেক য়াদবা। হুরানবগী মকোনসিদা লৈরিমখৈদি পুক্লিংসে শান্তি ওইনা লৈবা শুকয়া হেক য়ারোইদৌরি।

**(তরানিথোইশুবা)**

তোম্বী - পোলাংখোকসি ফি ফৌফম অমত্তা লৈত্রেনে। মখোয়গী মচল মনিংগী ফিনা পুমথন হেক থনখ্রেদনা। অসিৱাইদা অকংবা খরদি য়াওরে। অকংবসি থৈজিল্লগা ঐগী অচোৎপসি ফৌরগে।

(লাপ্লপ্না সনাতোম্বী অমদি শখি ৱারি শান্নে)

সনাতোম্বী - শখি য়েংঙু তু নওগী ফিশিংসিলোইনা তাশিনখরে। কংই খংদে কংদে খংদে।

শখি - ইনমহল নঙ খরা হায়বিয়ু। ঐনা হায়রুরবদি শৌ শৌ লাওরক্লনি। ইনমহলগী চিন্থক্তা খুন্নক্লবদি ঐসু য়াওশিল্লক্কে। মশমসি পং তংপমখে ফোইদংলগা লোইরে, ইবান্নি চংদনা।

সনাতোম্বী - (সনাতোম্বীনা তোম্বীগী মনাক্তা চংশিলক্লুনা) ইবেম্মা নঙনা তাশিল্লিবদু অমুক্ত শন্দোকউ, ফিশিংদু কংফাত্রিবনি।

তোম্বী - কংলবনি, ঐনা পায়দুনা য়েংলম্লবনি ইচে ইবেম্মা।

সনাতোম্বী - হায়কংদ্রিবনিনে। চীন্থক্তগসু খুম্না শারিনে মসিগী নুপীসে।

তোম্বী - কদায়দগী চীন্থক্তা খুন্নিবনো। কংলববু কংলে হায়বনি। পায়রগা য়েংঙুনে নঙসু। পোলাংখোকসিবু ঐগী শরুক য়াওদ্রবরা, নখোয়গী লোয়না ওইরবরো।

সনাতোম্বী - কংদ্রিনে তো মানা হেক্ত হায়জিল্লিবনি। মসি মশমসি ফোইদংলগা লোইরে। (মশম ফোয়নৈ, মচলশু য়াওশিল্লকই)।

তোম্বী - অয়ো ইমা শিরে, শিরে। হো মখোয়গী তাতোন অমুক্ত থোকপিরকও। য়েংঙুলাও তৌরিবসে। ঐগী থবায় অমুক্ত কনবীরুলাও। হীংচাবী অনিসিনা চাদুনা ঐ শিগদৌরে।

**(তরাহুমদোইশুবা)**

তোম্বী - মখোয় তাতোন। অসিবাইসিদা পোলাংখোক অমত্তা য়ুংবিয়ু। (উখুল তৌবগী মখোল, উখুল শুজিল্লি, বা পানখংলি) লোইরে, য়েংগে হায়বা হৌজিক ঐগী পোলাংখোকসিদা ফি অমত্তং ফৌসনু হায়বা। চীংথরগা খোংবান্দা লংথখিগে অকংবা ফি তাশিল্লগা ঐগী অচোংপা ফি ফৌরুবগীদমক মখোয় অনি চংদুনা ঐঙোন্দা হেক্ত লান্দাশিল্লকইবনিনে। মখোয় তাতোনসু নুপা থোকমন্দে। বা খরা ঙাঙবা য়াদরো। নচলনি হায়দুনা তৌরিবসে, ঐবু মীতোপ ওইনা লৌরিনে মানা, মনমহলগী অউননাইসে।

শখি - নাউবী লাকও সে পমগে। নেনেনা খোখোক তৌবীগে নঙ্গন্দা। অচাপোংশু পিজগনি নেনেনা। নাউবীদি নেনেগী সনাথোইবনে। বোয়বোয়দি ঐখোয়গী মী নত্তে, নাউবীদি ঐখোয়গীনি।

তোম্বী - (মথন্ত ঙাঙবা) ঐঙোন্দ কল্লক্লবা হায়দুনা তৌরিবনিনে। তৌসনু

য়েংগে। কয়াম কুইনা তিন্নবা য়াবনো য়েংগে অরিকপিসিগা। ঐগী ইচা লৌবিবিঙৈদদি থা অমদা লুপা ২০০/২০০, অদুগীসু মথক্ত মফি মরোলসু থা খুদিংগী লৈবিবিবা। অরিকপিসিনা মাগী করি তৌবীগে য়েংগে।

শখি - নাউবী লাকও, নেনেনা দুকান্দগী অচাপোৎ লৈবীগে, অদুগা কনা অমত্তা পিজরোইসিকো।

তোম্বী - (মথন্ত ঙাঙবা) হৌজিক্তা মীচং মীখাই নাইবা মীৎয়েং। হয়েংব্রাই থবক থোক্লকপা মতম, মাগী লুহোংবগী মতমদুদা খঙগনিদনা। মচিন মনাউ অহুম লৈরিবসি চপ মান্ননা পৈশা পুথোকউ হায়রক্কনি। মতমদুদা অঙম্বা খরা হাপ্পগা লোইবে। ঐখোয়বু মীতোপ মীবান্দৌনা থম্বীবা, লৌ উরে য়াওহন্দবা। ফৌ লোক্লকপা মতমদসু ফৌপোৎ অমখক থুংবীবা। ইতৈ য়াইমদি নুপী থিদ্রিবনি হায়দুনা য়ুমগী অব্রাৎ অপা মখৈ মঙোন্দা মেনহন্দুনা লৈরে। মখোয়না ফমজা চাদুনা লৈবে।

শখি - লাকও নাউবী, মাঙ্গোনসিদা শান্নববো। য়েংঙোই অচাপোৎসি কনা অমত্তা পিজরুনুকো।

তোম্বী - (মথন্ত ঙাঙবা) কল্লকপিববনি। নঙনা অদুমহায়না তৌবগা। মানা ঐগী ইতেং পাংবীদ্রবনিনা ঐনা থবক কাবা মতমদা অঙাংসি ইপামদা থম্বা তারেদনা। ঐগী থবকসিনা মবোল অমা নুপী পুলিস ওইবগী হৌনবা ওম্বোক্তা ব্রাগ্রেহে। অয়ুক অমুক তা, নুংথিল অমুক তা, নুমিদাং অমুক তা। মী খ্বায়গী থবক্তা মান্নদবা। পুলিসকী থবকসি নুপীনা ওইহৈদবা জাৎনিদা।

(তরামরিশুবা)

(বাজার মনুংগী লাংবা নিনবগী মখোল)

তোম্বী - (পুলিসকী হুইসেল খোংই) ঙাইখো। রোং সাইদতা থৌনিবদো খাম্মু। (গাড়ি থৌবম্বদু খামখি) সিদা লাও, নখোয় অনি। (মথন্ত ঙাঙই) ইচেগা শখিগনিনেহে। খংগনিদনা লাক্লগে ঙসিদি, ঐবু মীতোপ ওইনা খন্দোক্তুনা থম্বগী।

তোম্বী - কবিগীনো সাইদ লান্না থৌজিল্লক্লিবদি? করি লমদগীনো, খুঙ্গংদগী লাকপরা? ফাইন লুপা চাম্মা তিংবা তারেদো।

সনাতোম্বী - ঐখোয় তোম্বীনিনে। তোম্বী ঐখোয়নে।

তোম্বী - ৱাবৌবীবা য়াদে। মতাং অসিদা ঐগী মীগী হায়না খন্দোকপা যাদবে। ফাইন লুপা চান্মা থীবমগে হাযববা নত্রগা ওফিসফাওবদং য়ৌকসি হায়ববা?

শখি - ইনমহল পীথোক্লম্লসি। ঐঙোন্দ লুপা চান্মা য়াওবি।

সনাতোম্বী - পীথোক্লম্লো, চৎলসি।

শখি - সে, সে থানা ইবেম্মা। শকপু ওম্থোক্লা তাখৎখ্রেমি।

তোম্বী - তাখৎলিবনি। মতাং চাবিঙৈদা তাখৎকে হাযদুনা।

(তরামঙাশুবা)

তোম্বী - (লাইহৌ হৌবগী মশা থক থক নিকই) হে.. ঐ...। কোকসি চিকপনা লোইবে। অসুক কন্না নাববসি ফাওবদা ইনাক্তা কনা অমত্তা চংলক্তেনে সে। মখোযগী পুকচেলসিদি হিংচা যাইতম্বীগী পুকচেল হাযবদুনি। মখোযনা নাবা মতমদদি ঐনা হেক হেক চংদুনা যেংবীবির্বনি, ফ' শাওনবা লৈববসু, মদুগা এনা নাবদনা কনা অমত্তা চংলক্তবা।

শখি (অতোপ্প কাদগী ঙাঙলকই) তাজনিংখিদ্রেদা নাহেখোলসে। নাশিন্নবশিংসিনা তৌবিবসে। তশেংনা নাববুদি শেবা তৌবিগে হাযবু নাশিন্নবনিনা মশকসি উবদা ওবেহে শৈত্য।

তোম্বী (মথন্ত ঙাঙই) ঐনা নাবা খুদিংগীনি মখোযনা নাশন্নবী, নাশন্নবী হাযদনা হেক হেক লক্লবিবনি। খঙনিদনা মতুংদদি মখোযনা পোপ তুদুনা নাববা মতমদুদা ঐসু হাযগে "নাশন্নবী" হাযদুনা। মশা মশাগী মবমচৎকী মতুংইন্না থবক তৌবা তাবনি। পুংলোনগী মতুংইন্না জগোই শাবা তাই।

সনাতোম্বী - (অসোম কাদগী ঙাঙলকই) নাশন্নবীনা নাবিঙৈসিদা ঐখোয ঙা থোংবা চাথোকসিনা শখি। ঐ ঙা লৈকখিগে। নঙনা অসিৱাই অনকপা দুকান্দগী তিলহৌ চনম, মক মবাং খবা লৈশিল্লম্মু।

তোম্বী - হা.. আ নিংথম্বনা লোইবে। মখোয তাতোন হল্লক্লগা হিদাক লৈহল্লুবা তাবেদনা। (থোং গে লাওনা হাংদোবকপগী মখোল তাই)

তোম্বী - হন্দি হল্লক্লমাল্লে। মহোয তাতোন হকচাংসি ঙমদবনা লোইবে। লোক লাইহৌ তৌদ্না হব চাংসি নিংথম চল্লি, কোকসু চিকপনা লোইবে।

। সদগী হুদ [illegible] চাব

শখি - (পবপ পবপ ৱা ঙাঙদুনা চঙশিল্লকই) ঙসাইনা ঐখোয়বুদি লৈকচো হাযদেদো। ইনম্মনা ঐখোয়দা হায়নিংদবসি য়াম্না হায়নিংদ্রবজাৎ ওইবে। কদায় পৈশা পিবক্লো ঐ লৈকবগে।

তোম্বী - অদুম হাযনা ঙসাইনা হাযবিবক্লগ'দৈ ফগদবা। অদুদি নত্তেদো।

শখি - খঙলে খঙলে মখা তাবিবক্লনু।

(তরাতরুকশুবা)

সনাতোম্বী - শখি। ঐখোয অনি চান্না চিন্নবা লৈমিন্নবসে উবদা অমসি খোযদৌ প্রোক প্রোক চাক্লুনা শিহল্লসিবা মসিবু।

শখি - উম, অদুদি কবমহায়না তৌসি হায়বা?

সনাতোম্বী - মানা কল্লকনবগী থবক ঙাক্তো মমাংদা উৎপা তাই। তু লাকপু লাকএসে। (মমাংদা হায়্গে মতাগুম) শখি ঙসিদি নোংমাইজিংনি, সিনেমা নুংঙাইবা অমত্তং যেংলুসিদো।

শখি - হোযনে ইনমহল যেংদুম যেংথোক্লুসি। কল্লক মাংদা লেন্ননবা মবে শেল্লুবো।

তোম্বী - (মথন্ত ঙাঙই) হুম যেংনিংখিদ্রেদকো মশক মশকশিংসে। ঐগী ম ংদা শান্নগে হাযদুনা শান্নবিবা লীলানিনে। নোক্তুম নোকচনিংই, কল্লকপদি হাযকনু। ঐনা কল্লক্লবা লীলা শান্নবদা মপুম মবাইনদুম খিৎচর্বানি, মখোযগী পৈশাসু তিংবা মতমসু মাংবা।

শখি - (মনমহলগী কাদা ওন্সিন্দুনা) ইনমহল হৌজিকফাওবা লোইদ্রিনবে। খেংলে, পবপ পবপ লোইশিল্লো। টিকেট ফংহৌববোই।

সনাতোম্বী (মাগী কাদগী) লোইবে লোইবে, থোক্লক্লগে।

(তরাতরেৎশুবা)

শখি - ঙসিদি তাযাইগী লুহোংবা নুমিৎনি। (লুহোংবগী যম্প্লগী খোঞ্জেল অসুম অসুম নেমথবকই। মমৈথংদা লেপখি) ইনমযাইমগী অউন পোৎসি ইযাম যামদেদা। চহি অসুক লিনা যুম পাল্লকপবো হবা যাম্লসু উল্লরে হাযদে। মীগী মমাংদা ইকায়জদমাল্লে। ব্লেক এন্দ হ্বাইটকী টি ভি অমা, কোল লিক খবা, উপু কাংথোল খবা। মসিদি ফনা মতিক চাদবা অমনা অদুম উন্নববা ঙাক্তনি হৌজিকী মতমসিদা।

তোম্বী - ইচৈ যাইসি ঐগুম্বা মীতানিসে। সনা লুপা লন থুম মীহৌবগী মা অমত্তা তাদে। অউনপোৎশু ঐদৌনা অদুক হাক্লা উল্লকপা তৌদে মাযথোংদি ইচম চমই। মীনুংশি লৈবা ইং তপ্লা শক্তানি।

সনাতোম্বী - (মথন্ত ঙাঙই) ইমুংসিদা লৈরিবা মৌশিং অসি অউনপোৎ য়াম্না উল্লকপদা ঐনা হেল্লিদা। সনা লুপা শিবসু ঐনা হেল্লিদা। ইপাম ইনাক খুনবসু ঐনা হেল্লি। অদুগা মশক ফজবসু (মোমোন নোকই) ঐনা পুম্নমক্তা পুমহেন হেল্লিদা।

শখি - (মথন্ত) মৌ অনৌবী ওইদুনা তৌমাল্লে। থবক্তি নম্বব ব্রান। চাক থোংবা, কোল লিক ফেংবা, ব্রাই তৈবা, মানা লোইনা তৌদুনা লৈরেনে। হয়েংব্রাই ফাওবা অসুম্না অসুম ফরবদি নুংঙাইনিদা। নৌরিঙৈদা থবক ফবগী হায়রুরবদি ইনময়াইমনা ইহেন হেল্লিদা ইনম্মা অতৈদগী।

সনাতোম্বী - (মতোমতা খনবা) ঐগী মতমদদি ইনেমবোক লৈবিঙৈকান ওইবনিনা অসি তৌ অসি তৌ হায়দুনা থৌদারম্মী। ইনেমবোক্না তাইবংপান থাদোকখিবদগীদি যুম্নুরেপ্পা অমনা পুগদবা থৌদাং পুম্বা পুদুনা লাক্লে। হৌজিক্তি ঐসু অহল অমা ওইনা মনেম শাদুনা খরা লেম্না লৈথোকপা তাবেদনা।

তোম্বী - (মথন্ত ঙাঙবা) মখোয়সিদি মীনুংশি খংমন্দেহে। অসুক য়াম্বা ইমুংগী থবকপু মৌ অনৌবীনি হায়দুনা ইচেয়াইদা লোয়না শিন্নরিবসে ঙম্নু ঙম্মীনে। মখোয়গী থম্মোয়সিদি। ঐবুদি তোঙান্না চাজবগী হৌনবী ইবন্নাই ব্রাজবনি। মৌ অহনসিনা মাগী কাদগী হেন্দোকখিদরে। নিংঙোল অসিনা ফিল্ম ঈশৈ তাদুনা লৈবে। ইচেয়াইমনা চাকখুমদা মৈশা লাংলি।

মেমচা - (কোন ফেংবগী মখোল তাই) করিনোনে থবক পুম্নমকসিবু ঐগী থবক অততাইদৌনা নোংমতা মতেং পাংবীবা অমত্ত থোরক্তবা অসিবু। মীশিংসি মথৌ ওম্বোক্লা চিন্নখ্রমাল্লে। অহলসিসু ইতেং পাংবীবদি লাইরদুনা অসি তৌ অসি তৌ হায়দুনা ইনেমবোক শাদুনা পেৎ পেৎ ঙাঙলম্লগা মাগী কাদা হেক্ত চংখিবা অদুগা শুংথোক হেক থোল্লক্তবা।

শখি - ইনমযাই ব্রারম্লনি। ঐসু ফেংবা যাওগে। ইনমযাইদি থবক য়াম্না ফৈনা। ইনম্মা তোম্বীদগীসু, ইনমহলদগীসু ইনময়াইনা থবক ফবা ইহেন হেল্লি। ইনম্মা তোম্বীসিদি নহানব্রাই নৌরিঙৈদা থবক শুনিংখিদ্রপোৎনি। মসিগী নুপীসিগা নকশিন্নরুনুকো ইনমযাই। মানা পিজবা পোৎকা পংচা চারুনু। অমুকখক মানা পিজবা পোৎ চারুই হায়বরা, মনম নম্লুই হায়বরা কৈনোম্মা থোকখি। ইনমহলদো য়াম্না

কন্না নাখি। ইনময়াইগা ইনম্মা তোম্বীগা হেক হেক ফম্মীন্নদুনা ব্রাবী শান্নবদুসু শান্নজকনু। মসিদি মীব্রা ঙাঙনবদা ফার্ষ্ট ক্লাসনি। ইনমযাইসু লৌজবক্কনি। অদুগা মানা হাযজিনবা ব্রাকা পংলৌ লৌজকনু।

মেমচা - ঐদি মীনা ঙাঙবা অমত্তা লৌবোইদা। কনানা ফবা কনানা ফত্তবা হাযবদুদি থবক্লা শক্কি ওইদুনা তুংদা লোইনা খংলক্কদবা ঙাক্তনি।

শখি - হোয অদুবুদি খংলক্কনি। মসিগী তোম্বীসিদি খৎনবসু হৌগনখ্রবা। ইনমযাই লাক্ত্রিঙৈদা ইনমহলগা মাগা খৎনখ্রিসি মশিং থিঙমদ্রবনি। ইনমহলসি মানদা ফুবীবা। মানদি নুপী পুলিসনিনা মশাসু কল্লেদো। পুলিসকী হৌনবা শক্লা তাখৎলিবা, মশক্লা মবোল অমা থীবিবা। ইমুংসিদা লৈবিবা মৌশিং অসি মানা ইথী থীবনি। মহাভাবত্তা অঙাং ওইবিবা শ্রীকৃষ্ণবু হুবানবা লাকপা পুতনা হিংচাবী হায়বদু অদুগুম্বনি। হিংচাবীগী শক্লোন পুবগুম নোংফাদোকসু মকে শেল্লদুনা যাম্লা ফজনকাসু থোক্লক্কনি। জাৎ অমনি মানা তৌবিসে।

**(তবানিপালশুবা)**

তোম্বী - হাই কৈদৌবে। ব্লিদিং .... . । শখি, ইচে . .. । কনা অমত্তা তাদেনে। ইতে যাইমা। হো কনা কনা লৈবগে? ইচেযাইমা কৈনোমা তৌখবে। দোক্টবদা পুদ্রবদি যাববোইনে।

**(তরামাপলশুবা)**

তোম্বী - ইচেয়াইমা দোক্টবনা কবি হায়বকই। কবি লায়নানি হায়বগে?

মেমচা - মীবোল্লকপা থা অনি শুববনি। পাঙ্গলগী থবক শুমন্দুনা এবোর্সন তৌবনি হায়বকই।

তোম্বী - থবক শুবদু হেনমনখ্রেনে। অকম্বা থাংবা ফত্তে হায়বনি অসিগুম্বা মতাংসিদি। ইচোইমদি ঈশিংবু হোনবনে, মিলদা চেং তক্কনিবু হাযদুনা ফৌ বোবা অকম্বদু নথম্ত সাইকলদা হাপকৎনবা হোৎনবম্বসু থেংনখ্রে। মতুংদদি অমত্তা তৌকবনু। হকচাং শোক্লগা কনাগী মাংজবনো? মদু মখোয কনা অমত্তনা খংবীপোৎ নত্তে।

মেমচা - ব্রাই শিৎপা, ফি শুবফাও তৌবা যাদে হায়না দোক্টবনা হাযবকই।

তোম্বী - উম মীবু উকায তকপগী মখোয হৌজিক নুংঙাইবনিদনা। উচিদা অমুক হঙিল্লু হায়বা মুনি অমসুং কৈগী ব্রাবীদা তাবেদনা।

মেমচা [illegible] থাগনা অমক শুবগা ঐনা নংঙাক্টিনা যেংবা হায়দ [illegible]।
[illegible] মোন লোবপগা [illegible]

তোম্বী কান্নদে ইচেয়াইমা ইমুংদা অসুম নৈশিন্দুনা লৈবসি মথা যাম্না শাবনি। খোইদৌ শিকপা প্রমান পাম্লে কযা মৌ অসিগা নিংঙোল অসিগনা ঙাঙলকখিগনি। হোটেলদা থোক্লগা চাবা কবিনো থক্লুসি।

মেমচা - হোয হোয় থক্লুসি।

তোম্বী - ইচেযাইমসে ঐগা ব্রাখল যাম্না তিন্নগদবা মাল্লি।

মেমচা - ঐনা অহানবা য়ুম অসিদা হেক লাকখিবা নুমিত্তুদা নহাকপু উকবা মীকুপ্ত য়াম্না নুংশিবা অমা পোকখি। মযাম্না মবাং মবাং তৌনবগা ইনাওনা মতু যাম্না শোন্না ইতুক তুকথনা লৈবদু যেংবদা যাম্না নুংঙাইখিদে।

(কুনশুবা)

শখি - (মথন্ত ঙাঙই) হৌজিক্তি হনমহলসু তোঙান্না চাখবে। খৎনদনা চাখিবা নত্তে। বাজিনা নং নংগী ব্রাই শংননবা হাযদুনা পীজখিবনি। অদুবু চাকখুম তোঙানবগী ব্রাতনি। কোৎতি ঐখোযগা পুল্লি।

সনাতোম্বী - শখি, সে অঙাংসে ঙাইহাক্ত পম্লম্মু। ঐ থবক ইনখাং অমত্তা তৌবা যাদবে। মানা যেৎমনদুনা।

তোম্বী হৌজিক্তি ঐঙোন্দ ওৎখিবশিংদুগী দোষ ফংলেদনা। তোঙান্না চাখ্রবা মনমহলসিগী অঙাংসু শেন্নবা। ইচে যাইমনা থবক শুবা যাদ্রবনিনা ইমুংগী থবক পুম্নমক মথন্তনা হোৎনবেদনা। খবা যাম্না ব্রাসনু, যেংদুম যেংথোক্কে ফম্লগা।

শখি - (মথন্ত ঙাঙই) পোৎলুম পুম্নমক ইথক্তা লোযনা তাববা। মসিদি খবা থুনা য়ুমদুম পাম্থোকখিবা। মদুনা ব্রাই শংনিসে।

তোম্বী - ইচে অহলসি লাক্ত্রিঙৈদা ঐগী অঙাং খবা খবা লৌবী হাযদুনা ঐনা থা খুদিংগী মঙোন্দা লুপা চনি চনি পীবিবনি। অদুগীসু মথক্ত মফি মবোলসু থা খুদিংগী লৈবীবিবা। হৌজিক্তি নুংঙাই ঃর্ম্মনি। পৈশাসু পীবীদবা, মফি মবোলশু চষ্টী অমগী মনুংদা অমুক্তং লৈবীবা অদুগা অঙাং শেন্নবদা মপুম থীৎলবা। মমা চৎথোকখ্রবসু চৎথোকত্রবসু মানা কযাদা চেকশিন্না মীৎকুপ খুদিংগী কবিদা শোইখিগদগে হাযদুনা শেন্নবিবসে অতৈগী অমত্তা নত্তে, ঐনা কল্লক্রবা তৌবির্বনি। কল্লকপিবদি হাযকন্নু। ফনদুম নুংঙাইবি মপুম থীৎপমখৈ ব্রাবসি যেংলগা।

মেমচা - (মথন্ত ঙাঙই) দাক্টবনা থবক অমত্তা শুগনু হায়দুনা পাউতাক পিবক্লিবনি। অদুবু উপায় লৈতবনিনা তৌদবা য়াদবা খবদি তৌবেদনা। ঐনা থবক তৌবগা শখি হাযবসিনা ইতেং খবা পাংবিগদবা হাযবগা মৌ অহলগী মচাসি লৌ৲গা অদুম লৈখ্রেনে। কহি থোকই হায়দুনা তৌজ শাবিনো খংদে। য়েংগে খংনি। চাক্কসি শুংথোং হেক থোংলোই। কনানা লাক্কুনা থোংবীগে যেংগে হায়বা।

(কুনমাথোইশুবা)

শখি - চাকসি কনানা থোংদৌবিনো তৌবিসিবো? ইনমযাই হৌজিকফাওবা চাকখুম মৈ হৌগৎপিদ্রিববো?

মেমচা - ঐ চাক থোংবা যাদবে। দাক্টবনা পোত্থাও থবক তৌরুখিনু হাযবক্লিবনি। অদু ফাওবদা নমথোং থোংলিবদুনি। ঙসাইসু ঐনা থোংলিবদুনি।

শখি - ঙসাই থোংলবদি হৌজিক অমুক থোংবা কবি কাইগে?

মেমচা ঙমদ্রে ইবেম্মা ফি ফাওবা শুদদুনা মোত্তুনা লৈবির্বসিনি। ঙসাইসু নঙ তযাইনা মশাগী ফুবিৎ খোঙগ্রাউ মোজাফুবিৎকাদু মথন্ত শুজবিবদুনি। ঐনা ঙমদ্রবদি নখোযসু খবা মতেং পাংবীদুনা নবুংগী ফিদু ফাওবদি শুবিবা য়াইদনা।

শখি - ফি শুববু কয়াম ব্রাবা থবক্লো। ইনমযাইমনা ঙাইহাক্তং শুদোকপীবা যাবদুবো।

মেমচা - হোইনে খংলেসে। ঐ ইনছাং শেল্লক্কে। চাক্কু নঙ থোঙদোক্কুবো।

শখি - ঐ ঙমদ্রে হাযবিসিনি। ঙসাইদগী অঙাং লৌবিবসিদি। ঐ ব্রাবনা শিগদৌবজাৎনি।

মেমচা - ঙসাইদগী মমা লৈবিবসিদি। মমাদা পমহনবা যাদবো।

সনাতোম্বী - (মখোয়গী মনাক্ত চংশিল্লক্কুনা) কদায় কদায অঙাংদু পিবক্লো। অঙাং নিংঙাই তৌই, ঐসু খুৎ শংদে হাযদুনা ঙাইহাক্তং পমহল্লুবদা ব্রা যামহনগদবগী তৌবিবদু খংজবে। শখিনা ঐগী অঙাং ঙাইহাক্তং লৌবা ঊবদা মীৎ ওম্থোক্লা নাথ্রমাল্লে।

মেমচা - ইচে অদুম হাযনা লান্নদি খনগনু।

সনাতোম্বী - খঙজবে ইবেম্মা, নঙনা তোম্বীগী মচা নিংঙাইজাওসি ঙসাইদগী

শেন্নবদি যাবগা ঐগী ইচাসি শখিদা ঙাইহাক্তং পমহনবদা ব্রা থোকহনগদগী তৌবীবিদো।

তোম্বী - (মখোযগী মনাক্তা চংশিল্লক্লু না) ইচে নখোযগী ব্রা অদুম ঙাঙনৌ। ঐগী ব্রা অমুক পকশিনবীবক্লনু। ঐগী অঙাংসিদি ঙসাইদগী ঐনা ওফিসতগী হেক লাকপগা ঐগা অদুম লৈমিন্নবিবনি। ইচেযাইনা ঙাইহাক্তং ইনাক্তা চংলক্লুনা অঙাং লক্লবম্বদা অদুক যাম্না কল্লকপিবিদুবু কবিগীনো?

সনাতোম্বী - হে চিনগনবী নঙ যাওবীবকউ হাযদেনে। ঐখোয ঐখোয ঙাঙনজনি। হন্দোকখো চৎলু।

শখি - ইনমযাই ফুবিদৌবে হাযদুনা মীচং চংবা লাক্লিবনি।

সনাতোম্বী (শাওনা) অদুদি ফুবা তাবেদনা নঙগুম্বীনা কৈদৌজবনি হাযগে।

মেমচা - কবি ইচেনা ঙাঙলিদুবু।

সনাতোম্বী - ঐনা অহলনিনে। ঐনা ঙাঙনিংবা ঙাঙবা যাই। ঐনা ঙাঙবদা চীন্থক্ত খুন্নবদি। (মৌ অহলগা মৌ যাইমগা, তোম্বীগা শখিগা পান্নদুনা মশম ফোইনবকপগী খোঞ্জেল)

শখি - থাদোকউনেহে মসিগী হিংচাবীসে।

সনাতোম্বী য়েংঙুনেহে, মখুৎসিনা ঐগী শমসে কযাদা কন্না চিংলিবনোসে। শখি নঙবু শোমদা লাওনে। ননমযাইমসে অমুক্ত চিংথোকউসে।

শখি - ঐসু থাদোকপা যাদরে। য়েংঙু তু, ইনম্মনা ঐগী শমসে লোইনা থদৎকদৌরে। মখুৎসিনা শুপ্পাই পায়শিনখিবদগী থাদোকউ য়াদরে।

তোম্বী - ঐঙোন্দ ফোইবিবা নঙগী নখুত্তু হান্না থাদোকখোনে। অদু ওইববদি ঐসু থাদোক্কনি।

মেমচা - য়েংঙুনে কয়াদা কন্না ফোইরিবনো, মখুৎ খুৎচাউসিগা। থাদোকউনেহে, নঙগী নখুত্তু হান্না থাদোকখো, অদুগা ঐসু থাদোপিগেনে।

সনাতোম্বী - নঙ হান্না থাদোকউ। কৈদৌবগী ঐ হান্না থাদোক্কদৌবিবা।

শখি - অয়ো ইমা শিরে, শিরে।

সনাতোম্বী - অয়ো, হিংচাবীসিনা ঐগী শমসে লোইনা ফোইদৎখিদৌবে।

(কুননিথোইশুবা)

তোম্বী - নহানমখৈ মখোয অনিনা হোৎচিন হোৎচিন্দুনা ঐঙোন্দা ফোইবদু হৌজিক্তি ঙমদ্রেদনা। ঐগী মীচং অমা লাক্লবনিনা মখোযনা কা হেঞ্জিনবা ঙমদ্রে হাযবা। মতুংদদি খৎনবা কযা হৌবক্লবোই। নহান খৎনবদুদা ইচেযাইমা ইবানিনা মীচং ওইদুনা মখোয অনিবু লাক্ল বিখ্রেদনা।

সনাতোম্বী ইমুং অসিদা হেক লৈবিমখৈদি শান্তি শুংফং ফংলবোই। মশকশিংসি উবোইদবা মফম অমদা ভবাদবা কৈনোমা লৈকখনা ফবে।

তোম্বী - ইচেযাইমা, ইবানিগী ফি ফৌননবা থৌবি অশাংবা অমা যেন্নখাসিদা তিংসি। নোং থিৎলি থিৎলি চুবা মতমনিনা শুমাংদা ফি কুইনা ফৌবা যাদে। শঙ্গোইদদি ঐখোযগী ফৌফমকা লৈপোৎ নত্তে। লম কবাম্বীশিং অসিনা লম কন্নবদা।

মেমচা - কদাইব্রাইদা তিংবনা ফগনি। ও, স্বাইদা যোৎপি অমা থিন্দোক্লনা লৈবে। মসিদা মচি অমা কিশিল্লক্লো। মচিন অমদুনা অসোমগী ফৈবাসিদা পুল্লসি।

তোম্বী - ইচে লাক্ত্রিঙৈদা অমুকখক ফি ফৌবগী মতাংদা খুং থোক্লখ্রর্বনি। মতমদুদা মখোযনা মীচং ফবা হেল্লি হাযদুনা ঐঙোন্দা কযাদা তাথীনা তৌবীখ্রবা।

মেমচা - ইনাওদা মখোযনা তৌখিবশিং অদুগী লমন খুমগদবনি। খবা লৈবগদি নিংঙোল অসিসু মযুম পানখ্রগনিদনা। মতমদুদা মৌ অহনসি মথন্ত লৈজহৌবগনি। ইবানি মীচং ওইবগা লোইবে। মসিগা ঐগসি মোৎ শুংচান চান্নদে। কবমহাযনা তৌবিবনো খংদে। ইনাওগা ইবান্নিদি মোৎ যান্না চান্নৈদা, পুন্সিগী ওইনা তিন্নসি, লুনা চান্না লোইনসি।

তোম্বী - ইচে ঙসিদি নোংমাইজিংনি। হোলদা চৎলগা সিনেমা নুংঙাইবা অমদুম যেংথোক্লসি। ঐগী অঙাংশিংসি ইপামদা থম্লগা লোইবে। খবা চাউবা অসিমদি পুবিগে।

মেমচা - হোইনে ঐসু সিনেমা যেংনিংদুনা লৈবল্লিবনি। চৎসি ঐ লোইশিল্লুবগে।

সনাতোম্বী - শখি, মীসু সিনেমা যেংবা যান্না চৎনখ্রে। ইবান্নিসু যেংলুসিবা?

শখি - হোইনে, যেংলুসিনে ইনমহল।

(কুনহুমদোইশুবা)

(হোল মনুংদা মী ময়াম সিনেমা য়েংবা চংনরকপগী মরাং মরাং তৌই)

তোম্বী - ইবুংঙো টোর্চ লাইট পাযবা, সে টিকেট অসিদা লৈবে। ঐখোযগী সিট অমুক্ত থিবীযু।

মেমচা - শখিগা ইচেগসু চংলক্লেহে ইনাও। মখোযসু যেংদৌবিমাল্লেনে।

তোম্বী ঐখোযগী তুং ইন্নবক্লি ওইবিনি।

মেমচা হাযমা ঐখোযগা সিট থংনদৌবিমাল্লেনে। টোর্চ লাইট পাযবা নুপাসিনা ঐখোযগা থংনবিবা সিট অসিদা পুশিল্লক্লেনে।

শখি - হাইমা ইনমযাইমহোইসু যেংলম্লিজাৎনিনা।

মেমচা - হোই যেংলম্লির্বনি। ঐখোযগা থেংনবেনে। লাকও লাকও যেংমিন্নবসি।

শখি - ইনমহল সিদা ফম্লসি লাকও, ইনমযাইমহোইসু লৈবে।

(সিনেমা হৌবগী মখোল তারকই অতেনবা ম্যুজিক)

তোং - ঐখোয ইমুংগী ৱাবি খবা শান্নসি হাযববু যাবোইদৌবিনে। মখোযনা ইনাক্তা ফমজিল্লর্বনিনা।

শখি ইনমহল ঐখোযগী সিটসিবু হোংদোকপা যাবোইদৌবিজাৎলা। স্বাইসি ফম্বা যাম্লা হৈনবোইদৌবি।

সনাতোম্বী - অদুম ফম্লসি, হোংদোকপা নুংঙাইববোই। হাউসফুল ওইবে। সিট পুম্নমক মী লোইনা ফম্নখবে।

শখি - ইনমহল নঙ সোম থংগেবা ? ঐ যাম্লা হৈনদবে। নুংশিনখিদ্রবা মী অমগা থংনবসি যাম্লা নুংঙাইতে।

মেমচা - তোম্বী নঙ সোমদা ফম্মুলাও। হৈনদবা মীগা থংনবসি যাম্লা নুংঙাইতে।

তোম্বী - হোই হোই যাই, ঐ অদোমদা ফমগে। কবম হাযনা ঐখোযগী নাক্তা হোৎচিল্লক্নুনা ফম্লবিবনো খংদেনে তৌবিবসে।

শখি - ইনমহল হাফ হেক তাবগা চৎগ্রসি। মতুংদা ফজনা যেংলসি সিনেমাসি।

(সিনেমা হাফ থারমদাইগী ক্রিং ক্রিং খিংলকই)

মেমচা - অনিসি থোকখিবদগী হঞ্জিল্লক্লেনেহে।

তোম্বী - ঐখোযগা ফম্মীন্নবসি তিল্লাইখোম্বী চুবগুম থোক্লম্লনি। হৈনবম্মবোই। অদুনা চৎগ্রবজাৎনি।

| | |
|---|---|
| মেমচা | - ব্রাইদুম শংই। মখোয়না অমুক হঞ্জিল্লক্কসিদি। |
| তোম্বী | - মীঙোন্দ মতমচুপ্পগী খৎনবা হৌদুনতা লৈবা মীওইশিং অসি মকোক বেবা লৈববা মী ঙাক্তনি। মখোয়শিং অসিনা মীবুসু নুংঙাইহন্দে। মখোয় মশাসু নুংঙাইবা খক ফংদে। |

(কুনমরিশুবা)

| | |
|---|---|
| সনাতোম্বী | - (মথন্ত ঙাঙই) নুপীশিং অসিনা অসুক যাম্না খৎনগল্লিবসি নুপী ঐখোযগী অশোনবা লৈবদগীনি। মীনা তৌবা থবক্তা যেংশিনগল্লি। মীনা হেনথ্রগা কল্লকপা, মীগী নুংঙাই য়াইফবা উবগা লৈতাদবা অসি নুপী অযাম্বগী থম্মোযদা লৈগল্লি। অদুননি নুপীশিং অসিনা অসুক যাম্ন খৎনগল্লিবসি, ইশৌ লাংগল্লিবসি। |
| শখি | - (মথন্ত ঙাঙই) ইমুং অসিদ লৈবিবা নুপীশিং অসিনা অমগা অমগা নুংশিনদবদগী ইবুংশিং অসিসু অমগা অমগা নুংশিনদবুম তৌবে। ব্রা ঙাঙনবদা হান্নগুম দ্রো দ্রো তৌনখিদবে। অমগা অমগা হঙ্গোইনবগুম খৌতক খৌতক চানবে। ব্রা কয়া ঙাঙনখিদবে। মসি নুপীশিং অসিনা মাগী মাগী নুপাদা পাউ তমদুনা মথৌ শংখিবদগীনি। নোংমদি নুপীগী লান্দা নুপাশিং অসিসু যাওবক্তুনা ইমুং অসি লাঞ্জাও অমা থোক্কদৌবি। |
| মেমচা | - (মথন্ত ঙাঙই) নুপীগী লান। ঐখোয়গী ইমুংদতা নত্তে। যুমথোং খুদিংগীনি । খৎন চৈনবিবা অযাম্বা নুপীশিংনা নুপাশিংদা মৈ চুবদগী হৌবকপা ওইনা তৌই। মদুদগী অচৌবা ব্রাথোক লাম্থোক থোবক্তুনা মীশি মীনাফাওবা যাওবক্তবা নত্তে। |
| তোম্বী | - অসুম্না অসুম পুন্সিচুপ্পা লেনবা হাযবসি অব্রাবগী মশক্কি। ক্রক ক্রক যেংশিন্নবগী মৈশা অসিনা ইমুংসিদা লৈবিবা মীপুম খুদিংমক অমত্তা মশা ফববোই। অফ নুংঙাইগী ব্রাখল অমত্তা খনবা ঙল্লবোই, শান্তি ফংলবোই। মসি কোক্লবগী পাশ্নেদি ঐখোয মযাম পুল্লগা কবি কবম তৌশিগে হায়বদু খন্ন নৈনবা অমা তঙাই ফদ্রে। অহল ওইবিবী ইচৌ ব্রাফম অসি হৌদোকফম থোকপনি। মানা হৌদোবক্তবনিনা ঐনা হৌদোক্লগে। (সনাতোম্বীগী মনাক্ত লাক্তুনা) ইচে,ইচে, ইচে। (পাক খুল্লক্তে। থোংদা দোং দোং থিল্লি) ইচে, লৈতবো। |
| সনাতোম্বী | - (মাগী কাদগী খুল্লকই) লৈয়ে কবিগীনো? থোংদু নম্লগা চংলকউ যানি। |

তোম্বী - (চংলক্লগা) ইচে, ইচেনা খ্বাইগী অহলনিনা ইমুং অসিদা লৌরিবা মীশিং অসি অমুক্তং ফম্মীন্নরগা মীতিং অমত্তং কৌবীনবা শিনবীয়ু। নৎত্রবদি নুমিৎ খুদিংগী উংখৎনদুনা লৈরগনি। অফ নুংঙাইগী ব্রাখল অমত্তা খনবা য়াররোই।

সনাতোম্বী - ফরে, ইনাও তোম্বীনা হৌদোরকপা। ঐনা থোক্লকপা য়াথংনি হায়রো। ইমুং অসিগী নুপী খুদিংমক হয়েং নোংমাইজিং নুমিৎকী অয়ুক পুং ৮ তাবদা ঐখোয়গী মঙ্গোন্দা পুল্লগা মীতিং অমা তৌগনি হায়না নংনা পাউজেল্লুরো।

(কুনমঙাশুবা)

মেমচা - ঙসি নোংমাইজিং নুমিৎ অসিদা নুপীলাল লোয়শিন্নবগী তৌবা মীতিং অসিদা ময়ায় তাংবলদা ফম্বীরিবা ইচে সনাতোম্বী, মাংদা ফম্বীরিবা ইনাও তোম্বী অমদি ইচল শখি। ইমুংগী নুপী লাল মতৌ করম্না লোয়শিনবা য়াগদগে হায়বদুগী সজেসন খরা ঐ হায়জগে। ইচে সনাতোম্বীগী ইমুং চাকখুম তোঙানখ্রে। ইনাও তোম্বীগী ইমুংসু হান্নদগী হাযবদি ঐনা যুম অসিদা লাক্লিঙৈদগী তোঙান্না চারক্লে। চাকখুমশিং অসি তোঙান তোঙান্না খাইদোকখ্রবসু ঐখোয় মীতোপ অমমম্নি হায়না খনবদি খক য়ারোই। মরমদি ঐখোয় তোঙান তোঙানবা ইখোলদা তোঙান তোঙানবা যুম শাখিদুনা লৈনবা নত্তে। ইখোল অমখক্তংদা অপিকপা যুম অমখক্তংদা মাগী মাগী কাদা লৈনবনি। ঐখোয় যুম অমখক্তংদা লৈমিন্নবিবা ইমুং অমগী মীওইশিংনি। অদুনা ঐখোয় অমত্তনি হায়দুনা মতম চুপ্পদা খনগদবনি। থবক তৌবদা য়াবিমখৈ লৌতান্নদনবা হোৎনগদবনি। মাগী মাগী কাশিং ব্রাই তৈবনা অমা ওইখ্রে। মদুদি মশা মশাগী দাইত্যনি। মসি নত্তবা ময়ামগী ওইবা থবকশিং হায়বদি মাঙ্গোল ময়াই কা অমদি শুমাং অসি ইমুংগী মীওই অমনা হেক্তা তৌগদবনি। মসি তৌবদা কোন্না তৌগে হায়না খক খন্নদবা ফৈ। ময়ামদগী ঐনা খ্বাইদগী ঙন্না হৌগৎলগা ঐনা হান্না থবক অসিমা তৌহৌবগে হায়না খন্নবা ফৈ। থবক মচা মশুদা লৌতান্নরবদি অমগা অমগা নুংশিনদবগী মরম ওইরকই। থবক মচা ওইরবসু অতৌবা অমনা অসুম তৌদুনা লৈরবদি মমৈথংদা তৌনিংলক্তে। মরম অসিনা ইমুংগী থবক মচা মশু তৌনবদা নুমিৎ খায়দোক্লবা ফৈ। নত্রবদি করিসু লৈত্তবদা ব্রারৌ পুক্লৌনখিবদগী মদুনা তুংদা অচৌবা য়েংথীনবা

অমা ওইরক্তবা নত্তে। ব্রাহে খরসি হায়জরগা ময়ামদগী বিদাই লৌজরে। (ময়াম খুবাক খুই)।

শখি - হৌজিক ইনস্মা যাইমা শ্রীমতি মেমচা দেবীনা ঙাঙবীখ্রবা মতুং অসিদা ইনস্মা তোম্বীনা ব্রাফম খরা ফোংদোকপিগনি। কৌশিঞ্জরি ইনস্মা তোম্বী।

তোম্বী - চেয়ার্পার্সন ওইবীরিবা ইচেস্মা সনাতোম্বী, মাংদা ফম্বীরিবা ইচেয়াই অমদি শখি। ইমুং অমমমদা লৈরিবা মৌশিং, নিঙোলশিং, মমাশিং, মনেমশিং হায়রিবা কাংলুপশিং অসিদা লৈরিবা নুপীশিংনা অয়াম্বা মতমদা খৎনবা নুংশিনদবা হায়বসি মহৌশা ওইনা তৌরে। মসি থোক্তনবগী হিরম খরা ইচেয়াইনা ঙাঙবীখ্রে। চুম্মী ইচেয়াইনা হৌদোরকপা ব্রাফমসি, ঐখোয় পুম্নমক অমত্তনি হায়না খনবা অদুগা থবক্তা লৌতান্নদবা। হিরম অনিসি ঙাক্লা চৎনরবদি নুপীলাল তোইনা থোক্লরোই। ঐনা সজেসন তৌনিংবা অমগা লৈরি। মীওইবা ঐখোযবু মতম চুপ্পদা ব্রাহল্লিবসি কল্লক খম্বন্নবা অসিননি। কল্লক খম্বন্নবা অসিনা মরম ওইদুনা মী অমনা মী অমবু নুংশিদে। নুংশিদ্রবনিনা য়েংথিনরকই, মমৈথংদা খৎনরকই। অদুনা ঐখোয় ঐখোয়গী পুক্নিংদা লৈরিবা কল্লকপা ব্রাখলসি মরু ফুক্তোক্তুনা লংথোকখিবা তাই। অদুতনা শান্তি ওইবা ফংগনি হায়জনিংই। নত্রবদি ঙাইহাক লৈতনা উংখৎনদুনা মতম চুপ্পদা খোইদৌ শাউগৎপা হায়বদু ওইদুনা চাউখৎ থৌরাংগী ব্রাখল অমত্তা খনবা ঙম্নরোই। নুপী ওইবীশিংনসু খর খিৎ কল্লক খম্বনবগী ব্রাখলসি পোক্লে। অদুনা নুপী ওইবী ঐখোয়না য়ারিবমখৈ মসি থোক্তনবা হোৎনগদবনি। অতোপ্পনা নোক খেদুনা, হরাও তয়াম্না লৈবা উরু তারুরগা অমদি অতোপ্পা মী অমগী মচাশিংনা ফজবা ফি রোল শেংতুনা মমল য়াম্বা শান্নপোৎ পায়দুনা শান্নবা উরগা কল্লকপা পোকপীদবা ফৈ। অদুগা ঐগী ইচাদি ময়ামদগী হেন্না মমল য়াম্বা ফি রোল শেংলি হায়বগী ব্রাখলসু তৌবীরোইদবনি। হায়রিবা হীরম খরা অসি ময়াম্না থাদোকপা ঙম্বীরগদি য়েংথীনবা লৈররোই। শান্তি ওইনা যুম পানবা ঙম্নরগনি হায়জনিংই। ব্রাহে খরসি হায়জরগা ময়ামদগী বিদাই লৌজরি। (ময়াম খুবাক খুই)

শখি - হৌজিক ইনস্মা তোম্বীনা ব্রাফম খরা ময়ামদা খঙহনখ্রে। মতুং তারকপসিদদি নিংঙোল অমা ওইনা ঐহাকশু মতৌ করম্না ঐখোয়গী

ইমুংদা শান্তি থন্বা ঙমগদগে হায়বগী মতাংদা ঐগী ওইবা অনিংবা খরা ফোংদোকচগে। ইনম্মা অনিনা পিবিখিবা সজেসন য়াম্না ফজবা ৱাফম ঙাক্তনি। ইমুংসিদা লৈমিন্নরিবা ঐখোয় পুম্নমক অমত্তনি হায়না খনবা, থবক তৌবদা লৌতান্নদবা অমদি কল্লক খম্বনবগী ৱাখল থাদোক্লবা অদুগা লোয়ননা নাপল তৌদবা হায়রিবশিং অসি ঙাক্লা চৎনরবদি শান্তি ওইনা লৈগনি হায়জনিংই। মতাং অসিদা ঐনা হায়জনিংবদি ইমুং অমত্তদা ঐখোয় পুন্না লৈমিন্নরবসু চাকখুম হেক তোঙানখিবা নুমিত্তগী ঐখোয় মীতোপ ওইরবনি। চাকখুম তোঙানবগা লোয়ননা মশা মশাগী য়ুম অমদি ইংখোল অসি তোঙান তোঙান্না খায়দোক্লদুনা লৈনরবা, অমগা অমগা শক উন্নদ্রবা, তঙাই ফদ্রবা মতমদা উন্নরবা, অদু ওইববদি খৎন চৈনবগী ৱাখল শুকলৈ লৈররোই, নুপীলাল তৌ :বোই হায়বসিনি। মশা মশাগী অহাংবা মতম ঙাইহাক ফংবদা অমগা অমগা ওনশিন্নদুনা ৱারেম ঙাঙনবগী মহুত্তা মশা মশাগী মথৌদা পুক্লিং থিংজিন্দুনা লৈনববা অদু ওইরবদি ৱাকায় অমত্তা থোক্লরোই। ঐনা হায়বখক্তনা চুল্লেসু হায়জনিংদে। ময়াম্না অসি ফনি অসি ফরোই হায়বদু মুন্না খন্থবিরগা অমুক্তংদি খন্নসি অদুগা অপুনবা ৱারেপ অমা লৌমিন্নরগা ঐখোয় অমুক্তং শান্তি ওইনা হিংদুনা ঐখোয়গী পুক্লিংসি চাউখৎ থৌরাং পুরক্লবগী লম্বীদা মায় ওন্সিল্লসি হায়বা ৱাফম অসি থমজরি। হায়রিবা ৱারেপসি ঐখোয়গী ইমুংখক্তনা ইনবতা নত্তনা লৈবাক অসিদা লৈরিবা ইমুং খুদিংমক্কী মীওইশিংনা ইনবা দবকার ওই। অদু ওইরবদি ঐখোয়গী লৈবাকসিদা মবা তপ্পা সমাজ অমা পুরকপা ঙমগনি। ৱাফম অসি থমজরবা মতুংদা ঙসিগী মীফম অসিগী চেয়ারপার্সন ওইরিবী ইনমহলনা ৱাতেম্বীবা ওইনা ৱারোল খরা পিবীগনি।

সনাতোম্বী - ময়াম্না পিবিখিবা সজেসনশিং য়াম্না কান্নরবা লৌশিন্নিংঙাই ওইবা ঙাক্তনি। ইনাও অনিনা থম্বীখিবা ৱাফমশি', ইচল শখিনা তৌবীখিবা সজেসন ঐ লোয়না খঙজিঙ্গরে। লোয়ননা ৱারেপশিং অসি ইচল শখিনা ইশিনবীগনি।

শখি - হায়বিরকউ। ঐ ইশিন্নবা থৌরাং তৌজরে।

সনাতোম্বী - অহানবদা ইমুংসিদা লৈরিবা নুপী খুদিংমক্লা ঐখোয় পুম্নমক অমত্তনি হায়না খনগদবনি। অনিশুবদা থবক মচাবু ওইরে অচৌববু ওইরে

ঐখোয খক লৌতান্নবোইদবনি। ইশিল্লববা শখি?

শখি - অহোই ইশিঞ্জবে।

সনাতোম্বী - ঐখোয তোঙান তোঙানবা যুম ইখোলশিংদা লৈবা হাযবদুদি হৌজিক হৌজিক খন্নদ যাখিবোই। কদাইদগী পৈশানা হেক্তা যাগদগে। হান্না মাংজৌননা প্লান তৌববা মতুংদা ওইগদবনি। অদুনা মসিমদি দ্রোপ তৌবা তাবে। মবিশুবদা অহাংবা মতম খজিক্তং ফংবদা অমগা অমগা ওন্সিন্নদুনা ব্রাবেম ঙাঙলোইদবনি। অবোইবদা ঐনা হাপচঞ্জিনিংবদি অসিনি, অঙাং মশেল খৎনবা মতমদা কৈদৌঙৈদসু মমা মপানা মচাগী মীচং চংলোইদবনি। অদু ওইববদি কৈদৌঙৈদসু মচাগী ব্রাহৌদগী খৎনবা হাযবদু ওইববোই। অবোইবগী ব্রাবেপ অসি মযাম পুম্নমক্না যাববা নত্ত্রা?

নুপীশিং - যাবে, যাবে।

সনাতোম্বী ব্রাবেপ পুম্নমক ইশিল্লববা শখি।

শখি - অহোই ইশিঞ্জবে।

সনাতোম্বী - অদুদি মথং মনাও নাইনা অমুক্তং পাবকউ।

শখি - অহানবা ব্রাবেপ - ইমুংসিদা লৈবিবা নুপী খুদিংমক্না ঐখোয অমত্তনি খনগদবনি।

অনিশুবা ব্রাবেপ - থবক তৌবদা লৌতান্নবোইদবনি।

অহুমশুবা ব্রাবেপ - কল্লক খম্বনবা অমদি নাপল নুপী খুদিংমক্না থাদোক্কদবনি।

মবিশুবা ব্রাবেপ - অহাংবা মতম খিক্তং ফংবদা ব্রাবেম ঙাঙনবোইদবনি।

মঙাশুবা ব্রাবেপ - অঙাং মশেল খৎনবদা মচাশিংগী মীচং চংনবোইদবনি।

সনাতোম্বী - হাযবিবা ব্রাবেপশিং অসি ঐখোয পুম্নমক্না ঙসিদগী ঙাক্না চৎনবসি।

নুপীশিং চৎনবসি, চৎনবসি।

*******

## লীলাদা য়াওবা মীশিং

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১. | কুমার | - | রিঙ্গো তোংবা মী |
| ২. | শক্তি | - | কুমারগী নুপী |
| ৩. | অমুবা | - | রিঙ্গোবালা |
| ৪. | রাধেসনা | - | মৌনহা অমা |
| ৫. | আশা | - | অমুবগী নুপী |
| ৬. | মোটোরিষ্ট ১ | - | নহা, পাখং। |

# রিক্সো অমসুং ঐ

*(বাজাবগী মী যাম্না চিনবগী খোঞ্জেল তাই। বিক্সোগী হোর্ন খোংই। মতমসিদা কুমাব অমসুং শান্তিনা বিক্সো তোংগদবগী বিক্সো কৌই।)*

কুমাব - বিক্সো, হো বিক্সো .....।

শান্তি - তাবিববো বিক্সো। ঙাইখো -ও।

অমুবা কদাই যৌবিগদবনো?

কুমাব - খন্নাম বাজাব যৌগদবনি।

অমুবা - কাখৎপিবো, কাখৎপিবো।

(হোর্ন খোং খোংদুনা বিক্সোদু থৌবকপগী খোঞ্জেল।)

শন্তি - নখোযগী নচলশিংসে লাইহোবি ঙাক্তনি। নমাগুনি। চপ মান্নে। মখোয পূন্নমক্না ঐবু য়েক্লবগুম্না লৌবি।

কুমাব - কবি তৌববগে মখোয়না?

শান্তি - নঙদি খঙলোই, উবোই, তাবোই। তাববসু তাশন্নবোই, উববসু উশিন্নবোই।

কুমাব - ঐ লৈবিবঁদা ঙাঙন শানবা ওইববদি ঐসু লোইনা তাইনা। কনানা লানবা কনানা চুম্বা ঐ লোইনা খঙইসে। মীশিংসি মানা মানা তৌবনা চুম্মি হাযদুনা লৈনবা ঙাক্তনি। নঙসু নঙনা তৌবনা চুম্মি খল্লি, ঐসু ঐনা তৌবনা চুম্মি খল্লি, ইচলশিংসু অদুমঙাই। মানা মানা তৌবনা চুম্মি খন্নবিবা ঙাক্তনি।

অমুবা - (মথন্ত ঙাঙই) মখোয অনিনা শান্নবিবা ব্রাবীসি ইমুং মনুং ঙংনবগীনি। যুম্বাল পুন্সি নৌবিঙে মৌনা মনেম্বোক অমদি মচলনুপীগা নত্রগা যুমদুদা লৈবিবা মৌ মশেলগী মবক্তা কবিগুম্বা কান্দা ঙংনবকপা হাযবসিদি হৌনশানি। ঐগীসু অসিগুম্বা পুন্সি অমা লৈখি। ঐগী নুপী লৈবম্মী, অপীকপা ইচা অমা লৈবম্মী। ঙসিদি ঐহাক ইথন্তনি লৈবিবা। ভাবা পীবা অপীকপা কা অমদা ঐনা ঐগী পুন্সি লেল্লি। নোংমগী বিক্সো থৌকববগা তাল্লকপা খবা অদুনা ঐগী হিংনবগী লম্বেল ওইবি।

(মতৈ মনাওগী ৱাবীদু অমুক চত্থবকই)।

শান্তি - হৈনদেদা নখোযগী নচিল ননাওশিংসিগী ৱাঙাঙ শঙাঙ তৌথোবক্লিবা নীযম নীতিশিংসি। ভারাদবা, ক্বার্টবসতনা অমা লৈব্রবসিবা।

কুমাব - নুমিৎ খুদিংগী ঙংনদুনতা লৈববদি কদাইদগী শান্তি লৈবদগে। নঙনা পাল্লবদি ক্বাটর্স থিবা তাবেদনা।

অমুবা - (মথন্ত ঙাঙবা) ৱাবী কয়া কযানি ঐনা অসুম্না বিঙ্গো যৌনা যৌনা তাবিবসি। নোংমনা ৱাবী অমা, নোংমনা অমা। মীসু মখল মখলনি থেংনবিবা। ৱাবী ৱাতায শুকশা শান্নদবা মতৈ মনাওসু থেংনদবা নত্তে। নোংমদি ৱা য়াম্না ঙাংগনবী নুপী অমা তোংলকখি। হেক তোংলকপদগী মযুম হেক যৌবফাওবা পংঙাঙদা ঙাঙই। মৌনহানি। মশকসু নুংশি।

(অতেনবা ম্যুজিক-ফ্লাসবেক)

বাধেসনা - (লম্বীদা গাডীশিং চৎপগী খোঞ্জেল মবক্তা) ইবুংঙোবু কদাযদগীনো?

অমুবা - ঐদি ইম্ফালদগী নত্তে। ইম্ফালদগী যাম্না লাপথ্রবা মফম অমদগীনি।

বাধেসনা - মীংবু কবি কৌবগে?

অমুবা - অমুবা।

বাধেসনা - কবি? অমুবা হাযবা।

অমুবা - উম।

বাধেসনা - যাম্না নুংশিবা মীংনিনে। নুপীদি থিববা?

অমুবা - (মথন্ত তুমিন্না ঙাঙবা) নুপীসি লাযদেসে। মচিন মখা ওন্থোক্লা যাংখ্রে। খোঞ্জেলনা নুংশিবিবা। মহাক্লা ঐঙোন্দা থাবক্লিবা খোল অসি মখা থাবা অঙাং অমদা থাগদবা খোলনি। অদুবু নুপী অসি অদুক হাক্লা ঐঙোন্দগী হল্লমগদবা মান্দে। ইখাগী অঙাং ওইগনি। বিঙ্গো কাখৎলমদাযদা উখিবা মহাক্কি শক্তমদু তনৌ তনৌই। (নুপীদুদা ওনশিন্দুনা) কবিগীনো ৱাহংদু হংলিবদি?

বাধেসনা চুম্না সুম খঙনিংদুনা তৌবনিদা।

অমুবা - হান্না থিবম্মী। হৌজিক্তি ইথন্ত ঙাইবে।

বাধেসনা - ইচাদি লৈববা?

অমুবা - মতম'মদা লৈবম্মী। হৌজিক্তি কনাসু লৈতবে। ইচাসু, নুপীসু।

রাধেসনা - কবম্না লৈরম্বনো? করম্না লৈখিদবনো?

অমুবা - (মথন্ত তুমিন্না ঙাঙবা) ওহ্লোকপা ব্রাহংনি। অসুক কুইনা রিক্সো থৌরকপা অসিদা মহাককুম্না মী অমুক্তা থেংনদ্রি। পুল্সিসি জাৎ জাৎনি। কুইনা হিংলবদি মীসি মখল মখল থেংনবজাৎনি। (নুপীদুদা ওনশিন্দুনা) ব্রারীসি কোন্না লীরগেদা। য়াম্না শাংবা ব্রারীনি।

রাধেসনা - কোন্না হায়দি? ঐখোয়নিবু অমুক উন্নখিদোইরো হায়বিসিবো?

অমুবা - করিগী উন্নদনি। ঐহাক্তি নুংতিগী লম্বীসিদা হঙ্গৎ হন্দা চৎলিবসিদি।

রাধেসনা - লম্বীসিদা চৎলিসিদি বিক্সোগী রিক্সো ঙাক্তনি। ঐনা নঙবু করমহাযনা শক খঙগদৌরিবা? ব্রারী শান্নরিবনি হাযদুনা তৌরিবসিসু নশক ইশক উনবা নত্তে। ঐনা ঙাঙলিবা ব্রাসি নঙগী লুখমদনি।

অমুবা - নহাক্কী য়ুমদি কদাইদনো? মীংনা করি কৌবা?

বাধেসনা - ঐগী য়ুমদি য়ৌদৌবে। ঐনা খাম্মু হায়বকপা মপাদুদা ঐগী য়ুম লৈববনি।

অমুবা - মীংদি?

বধেসনা - বাধেসনা।

অমুবা - য়াম্না ফজবা মীংনি।

বাধেসনা - নঙগীসু ফজে।

অমুবা - অঙাংদি কযা লৈরবা?

বাধেসনা - অঙাং লৈত্রিদা।

অমুবা - লৈননবা তৌদরো?

বধেসনা - অদুতাইযে। (নুপীদু য়াম্না থব্রায় তানা খোঞ্জেল হৌনা নোক্লকই)।

**(ফ্লাসবেক লোইশিনবগী অতেনবা ম্যুজিক)**

শান্তি - অযুক ঙন্তা হৌগৎলগা ঐনা শুমাংদু ব্রাই থোকচবন্নবনি। ফজদে হার্যবিববা কবি হাযবিবনো ভাব তাদে। নঙগী নমা নুংশিবীদুনা ঐনা তৈবম্বদুগী মথক্তা অমুক হন্না তৈশল্লিবনি। ব্রাদি মচেৎ অমত্তা ঙাঙদে। তঞ্জেদা মবুক্তা ব্রা ঙাঙবা মীসি ঐদি হৈন্দে।

অমুবা - (মথন্ত ঙাঙবা) মৌগা মনেমবোক্কা যানদবা, মুকুবা খৎন-চৈনবা অসি

ইমুং অযাম্বদা থোকই। য়াম্না নুংশিননা পানবসু লৈতবদি নত্তে, খবা তাংবগী ৱানি।

কুমাব - নঙনা তৈবিবা ৱাইদু মচু তাবল্ল বোই। অদুননি।

শান্তি - নঙদি ৱাঙাঙ খুদিং নমাগী মীচংত চংদুনা লৈগনি। ঐগী ময়োক্তদা লেপকনি। ঐসি কযা নুংশিদবা জাৎনি।

অমুবা - (মথক্ত ঙাঙবা) ঐগী নুপীসুনি। নোংমা ঐঙোন্দা অসুম্না হায়খি। নুপী ওইবগী হৌনশানি। নুপানা মাগী মীচংদা লেপ্লিদ্রবদি মপূক্লিং নুংশিবা জাৎনি। তুশোন্নবী হৌনশা মহাক কপখি। মহাক্কী শম্লাংসিং নিংথিজনা খোমজিনবীদুনা, মপীদু তৈথোকপীদুনা কপ্পা তোক্লনবা থেমজিনখি। ঐনা থেমজিনৱাহে হাযখি।

- "নতৌ যেংনিংদুনা তৌবনে। ইমাদগী নঙনা হেন্না নুংশি"। মহাক কপ্পা তোকখি। ঐগী নুপীগা ৱাঙাং মান্নবী ঐগী বিক্সোদা তোংলিবী শকখঙদবী নুপী অসিদি কপ্তে। অদুম ওইনমক মহাক শাওনিংলে হাযবসি মহাক্কী ৱাঙাঙসিনা তাকই।

শান্তি - নখোযগী যুমদুদা ঐ সুকলৈ লৈজনিংদ্রে। কদাইদনো অমা চৎচগ্রগে। নঙনা পাম্বা, নঙগা মোৎ চান্নবা নুপী অমা থিজহৌবো। বিক্সো, খাম্মু। ঐ কুমথহৌবগে।

কুমাব - নুমিদাং ওইববা মতমসিদা অমম্বদা কদাইদনো নঙনা চৎকদৌবিবা (শান্তিনা বিক্সোদগী চোংথগে তৌবা, মপুবোইবনা খাম্বা, লাক্ল ফানবগী খোঞ্জেল)

শান্তি - কুমথগেসে, ঐ কুমগে।

কুমাব - ইকাইদবো মীগী মমাংদা। যুমদা ওইববদি খবা ফৈ, লম্বীসিদা ......। য়াবে, বিক্সো ....! থৌবো।

অমুবা - থৌবগে থৌবগে। (মথক্ত ঙাঙই) নুপী ওইবীশিংগী মচিং অসিসু অঙকপা অমনি। ঐগী বিক্সোদা মপুবোযবগা তোংমিন্নবিবী নুপী অসিনা শাওনিংলকপা মীৎকুপ্তা বিক্সোদগী চোংথগদবগী তৌবি। মখোয়না নীংলক্লবদি মফম মতম নাইদে, তৌবা ঙমদবা লৈতে। অসিগুম্বা নুপীগী মীহুল অসি ঐহাক খঙলে। নোংমা ঐগী নুপীসু অথেংবা অহিং অমদা মপোৎ মচৈ য়োমদুনা, অপীকপা ইচাদু পোশন্দুনা মপামদা চৎকনি হায়দুনা থোঙ্গাল লান্না চৎলুববনি। ঐনা তান্নদুনা ফাবমদ্রবদি অথেংবা অহিংদুদা

মহাক মপাম তান্না চৎলমগনি। অঙাং য়াওদ্রিবঁদে মতমদুদা ঐখোয় অনি কযাদা নুংশিননা লৈমিন্নরম্বা...।

**(ফ্লাসবেক ম্যুজিক)**

অমুবা - ঐ থবক চৎলগে, মতমসে য়াম্না থেংলে।

আশা - তোক-ও, নঙগী থবক্কু চৎলুবনু।

অমুবা - কবিগী? থবক চত্রবদি কবমহায়না তৌদোইবা? ঐসে নঙগী ননাক্তগী শুকহেন হেন্দোকহন্নিংদববা?

আশা - হেন্দোকহন্নিংদে।

অমুবা - অদুবুদি ঐসুনি। নঙগী ননাক্তগী শুকচৎ চৎথোকনিংদে।

**(ফ্লাসবেক লোইশিনবগী ম্যুজিক)**

অমুবা - ঐনা নোংমফাদোক থেংনা হল্লকপদা মহাক্না ব্রাবৌবা মতৌদু যেংবা নুংঙাই। ঐহাক এদেদ স্কুল অমদা ওজা ওইবম্মী। তলবতি পীশক পীকই। থাদা লু: চনি চনি থক ফংলম্মী। মদুনা ইমুং মনুং পুবদি ঙম্বা নত্তে। অযুক অযুক্তা অঙাং খবা খোমজিন্দুনা লাইবিক তাকপি। মদুদগী লাকপা ইনকম অদুনা ইমুং মনুংগী অৱাৎ অপা মৈন্নে। মহাক্না শাওদনবা ঐহাক নুমিৎ খুদিংগী মতম চানা যুমদা হজিন্নবা হোৎনৈ। কবিগুম্বা মতমদা ঐনা যুমদা হজিনবদা মহাক্না কদাযদনো অমা লোৎতুনা লৈবম্বদু।

**(নীংশিংলকপগী ম্যুজিক)**

অমুবা - আশা, আশা, আশা .........। কদায়দা চৎপ্রবজাৎনো। হো তোম্বী, ননম্মা উববা? কনা অমত্তা লৈবা উদেনে।

আশা (খংহনবগী মতৌনি) ধং

অমুবা - (খংপ্রেক খংই) হা, কনানো? নঙ ওইবে।

**(ফ্লাসবেক লোইবগী ম্যুজিক)**

অমুবা - মহাক্না ঐবু খংহনবসি অমুক্ত নৎতে। নোংমদি ঐহাক য়াম্না থীনা খংখি। মতমদু নুমিদাংনি, ঐনা হুঞ্জিল্লকপা মতমদা মহাক লৈবমদে। ঙাইহাক পোখাগে হায়দুনা ফমুংদা হিপ্লিঙৈদা ফক্লাংলোম থংবা কাংথোলগী নাকন্দা কাঙখবোমদগী নুপীগী খুৎ অমা থিনগৎলক্কুনা খুৎশাশিংদু মবেং মবেং চৎলকখি।

**(নীংশিংলকপগী ম্যুজিক)**

অমুবা - (খংপ্রেক কংনা) ইমা! ......... কনানো?

আশা - হা হা হা (মথ্বায তানা নোকই)

অমুবা - অস ঐদি পাখৎতুনা হুমাং অনপ্পী কাংলুবেদনা। (শাওনিংনা) অদুগুম্বদু ঐনা তৌগনু হাযদ্রা। মতুং মনাও অদুগুম্বা কিহন খংহনবগী থবক্তু অমুক তৌগনু।

**(ফ্লাসবেক লোইবগী ম্যুজিক)**

অমুবা - মা- ঐ লৈমিন্নবা চহী অমা মপুং ফাখি। অনীশুবা চহীদুদা ইচানুপী অমা ফংখি। অঙাং অদু নোংমা নোংমগী চাওখৎলক্কুনা ঐখোয়'নিগী মীৎমাংদা চেন চোংদুনা শান্নখি। মহাক্কী মতৌ যেংবদদা কুম্মৈ অমা ওইখি। জগোয শাও হাযদুনা চীন্না তান থাবদা মহাক্না জগোয হেক হেক শাবদু নুঙাইখ্রবা কুম্মৈনি।

**(নীংশিংলকপগী ম্যুজিক)**

অমুবা - জগোয শাবো, জগোয শাবো। জিককা জিকুম, জিকুম জিকুম (মচিন্না তান থাবগী মওংনি।)

**(অতেনবা ম্যুজিক)**

অমুবা - শিংবসু ওম্থোক্না শিংগ্রে। হৌজিক কালগী অঙাংশিং অসি অযাম্বনা শিংই। থাযনগী অঙাংগা মান্নদ্রে। মতম্না পুবকপা খুদোল ওইবা তাই। ঐখোযনা অঙাং ওইবিঙৈদা হৌজিককালগী অঙাংগুম্না শিংলমগনি হায়বা থাজদে।

আশা কয়া শাগৎচখি। মঙলান কয়া মঙজখি। ইচাবু মতিক চাবা মী ওইহনগনি। মতিক চাবা মী অমা ওইহল্লবা মতমদা মতিকচাবা বব অমা থিবিদুনা লুহোংবীগনি। অদুবু অব্রাবনি লাইববদা লাই চংই হাযবর্দুনি। ঐগী নুপীদা ইথা থাজদনা কেন্সব হাযবা লায়নাদু চঙলকখি। ঐনা বাত্ত পাদবা মী অমা ওইবল্লর্বদি যেক্লবা অসিগী মখুৎতগী ঐগী নুপীবু মুন্দুনা পুবক্লমগনি। ঐগী পুন্সিগী অব্রাবা চহী অমনি। চহী অদুমক্তদা ঐগী ইমা অদুগা ঐগী অপিকপা ইচানুপী থংন-থংননা চৎখি। ইমাদু অহল ওইবকপগী লাযনানা নাবক্তুনা লৈখিদে অদুগা অপিকপা ইচানুপী অদুনা নোংমা লাইবক থীবা নুমিৎ অমদা ঐখোযগী ইঙ্খোল মতোন্দা লৈবা পুথ্রি অদুদা তাশিন্দুনা লৈখিদে।

(অতেনবা ম্যুজিক)

ঐগী বিক্সোদা তোংলিবী শকখঙদবী নুপী অসি ব্রা যাম্না ঙাঙগল্লি। অদুগা নুপা অসিদি খবা ঙাঙগন্দে। মখোযগী ব্রাবীসি ইমুং মনুং অর্মদি লনাইগী ব্রাবী শান্নবত নত্তুনা লৈবাক্কী ব্রাবীসু শান্নে।

শান্তি - ঙসিগী মনিপুবী খুনাই অসিদা নুপীশিং অসিগী থাক অসুক যাম্না নেল্লিবসি কবিগীনো? নুপাশিংনা নুপীবু হস্থনা যেংবীবে। নৌনা লাক্লিবা মৌ অমদা যুমগী মী পুম্নমক্কা মহাকপু অবৈবা মীনাই অমগুম যেংবি। কোল লিক ফেংবা, ব্রাই-বম তৈবা, চাক ঈশিং থোংবা পুম্নমক মৌ অনৌবীদা তৌহল্লি। অসিগুম্বসি খবা শেমদোকপা ফবনি। অমবোমদা নুপাশিংনা নুপীবু সেক্স ওবজেক্ট ওইনা লৌই। নুপী কযা নমজা নমথেক্লদুনা মাংহল্লি। নুপীশিংনা ঐখোযদি পাঙ্গল শোনবীনি হাযদুনা খন্দোক্তুনা লৈথোকপা যাদ্রবনি। নত্রবদি নুপীগী থাক অসি নোংমা নোংমগী হস্থবকলগনি। ঐনা ইমান্নবীশিংদা হাযবিবনি নুপী ঐখোয শোম্থনা লৈগুমসি, নুপীগী বাইট নুপী ঐখোযনা তান্দনা নুপাশিংনা খক তাল্লক্কদবা লৈতে।

কুমাব নখোযনা যাম্না লাওবিবা "নুপানা নুপী নমথবীবে" হাযবিবসিবু কদাযদা নমথবিবনো? নমথদেনা। মনিপুবী নুপী শোথবে হাযবিবসিবু কদাযদা শোথবিবনো। হিবম খুদিংমক্তা নুপীনা থাক ব্রাংখৎনা লৈবিবসিদি। স্পোর্টসতা নুপীনা মাংজিল থাবি। নুপীবু নমথবিববদি কদাযদগী মনিপুবী নুপীশিংনা মাংজিল থাবা ঙমগদৌবিবনো? মনিপুবী নুপীনা ইকোনোমিক ফ্রিদম ফংলি। মনিং তম্না পৈশা তাল্লি। মনিপুবগী নুপী কৈথেল পৃথিবীদা

মমিং চৎলিবনি। ওফিসকী থবকশিংদসু নুপীনা অচৌ অচৌবা ফম পায়বা য়াওবি। মহৈরোইশিং যেংলুগসু লাইরিক ফবা নুপীনা হেল্লি। মপাশিংনা মচানুপীশিংবু ইমুংদতা লৈহনবা তৌদে। মনিপুরগী মপান্দা অরাপ অরাপ্পা লমশিংদা থাদোক্তুনা লাইরিক তমহল্লি। নুপীনা চাকথুমদতা লৈ হায়না কনানা হায়রিবনো। নুপা কয়ানা নুপীগী মতেং পাংদুনা চাক থোংলিবনি। হৌজিক্তি নুপীবু নমথবা য়াওরবসু নমথবা ঙম্নরোই। নুপীদা শক্তি পীননবা হায়দুনা মনিপুরদা ৱিমিন্স কমিসন লীংখ্রেদনা।

শান্তি - চুম্মিনে অদুবুদি। হিরম কয়াদা নুপীগী থাক হাইগৎলক্লে। অদুবু রাজনিতিদদি য়াম্না শোত্থরি। মসি করম্বা অশোইবদগীনো হায়বদু থিগৎপা ফবনি।

অমুবা - (মথন্ত ঙাঙবা) মখোয় অনিনা নৈনরিবা প্রোগ্রেম অসি তাবা য়াম্না নুংঙাইবি। চহী অমা অনিগী মমাংদা "ভাইওলেন্স এগেন্সট ৱুমেন ইন মনিপুর" হায়বা হীরমদা সেমিনার অমা তৌখি। সেমিনার অদুদা মচিন চৎপী নুপী অমনা কী নোট এড্রেস পীবদা ঙাঙখিবদু ঐ নীংশিংলি।

**(অতেনবা ম্যুজিক)**

নুপী অমা - (আশাগী খোঞ্জেল) - মনিপুরগী নুপী লাইরিক হৈবী য়ামলে, তলব চাবা, ওফিস কাবা নুপী মশিং য়ামলে। নুপীনা চংদবা থবক লৈত্রে। অসিদবু করিগী নুপী খরনা পেন্দবগী খোল্লাও লাওফম থোকপগে? অদুবু নাকল অমরোমদদি সমাজসিনা নুপীবু তাথী তাওইনা তৌবা, নমজা নমথেক্লবা, কিদনেপীং, চাইলদ এব্যুজ, ফিজিকেল টোরচর, সেক্সুয়েল এব্যুজ, রেপ, মরদরনচিংবা নোংমা নোংমগী হেঙ্গৎলক্লি।

**(অতেনবা ম্যুজিক)**

অমুবা - ঐগী রিক্সো অসি সলাম লৈকাই মপা য়ৌশিল্লক্লে। সলাম লৈকাই মচিনগী লাই হরাওবগী মীয়াম তিল্লিবসিনা লম্বী অসি চিলহল্লি। হৌন খোংজিনগে। (পেৎ পেৎ খোংই। লাই হরাওবগী ম্যুজিক খোংলকপা তাই। মাইবীশিংনা অৱাই অখুম তৌদুনা লাউবগী মখোলসু তাই)। শগোলবন্দ লম্বীসিদা ঐনা হঙ্গৎ হন্দা চৎপদা থেংনবা লাই হরাওফম জগাসি য়ামখ্রে। সলাম লৈকাই

মচিন্দা অমা লৈবে, মোইবাং লৈবক মচিন্দা অমা, থাঙ্গপাৎ মপালদা অমা, কেবোল হাযঙ্কুলগী গেস্তা অমা, লৈবক মনুং খজিক্তং চংশিল্লগা অমুদোন অখাম লৈবক্কী লাই হবা ওফম, খয়াম বাজাবদগী খজিক্তং চখবগা ইবুধৌ মোহবাং হনুবা লৈবে। নুপী মযাম পবেং চত্তুনা চালি শাবিবসে কযাদা নীংথিজবিবা। (লাই হবাওবগী ম্যুজিক খবা খবা নেমথবকই)। ঐসি অঙাং ওইবিঙৈদা লাই হবা ওবদা থৱায যাম্না যাওবকই। পীক্লিঙৈদা ইপাং কনা যাওদনা ইথস্ত চত্তুনা জগোয যেংলুবদা যূমদা অঙাং মাংগ্রে হাযদুনা কোইথি থিনবল্লিবনি। ইনখৎলকপা মতমদসু অদুমঙাই লাই হাবাওবগী ধন নত্রগা ধলক যৈবকপা মতম, কবুই জগোয় শাবগী পুংখোল, থোইবী জগোয শাবগী ম্যুজিক হাযবিবা মযামসিগী খোঞ্জেলনা ঐগী থৱাযবু কৌথোক্তুনা হেক্তা চৎলম্মী। ইশা খঙজদনা লাই হবাওফমদা হেক্তা লৈবম্মী। ঈশৈদুম শক্তোক্কে। (ঈশৈ ঙংই)

চেক্লা পাইখববনা

পোম্বী হঞ্জিল্লকপদা

চেক্লাগী কাযদোংফম খঙদবনা

পোম্বী ককঙাওনবেদা

শাবী ইনেম -মচা

পাম্মুবী.. .......

শান্তি - ঈশৈ শকপা যাম্না হৈবিবজাৎনিদনা। কলাকাব ওইগদবা মীনা বিক্লো থৌদুনা লৈবেদনা।

অমুবা - হৈবজাৎ নত্তেদা। চুম্না সুম ঙংলিবা হাযদুনি। (মথস্ত ঙাঙই) ইকাইজবেদা কদাযদগী ঙংলুবিবনো। মতাং মতম চাদ্রবজাৎলা, মীনা ঐবু অঙাওবগুম খল্লমগদ্রা? বিক্লোগী চাকা ওংনা ওংনা ঐগী ৱাখলগী চাকাসু কন্না উংলি। নোংমা ঐগী বিক্লোদা তোংলকপদগী শকখঙনখিবী বাধেসনাদু লম্বীদা থেংনকই। মহাক মশক চঙখোল্লি, বাশি লৈ। বাজাব মনুংগী হোটেল অমদা চা থক্কে হাযদুনা চংলুবদা মা ঐ থংননা ফল্লম্বনি।

(ফ্লাসবেক ম্যুজিক)

অমুবা - নঙবু বাধেসনা নত্রো? নোংমা ঐগী বিক্লোদা তোংখিবী। তেবা যেংখোম লৈবক্তগী?

বধেসনা - ও, ঐবু খঙলিববো?

অমুবা - উম।

বাধেসনা - অদুদি নহাক - অমুবা?

অমুবা - হোইনে, মানিনে।

বাধেসনা - হৈমা, নঙ ঐবু কাওদ্রি'জাৎ ওইবে (শুমহৎপী মীনোক নোকই)

**(ফ্লাসবেক ম্যুজিক)**

অমুবা - মহাক্কী শুমহৎপী মীনোক্তা উৎলকখিবা যাতোনশিংদু অসুক্কী মতিক ফজে। যাশিং অদুনা ঐবু ঙাইহাক্তি পুমঙাও ঙাওহল্লি। মহাক্কা নকশিন্ননিংবা, কুইনা ৱাবী ৱাতায শান্ননিংবগী ৱাখল পোক্লকখি। ফগিকসু তৌমিন্নদুনা ঙাইহাকসু থৱায় তানা নোকমিন্ননিংই। অদুবু ঐদি বিক্লো থৌব ন। হৌজিক্কী মতমদা মীযাম্না বিক্লো থৌবা মী অমদা যেংলিবা হক্তুবা মীৎযেং অদু মহাক্কী মফমদসু লৈবক্না যাই খল্লুই অদুবু মহাক্লা ঙাঙথোক শক্তোবকপা ৱাহৈ ৱাতাশিংদদি মদুগী মমি অমত্তা তাদে। মানা ঐবু মাগা থাক মান্নবা মী অমগুম্না লৌই হাযবগী ইঙ্গিৎ ফংই মহাক কবম্না মীওইনো, কবি থবক তৌবনো হায়বদুদি খঙখিদে। ঐনা হংলুই।

**(ফ্লাসবেক ম্যুজিক)**

অমুবা - কবি থবক তৌবগে?

বাধেসনা - টিকেট যোল্লি সিনেমাগী। লম্বীদা লাকপা মী ফাবনা ঐগী ইথৌনি।

অমুবা - নুপাদি কবি থবক তৌই? অঙাং কযা লৈবে?

বাধেসনা - নুপা খায়নম্রে। অঙাং লৈত্রি।

অমুবা - কবম্না খায়নবিবনো? হনজিন্নবগী ৱাখল লৈত্রববা?

বাধেসনা - মাগা ঐগা অমুক হঞ্জিন্নবগী ৱাখল লৈত্রে। মহাক্লা অতোপ্পা নুপী অমা ইমুংদুদা পুশল্লকখিবা নুমিৎতুদগী মা ঐগী অবোইবা পুন্সিগী পন্দুপনি।

অমুবা - কবিগী অবোইবা পন্দুপ ওইহল্লিবনো? অহলগা অতোম্বীগা লৈমিন্নবা মী পীকথন্না লৈবিবসিদি।

রাধেসনা - মানা ঐবু পান্নক্তদুনা চথরক্লিবা থবক অদুদা ঐনা অসুম্মক খাংদুনা লৌখিগদরা?

**(অতেনবা ম্যুজিক)**

অমুবা - (মথন্ত ঙাঙবা) মহাক নাম্মা হাংবা মী অমা ওইবে হাযদুনা তৌরিবরা ঐগী লমহেল্লবা পুক্লিংনা মাগী থম্মোয় লমপাক্কুদা চেন চোংদুনা ঙাইহাক শান্ননিংলকখি। মতৌ য়েংগে খন্দুনা হায়কই।

**(অতেনবা ম্যুজিক)**

অমুবা - নঙনা সিনেমা টিকেট যোল্লবনিনা ঐসু সিনেমা অমত্তংদি য়েংগেদনা, নঙোন দগী টিকেট লৌরগা।

বাধেসনা - কৈদৌঙৈ য়েংগে হায়রিনো?

অমুবা - ঙসি হেক্তা।

বাধেসনা - নখোয়' ইবেম্মদি য়াওরোইদরো?

অমুবা - নহাক্লা ঐগী রিক্সোদা তোংলকপা নুমিত্তা শান্নখিবা ৱারীদু নীংশিংলিদনা। ঐদি ইথন্তনি, নুপীসু লৈখিদ্রে, অঙাংসু লৈখিদ্রে হায়খিদরো?

বাধেসনা - উম হাযখিনে। ঐনদি হংখিদবরা "করম্না লৈরম্বগে, করম্না লৈখিদবনো?

অমুবা - উম হংখি। ৱারীদু কোন্না লীবগে হায়খি।

বাধেসনা - ৱারীদু ঙসি লীরোদনা।

**(ফ্লাসবেক ম্যুজিক)**

অমুবা - অনৌবা মরুপ অমা থেংনরে খন্দুনা ঐগী পুক্লিং মকা লামখি। মীৎকুপ্তুদা পুক্সিগী অৱা নুংঙাইগী ৱাবী কয়া লীদুনা তাহনখি। ঐগী ৱারীদু মহাকসু মুন্না তাখি। হোটেলদগী থোরক্লগা সিনেমা য়েংমিন্নে অসুম্না ইখৎ খৎহৌদনা মা ঐ নকশিন্নখি, অৱা নুংঙাইগী ৱারী কয়া শান্নদুনা সিনেমা যেংমিন্নখি। সিনেমা য়েংলিবনি হায়দুমঙাই কবি সিনেমানো, ৱারী কবমহায়না তৌবনো হায়না কনাগুম্বনা হংলক্লবদি ঐনা করি হায়না খুমগদৌরিবনো? অঙকপা পোকই, ইমাংদা লৈবিবা স্ক্রন অদুদা মমিশিংনা লেংলি, ৱা ঙাঙলি হাযবদি

খঙই। হেবো অদুনা নত্রগা হিবোইন অদুনা কবি তৌথ্রবগে হাযবদি অমত্তসু নীংশিংদ্রে। ফিল্ম অদুগী মমিং ফাওবা হাযবা ঙমদ্রে। মীৎয়েংনা সিনেমাগী ঋন্দা লৈববসু পুক্লিং অসিনদি অথাপ্পদা লৈব অচীকপা লৈকোল অমদা মা ঐ ফজবা ফিজোল শেত্তুন সেন চোংদুনা শান্নকই। ঈশিং চাইবী মখাদা চংলুই, ঈশৈ শক্লুই, ডনগী চি মাযদা স্কেটস থৌদুনা শান্নকই, অতিযাদা স্কাইবাইদব তোংমিন্নকই, পাৎতা মোটোববোৎ তোংমিন্নকই, চীলদ্রেন পার্কতা চঙদুনা পীক্লিবা অঙাংগুম থৌবী হাইবী শান্নকই। নুমিৎ অদুগী মতুংদা মাবু উন্নববা যেংগে হাযদুনা প্রতাপ টোকিজগী মমাংদা চঙলুই। কালাবাজাব তৌবী নুপী মযাম লৈবন্মী। মহাক যাওববা যেংই। যাওদে। মথংগী নুমিৎ অমদসু অদুগা মথংদসু অদুমঙাই অসুম্মক লৈবমদে। নোংমদি মহাক ইথা থাজদনা থেংনৈ। ঐনা কৌকই মী চিল্লবা কৈথেলগী মফম অমদা।

(নীংশিংবগী ম্যুজিক)

অমুবা - (কৈথেল মনুংগী মী লাংবগী খোঞ্জেল তাই) (মথন্ত ঙাঙই) মসিদা চৎলিবসিবু বাধেসনা নত্তবনে। মানি। বাধেসনানি। (ওনশিন্দুনা কৌই) বাধেসনা, নহানমখৈ উদেনা, নাকুববৰা?

অমুবা - খুল্লক্কেনা। তশেংনা তাদদুনা তৌবিববা নত্রগা তাশিন্নদ্রিবব' মহাক নুপা অমখক্কা চৎমিন্নবি। কদাইদা চৎলিবনো মতুং ইন্নদুনা যেংগে। (মোটোবসাইকল অমা ষ্টার্ট তৌবা, থৌখিবগী খোঞ্জেল তাই।) নুপা অসিগী মোটোব সাইকল মনিংদা নপখ্রে।

(ফ্লাসবেক ম্যুজিক)

অমুবা - নোংমা অমসু কুচু মুবং তৌবা নুপা অমখক্কী স্কুটব মনিংদা নপ্তুনা চৎখি। মহাক তশেংনা টিকেট যোনবী ওইনা লৈবগী মওং মান্দে। মহাক্লা হোল মমাংদা চাবস্থসি ঙাইহাক ঙাইহাক্কী ওইনা তৌই। অদুদি মহাক্কী কাববাব অসি কবিনো? মহাক সেক্স ব্রার্কব অমবা? মনিপুবদদি অফোঙবা সেক্স ব্রার্কব লৈতে বেদ লাইট এবিযা লৈতে হাযবদুমঙাই এদস লাযনাগী মবমদা থিজিনবা মীওইশিংনা পীবিবা বেকোর্দশিং যেংলর্বাদ অঙকপনি "ফেক্ট

ই" ষ্ট্রেনজর দেন ফিক্সন" হায়বদুনি। ইকুই কুইদ্রিঙৈগী মমাংদা লনাই লুপ অমনা হোটেল অমা ওক্তবা ওক্তবী খবনা চংজফম লৌবম্বগীদমক হোটেল অদু হাংবা যাবোই হায়বগী পাউ খববদা হাপ্লখ্রবনি। মহাকসি সেক্স রার্কব অমবা হায়না চীংনরিঙৈ মবক্তা য়ু থক‍া অমসুনি হায়বসি খঙলকখি। নোংমা নুমিদাং য়ু থকফম অমদা।

(ফ্লাসবেক ম্যুজিক)

অমুবা - মসিগী য়ু য়োনফম হোটেলসি অতৈগা মান্নদেসে। মীনা কয়া খঙনদবা, অবোনবা কা ওইনসু তৌবা মফমনি। মীনা কয়া খঙনদবা অবোনবা হোটেল ওহবনবা নুপী খরসু ফমদুনা য়ু থকপা য়াওবিনে। নৌনা চংলকলিবী নুপীসি কনানো? রাধেসনানিনে। (ওনশিন্দুনা কৌই)

- বাধেসনা।

বাধেসনা অমুবা। নঙবু য়ু থকপবো? (হোটেল মপুদা) মেনেজব, হিদাক তঙ্খায় অমা পীবকউ, য়েন অঙৌবগা। ঐ য়াম্না নুংঙাইরে মহাজন। নঙগা হনমিন্নদ্রবসু য়ারে। ঐগী খোঙলোই থেংনরে। (অতেনবা ম্যুজিক) সে, য়ুসি হৈবক্কে থকসি।

অমুবা - নঙ থকউ, ঐদি হান্ননা থক্লবনি। (মথন্ত ঙাঙই) পুল্সিদা নুপীনা য়ু থকপা থেংনবসি ঙসিনা অহানবনি। মমাংদা অসুম্না কনাগুম্বী নুপী অমত্তগা য়ু থকমিন্নখিদ্রি। (রধেসনাদা ওনশিন্দুনা) কবিগীনো য়ু থক্লিবদি?

বধেসনা - (নোকই) হা হা হা .....। নহাক্তি করিগী থক্লিবা?

(ফ্লাসবেক লোইশিনবগী ম্যুজিক)

(মোটোরসাইকল অমা ব্রং লাউনা থৌজিল্লকপা, রিক্সোগী ব্রেক খংফা ফাবগী গদ্রক গদ্রক লাউবা মখোল তাই। মোটোবসাইকল তুখিবগী মখোল তাই।)

অমুবা - হোবোনসু খোঙলক্তে, খংহাই হেক্তা হাইজিল্লকই। ইলেকট্রিক পোষ্ট অসিদা যৈশিন্দুনা মথন্তা তুজবেদো। মখোঙ' সিসু শোক্লমাল্লে।

মীযাম - কৈদৌবে কৈদৌবে।

মীযাম - শোক্লববা?

মীযাম - হৌগৎপীযু, হৌগৎপীযু।

মীযাম - কবমহায়না তৌবিবনো, কনানা লাল্লিবনো?

মীযাম - মোটোবসাইকলদু হৌগৎপীযু

অমুবা - কৈসু থোইদোকপা তৌদ্রে। ঐগী বিক্সোসি থৌনবা তৌবগে

মীযাম - থৌবো থৌবো। কবিসু থোইদোকপা তৌদ্রে। থীনা শোকপা নত্তেদা।

মোটোবিষ্ট - (শাওনা লাওবকপা) ঙাইখো বিক্সো, চৎখিবা য়াবোই। নঙনা থেংজিল্লকপদগীনি এক্সিদেন্ট থোক্লিবসি।

অমুবা - ঐনা থেংজিনগে হায়দুনা থেংজিনবদি নত্তেদনা, নঙনা হোবন পীদনা খংহাই হাইজিল্লকপা অদুদা ব্রেক ফাবা নংহৌদদুনা তৌবিবনি।

মোটোবিষ্ট - অদু অদা খঙদে, ঐগী গাডীদা খেৎখিবা অদুনা মবম ওইদুনা বং কোক্লে। মসি অমুক তৈশিনবদা পৈশা চংগদৌবিবনি। অদুনা লুপা চাম্মা পীবমদনা চৎপা যাবোই।

মীযাম - পীহল্লু পীহল্লু।

- বিক্সো থৌবিবনি হাযদুনা - হৈববা হৈতববা।

অমুবা - (মথন্ত ঙাঙবা) বিক্সো থৌবা হাযবসিতবু মীযাম্না উশিৎপীদে নুংশিবীদে। লাল্লবসু চুল্লবসু বিক্সো থৌবা মীগী মীচং কনাসু চংবীনিংদে। মমাংদসু থৌদোক কযা থোকখ্রে। বিক্সোবালাশিংদা তাথী তাওইনা তৌবিবগী, তথী তথী চৈবিবগী। হে হা শীজিন্নবগী খোন্দা অসি ঐঙোন্দগী ইথা থাবা নহা অসিনসু থাবক্লি। (মোটোবিষ্ট অদুদা ওনশিন্দুনা) ইবুংঙো ফজনা ঙাঙনসি। শা-ষনদা লাউবদৌনা লাউহৎলক্কনু।

শান্তি - ইবুংঙো ঐখোয় খঙই, উহৌই। নঙনা খংহাই হাইজিল্লক্কুনা এক্সিদেন্ট অসি থোক্লিবনি। কান্নদেসে ব্রা মখা শাংথবনু।

মোটোবিষ্ট - হুম, বিক্সো থৌবগী মীচংদগসু চংজবা শাবিযে। শাক্তামনা ইথী থীবদনা। (মোটোব থৌখিবগী মখোল)

কুমাব - অঙকপা অঙাংনি। মানা অচুম্বা শাগদবগী হেক্ত ওনখৎপা ঙমইনে। লম্বী চৎপা মীশিং অসিসু উহৌববা উহৌদববা খঙদে, অচুম অবানদি থিদনা মোটোবিষ্ট অসিগী মতেং হেক্ত পাংশিল্লি।

অমুবা - অসিনি তৌবিবসে, মীযাম্না বিক্সো থৌবা মীশিংসি উশিৎপীদবনি। বিক্সোনা

চুম্লবসু চুম্মী হায়নিংদবনি। ঐগী পুক্নিদা অসিগুম্বসি কযা কয়া থেংনবক্লবনি। মখোয়গুম্বগী লোনগাদা মহাক্তৌনা তৌবা ব্রা ঙাঙবদা কম্ছা কলেংনবা অসি চাম্মগী মনুংদা ৯০দি ওইগনি।

শান্তি - খঙদেদা। হৌজিক কালগী নহাবোলশিং অসিনা ঙাওলি শক্লিবা, থৌগল্লোন যাওদ্রিবা অসি কনাদগী কমদৌনা তম্লকলিবনো খঙদে। মসি খবা যেংশিন দুনা শেমদোক্লবা হোৎনবা তঙাইফদ্রবনি। স্কুল স্কুলদা থৌগল্লোন ব্যাভার তম্বীনবা মোবেল লেসন হাপ্লিবনি অদুবু কান্নবা ইফৎ ফংদববা খঙদে।

অমুবা - (মথন্ত ঙাঙবা) ঐগী বিক্সো অসিদা মখল কযাগী মী তোংখ্রে। তোংলিবা মীগা ঐগা ব্রাবী কয়া শান্নখিবা যাওই। তুমিন তুমিন ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙনদনা চৎপসু যাওই। বাধেসনা! মহাক ঐগী বিক্সোদা কযাবক তোংখ্রে। যু থকপী বাধেসনা .....।

(ফ্লাসবেক ম্যুজিক)

অমু নহাক কমদৌনা যু থক্লকপনো? থক্লিংদুনা থক্লিববা? কবম্বা থৌদোক অমনা নহাক্কী পুক্নি অসি অসুম্না ওইহল্লকলিবনো?

বাধেসনা হান্নদি থক্লম্বা নত্তেদা। ঐগী নুপাগা খাযনববা মতুংদা পুক্লিংগী পোত্থাফম থিবকপদগী মসিদা তাইনবনি। নঙদি কবম্না থক্লিবনো? কবম্না থকপা হৌবকপা?

অমুবা ঐদি কুইবেদা থকপা হৌবকপা। হৌজিক্তি থকপু থক্তবে হাযবা যাই।

বাধেসনা - মখা লৌথখিসিবা। লীক্লিসি হাংলে।

অমুবা - যাবেদা তোক্লসি।

বাধেসনা - হুম ঐদি যাদ্রি।

অমুবা - অদু ওইববদি নঙ থকহৌবো। ঐ চৎলে। মেনেজব, পৈশা কযা তাবে ঐখোযগীসে?

বাধেসনা - ঙাইখো ফমখিসি হাযবগা।

অমুবা এ, খুৎ পায়দুনা চীংথৈনেহে। ঙাইখোনে। এ, তুশল্লে। (তুশনবগী মখোল তায) ফবে, গ্লাস অমমমতং থক্লবগা হৌগৎলসি।

বাধেসনা - মেনেজব গ্লাস অমমমতং।

অমুবা - মেনেজর, গ্লাসকী মহুত্তা লৌক্লি তঙ্খায় অমা ওইনা পীরক্নো।

রাধেসনা - এ, মদুদি ঙমজররোই। ঐ হৌগৎলগে, নঙ থকথহৌরো। খরুং মপী ওইদুনা লৈহৌরো।

অমুবা - য়ারোই য়ারোই হৌগৎপা য়ারোই।

রাধেসনা - এ, খুৎকা পায়দুনা চীংথৈনে। তুবে।

অমুবা - ফান্দা তুগেদি হায়দদুনা ঐঙোন্দা তুশল্লক্লেনে, ঐগী তম্পাক্তা। সে ফান্দা ফম্মুনে।

রাধেসনা - (ঙাইহাক তুমিন্না লৈকরগা) গ্লাস অমমতং থক্লরগা চৎলসি কৈদৌবগে।

অমুবা - হোই হোই, য়ারে য়াবে। মতম'সি থেংলে পুং৯:৩০তারে। লম্বীসু মী ইচৎ চৎনরম্লরোই। নয়ুম য়ৌনবা থিনবীরম্লগে লাক্লো।

**(অতেনবা ম্যুজিক অমা, রিক্সো থৌবগী খোঞ্জেল)**

রাধেসনা - খাম্লোনে, হো রিক্সো ড্রাইভর।

অমুবা - খাম্লে। কুমথরো কুমথরো।

রাধেসনা - ঐ কোক ঙাওরে। মাঙ্গোল ফাওবদং খুং শম্বীরম্মু।

অমুবা - এ, তুশনগনিকো। লাক্লো মাঙ্গোনফাওবা নখুত্তু শম্বীগে।

(মথন্ত ঙাঙবা) লৈকাইগী মী কনা কনা লৈবজাৎনো। ঐ ঙসি কোক কাযবা শোইরোইসে।

রাধেসনা - য়ারে, মাঙ্গোল য়ৌবে। থেঙ্ক য়ু। হো মেমচা, মেমচা ....। ঐ লাক্লে খোং হাংদোকউ।

**(ফ্লাসবেক লোইশিনবগী ম্যুজিক)**

(মোবাইল ফোন খিংলকপগী মখোল তাই। ফোন পাযখৎখিবদগী মুংশি।)

কুমাব - হলো, ঐ লম্বীদা লৈয়ে। করি হাযনিংবগে? .. করি প্রোগ্রামনো? ........ করি নুমিত্তনো, তাং কযাদনো? প্রোগ্রামদু করম্বা ওর্গেনাইজেসনগা পুল্লগা শীনগদৌরিবনো? ....... অদুবুদি ফৈদা, অদুদা নুমিত্তু ঐদি শংলোইদৌবিনে। .... হোইনে হোইনে শংদবা য়াবোই হায়রবদি শংহনবা

তারেদনা। ... অচা অথক্তি করি করি তৌগদৌরিবা ... চিফ গেষ্ট কনানা ওইবা, প্রেজিদেন্টনা কনানা ওইগদবা হাযবদু লোইনা ইদুনা থল্লম্মো, বার্ত্তোন নম্বগী থবক্তু ঐনা মতেং ওইনা পাংলগে। বার্ত্তোনদি কোপী কয়া নমগদৌরিবা .... মনিপুরগী মপান্দগী মী কযা লাক্কদৌরিবনো .... কবি হোতেলদা থম্বা তারে। .... ফরে মখোয়শিংদুগী হান্না বির্জাব তৌশল্লগা থমখো। লাক্কদৌরিবর্শিংদু কনা কনানো?............ ও, অদুদি ঐনা মশক খঙবা ঐগা লোন্দিন্নবা মীওই ঙাক্তনি। রিসেপসন কমিতিদা ঐগী মীং হাপচীল্লো, মখোয়গী লৈফম চাফম শিন্দোক শিজিন তৌবদু ঐসু য়াওগে। নখোয় নুপী ঙাক্তনিনা তৌফম লাকফম খঙলরোই। ফরে থল্লো, ঐসু ঙাইহাক ঙাইহাক চখোরক্কে।

শান্তি - করিগীনো? মখোয়গী সংস্থান্না শীল্লগা নঙনা কৈদৌবগী যাওগদৌরিবনো? খঙলে, নঙনা থরাঝ য়াম্না য়াওশল্লিবসি সেক্রেটরি ওইবিবা নুপীদু পাম্বদগীনি। য়াম্না পাল্লর্বদি পুশিল্লক্লোনে। ঐ ইপামদা চৎপীখিগে নঙগী রাই শংনবা।

অমুবা - (মথন্ত ঙাঙবা) নুপীসি শাওনিংলে হায়বসি মহাক্রা ঙাঙথোবক্লিবা রাঙাঙদগী খঙবা ঙম্মি। মচিং ফত্তবী নুপীনি হায়বসি মহাক্কী রাঙাঙশিংদগী খঙবা ঙম্মী। ঙাইহাক্কী মমাংদসু মতৈ মনাও শংগৎনবকপদগী ঐগী রিক্সোদগী চোংথগে তৌখ্রবনি।

(টিলিফোন অমুক খিংলকই। অহানবগী রিংতোন অদুগা মান্নদে।)

শান্তি - হল্লো। কনা ওইববনো? ও, সনাজাওবা, নহাক কমদৌরি নুংঙাইরিবরা? ..... ঐনা নঙোন্দা হায়খিবদো কমদৌরবা? ........ ও, য়ারনি হায়বা, থেঙ্ক যু পুন্সিগী কাউজরোই। ..... করিগী চিংনরিবনো? নঙগীদমক ঐ লৈবিবসিদি। ....... হোই, থবক খুদিংমক ঐগা তান্নগদবনি, নচেনা নঙগীদমক ফনবা শীনগনি। কদায়দা চৎকনি হায়বা, দিল্লিদা, ...... দিল্লিদা কৈদৌবা চৎকদৌরিবা? ......... নঙগী পৈশাদু নঙনা লংফৈ চৎপা নংনবা শিংলক্কনি ...... শিংদবা য়াববনে, করিগী শিংলোইদৌরিবনো? শিংবগী মথক্ত নঙনা লংফৈ চৎপগী মতেং ওইনবা ঐনা লুপা লিশিং মঙা অমগা তেংবাং ওইনা পীগনি। ইনাওদি ফখ্রপোৎনিদা, ঐগী ইতেংদা পাংদুনা লাক্লিবনি। ঐনসু নঙগী নতেং খরা পাংফম থোকই হায়দুনা তৌবনিদা .... ঐনা নহান হায়বদু কাওরববো .......... হা হা হা (নোকই) ... হয়েংদু

ঐখোয়দা অমুক্ত চংথোরকউ। চা কপ অমমমতং থকমিন্নসি। ও, কে, বাই........।

অমুবা - (মথন্ত) কেথ নৌথনা শেম শাদুনা টেলিফোন্দা ঙাঙখ্রিবা ব্রাঙাঙ শঙাঙ অসি তারগা মপুরোয়বসিনা করি খল্লমগদগে। ঐ ফাওবদা তাবদা নুংঙাইতবা অমা ফাওই।

কুমার - শঙ্ককদি য়াম্না ফরিবজাৎনিদনা।

অমুবা - (মথন্ত) উম, নুপা অসি ব্রাবৌফম থোকই। মনিপুরদা মোবাইল ফোন লাকপদগী মতৈ মনাও খৎনবা য়াম্না য়াওরে। পাখং লৈশাবী কয়াগী পাউ ফাওনফম পাম্বে ওইবদা খ্বাইদগী হেন্না খুদোং চাখরে। মোবাইলদা শকখঙনরগা থা অনি অহুম লৈবগা লুতোংখিবা পাখং লৈশাবী ফনা য়াম্না থেংনরে। (লম্বীগী নাকলদা লৈবা দুকান অমদা ঈশৈ খোঙবগী মখোল খরা পিক্লা তারম্বদগী হৌগৎলকই- অদুদগী অমুক পিকথখি।)

রিং তোন্না ব্রাই চাইরে মনিপুরসে

মোবাইলগী মোইবাইলমক্ত ঙাইরে

ঙাযোনফম ফিয়োনফম লোইনা শুরে ..........।

(ঈশৈ অসিমক নত্রবসু চান্নবা ঈশৈ অমা হেক্তা য়াই)

**(অতোপ্পা সিন অমা, ম্যুজিক)**

অমুবা - করিগীনো ঐনা রাধেসনাবু উননিংবগী ব্রাখল হেক হেক ফাউরকখিবা। প্রতাপ টৌকিজ মমাংদা ঐহাক্লা হেক হেক চৎলি, মহাক লৈবরা য়েংই। থেংনদে। নোংমদি ইথা থাজদনা মহাক প্রতাপ টৌকিজ মমাংদা সিনেমাগী টিকেট খরা পায়দুনা অচৎ অওকশিংবু কৌশিন্দুনা লৈরম্বা থেংনখি। মনাক্তা চংশিন্দুনা কৌরুই।

**(ফ্লাসবেক ম্যুজিক)**

অমুবা - রধেসনা।

রধেসনা - হাইমা, কদোমদগীনো? সিনেমা য়েংঙু। সে টিকেট অমা লৌ।

অমুবা - ঐ সিনেমা য়েংলোই। নহাক্তা ব্রারী অমত্তং শান্ননিংদুনা লাকপনি।

রধেসনা - কবি ব্বারীনো?

অমুবা - নঙগী টিকেটশিংদু হান্না য়োম্থোক্লম্লো। কোন্না শান্নবসি।

(অতেনবা ম্যুজিক)

অমুবা - লম্ফেলদা লৈবা সিনেমা হোলগী মমাংদা মী ইচং চংনদবা হোটেল অমা লৈ। হোটেল অদুদা ঐখোয়নি ফমদুনা ব্বারী শান্নসি।

(অতেনবা ম্যুজিক)

অমুবা নক্লা তৌবিবা শিনফম অসি ঐহাক খঙই। শিনফম অসি থাদোকউ।

বাধেসনা - মসিদি ঐগী হিংনবগী লম্বেল ি।

অমুবা - সিনেমা টিকেট য়োনবদুবুদি ফরেনে। করিগীনো নঙনা অহেনবা পৈশা পামদুনা কোইচৎ চৎলিবদু। নোংমনা অমগা, নোংমনা অমগা ......। মদুদা নহাক্লা নোংমগী ওইনা পৈশা কয়া কয়াবু ফংবগে?

বাধেসনা - চাম্মগা ফংবা য়াওই, চনি ফংবা য়াওই, চাম্মদং ফংবসু য়াওই।

অমুবা - মদুনা নহাক্কী পুন্সিদু নুংঙাইরনি হায়না খনবরা? নহাক্কী ইমুংদা মী কয়ানো চাবিবসে?

বধে - মী মঙানি। ঐগা থারগা তরুক।

অমুবা - অতৈদি শেল থোকপা য়াওদবরা?

বধেসনা - কনাসু য়াওদে। ঐনা থাক্লিবনি।

অমুবা - কবিগীনো অদুদি?

বধেসনা - ঐগী ইমা অমসুং বাবা লৈখিদ্রে। ঐনা ঐগী নুপাগা খায়নদুনা ইপামদা হল্লকুবা মতমদা ইনম্মা অমসুং ইবুংগা লৈমিন্নে। ইবুংগী মচা মবিনি। নুপী ঙাক্তা পোকই, নুপা য়াওদে। অহলদু ক্লাস এলেবেন তন্লে, খ্বাইদগী ইতোন তোনবীদুদি ক্লাস থ্রি তম্মী। ঐগী ইবুং পাউ চে অমগী সেনিয়র রিপোর্টব ওইনা থবক তৌবম্মী। পৈশা যাম্না ফংদ্রবসু মহাক্লা ফংলকপা খবা অদুনা ইমুং মনুং থাকপা কোন্নরম্মী। লাইবক থীবা হায়বদুনি ঐনা ইপামদা লৈববা মতুং চহী অমরোম ফাবল্লবা মতমদুদা ঐগী অমত্ত ঙাইজববা ইবুংদু নোংমা

ইখঙ খঙহৌদনা বি.পি. ষ্ট্রোক তৌরক্তুনা ব্রাম্বরকপদগী লাইকন্নখি। অদুবু লাইকন্নবা ঙমদনা মহাক তাইবংপান থাদোকখিরম্মী। মতমদু ইনম্মা ইতোন তোনবী মচানুপী অসি পোকপা কুইদ্রিঙৈ, মৌনিং কুম্রিঙৈ মতমনি। ইবুং লৈখিদবগী থৌদোক অসি না মরম ওইদুনা ইনম্মদু অঙাওবী ওইখি। লায়েংদুনা ফনা হোৎনখি অদুবু কান্নখিদ্রে। ঙসিফাউবদা অঙাউবী ওইদুনা অসুম্মক লৈরে। ঐনা হৌজিক হোৎনরিবা, তাল্লিবা পৈশা পূম্নমক অসি ইনম্মা অমসুং মহাক্কী মচানুপী মবি অসিগী চান-থক্লবা লাইরিক লাইশু তম্নবগীদমক্তনি।

অমুবা - নহাক্কী ব্রারী অসি য়াম্না থম্মোয় শোক্লিংঙাই ওইবা ব্রারীনি। ব্রাবী অসি তাবদা কপ্লিংবা ফাওই। (কপ্পুরবা মতুংদা) মপাম্বোংদা নহাক অসি ইরাং য়াম্না থাংবী ওক্তবী অমা ওইনা উই। অদুবু নহাক্কী থম্মোয় অসি হাংদোক্তুনা য়েংলুবদা অব্রাবতনা পীক থল্লি। অব্রাবা পুন্সিসি কুপশিন্দুনা নহাক্না মোমোন নোক্না হিংবা ঙম্লিবসি থাগৎনিঙাইনি। য়াম্না থৌনা ফরবী নুপী অমনি হায়নিংই। অদু.... নহাক্না চত্থরিবা শিনফম অসি থাদোক্লো। নঙনা চৎলিবা লম্বেলদু য়াম্না খুদোং থীনিঙাই ওইখ্রবা লম্বেলনি। নহাক্কী পুন্সিদু খাংত্তুথক্তা লোম্বা য়াদ্রি।

রাধেসনা - ঐনা লম্বী অসিদা চৎলিবসি অসুক্কী মতিক খল্লবা মতুংদা চৎলিবনি। মসিদা চংশিনবসিনা মরম ওইদুনা ঐনা অঙাংশিং অদুবু শেম্বা ঙম্লিবনি। নত্রবদি অঙাংশিং অদু কাং খোং চাইদুনা লমজা শারা মচা ঙাক্তা ঙাইরম্নগদবনি।

অমুবা - ঐনা নঙগী নতেং পাংগনি। পোৎ য়াম্না শিংকদবা মফমচাবা দুকান অমা লৈরে। দুকান অদু ফমদুনা অঙাংশিংদু শেম্নবা তৌরো। মদুদা চঙগদবা শেনফম পূম্নমক ঐনা পুথোক্কনি।

রধেসনা - (থাজদনা, করেম্নবগী মীনোক নোক্তুনা) নহাক্তি কদায়দগী?

অমুবা - ঐবু থাজদবরা? থাজরোই চুম্মি। মবমদি ঐহাক নোংমগী চরা তাল্লিবা বিক্লো থৌবা নুপা অমনি। অদুবু ঐনা তৌগে হায়খ্রবা থবক্তুদি তৌদনা খক তোকখিবা লৈত্রি। নঙনা "য়াবে" তমক হাযয়ু। মদুনা লোইরে।ঐনা করি তৌরকপগে হাযবদু নহাক য়েংঙু।

রধেসনা - (মোমোন মীনোক্না লোইনদুনা) য়েস আই এগ্রি।

**(ফ্লাসবেক ম্যুজিক)**

অমুবা - (মথন্ত) ঐনা রিক্সো থৌরিবসি উপাই লৈতদুনা থৌবমক্তি নত্রে। অঙানবদবুদি উপাই অমা থিরকপদা লম্বী অসিদা চংলকখিবনি। ঙসিদি ঐনা থবক অসি থাদোক্তুনা নুংঙাইনা পুন্সি অসি লেনবা য়াববনি। অদুবু ঐহাক্না খল্লকখি "নুংঙাইবা হায়বসি করিনো"? ঐনা পামজবা পুন্সিদি চম্ন া হিংবনি, থবক শুবা অমসুং অৱাংবা ৱাখল খনবা পুন্সি অমা শাগৎপা পাল্লকখি। ঐনা ঐগী পুন্সিবু শেমজবা নত্তনা কনানসু শেমগদবা লৈত্রে। ঐগী নুপী লৈখিদ্রে, ইচা লৈখিদ্রে। ঐনা তাল্লিবা পৈশা অসিনা চান-থক্লবা পুনরবা মতুংদা নোংমা নোংমগী ওইনা লু: ১০০/২০০ দি লেমই। মদুনা থা থাগী ওইনা লু: ৫০০০/৬০০০ তি তুংশিনবা ঙল্লকখি। তুংশিল্লকখিবা শেনফমশিং বেঙ্ক একাউন্টতা লাক্ষ অহুম খরা হেন্না লৈরে। বাধেসনাগীদমক্তা ঐনা দুকান অমা লৌবিখি। দুকান্দু মহাক্না ফল্লে, মদুনা মহাক্কী অমোৎপা শেন্দান লম্বী।দু থাদোকখরে। মহাক্না ঐঙোন্দা থা থাগী ওইনা লু: লিশিং অমমম শিংগৎলক্কে হায়। অদুবু ঐনা লৌদে, মাগী মতেং পাংবনি। পুক্লিংদা নুংঙাইবা অমদি ফাওখি। মী অমবু কনবগী। লৈখা তানা পুথরুরবা কোমদগী চীংখত্তুনা অচম্বা পুন্সি অমদা হিংহনবা ঙমখিবগী। নোংমা মহাক্না হায়রকখি।

**(ফ্লাসবেক ম্যুজিক)**

রধেসনা - ইথন্ত ফম্বা য়াম্না ৱায়। নহাক্না ফম্মিন্নসি।

অমুবা - হুম, নহাক অসুম্মক ফম্মু। নুমিৎচুপ্পা ফম্বা ঙমদ্রবসু শংগদবা মতমদুতং ফম্লবসু য়াই।

**(অতেনবা ম্যুজিক)**

অমুবা নোংমা নিংনিদি মহাক্কী দুকান অদু হাংলমদে। নুমিৎচুপ্পা লোল্লম্মী। [illegible]রবরা কৈদৌবনে, হায়দুনা মখুমদা চত্তুনা হংলুই। [illegible] ঈপলম্মী। [illegible]কচাং ঙমদে হায়দুনা ডাক্তরদা থেংলুই হায়।

**(অতেনবা ম্যুজিক)**

অমুবা - কৈদৌরে? তকচাং ঙমদ্রববা?

রধেসনা উম হৎচাংসি য়াম্না নুংঙাইত্রে। ইশোন্ত শোম্বদুনা লৈরে। লাইহৌ অমুক

হৌগনি, খোং অমুক হামগনি, লায়না অমা নত্রগা অমা হৌন হৌনদুনা নাদুনতা লৈরে।

অমুবা - ডাক্তরদি তান্নরবরা?

রাধসনা - ডাক্তর য়েংলুরে। য়েংলুবগী চে চাং অসিদা লৈরে।

অমুবা - কদাই অমুক্ত য়েংগে। অসিনা এক্সরে লৌবগী। অসিনা ঈ টেষ্ট তৌবগী। মসিনা অলট্রা সাউন্দগী। ঈ টেষ্ট তৌবগী চে অসিদা ইরিবসি করিনো? ও, অসিদা ইবেদনা H.I.V. Positive. (অকি অখং নংবগী ম্যুজিক পীরবা মতুংদা) নহাক যাম্না শোন্থরবরা। দুকান ফম্বা ঙম্লবোইদ্রা?

রাধেসনা - ডাক্তরনা নোংমা নিনি পোত্থাও, হিদাক চাং নাইনা চাউ হায়রকই।

অমুবা - ফবে, নোংমা নিনি পোত্থাবগা লৈবো, খরা কনখৎলগা দুকান থোক্লো পোত্থাহৌরো।

**(ফ্লাসবেক লোইবগী ম্যুজিক)**

লম্বীদা জীপ গাড়ী অমা তপ্পা তপ্পা থৌবগী মখোল, জিপ অদুদগী লাকপা মাইক্কী খোঞ্জেলনি।

নুপী অমা - (আশাগী খোঞ্জেল ওইবা য়াই):- লাক্লিবা মাপলশুবা মনিপুর বিধান সাভাগী মীখল অসিদা মীরেপ ওইনা থাগৎচবিবা, শগোলবন্দ কেন্দ্রগী মীবেপ ডা: নোংমাইথেম মেরাজাও সিংহবু নুংশিবীয়ু, চানবীয়ু। মহাক্কী মার্কাদি উনা য়েকপনি। উনা য়েকপা মার্কাদা প্রজা মীয়ামগী মমল য়াম্লবা ভোটকী শিল অমমমতং নম্বীদুনা মীয়ামগী সেবা ফংহনবীয়ু হায়না মাইককী থোংদা পাউজেঞ্জবা লাকচরি।

শান্তি - ইলেক্সনসু কুইদরে। হন্দকপু ভোট কনাদা পীসিগে ঐখোয়বু?

কুমার - কনাদবু থাদগদৌরিবনো হায়ফম খঙদেদা।

অমুবা - (মথন্ত) ইলেক্সন নকশিল্লকপা অসিদা ইলেক্সনগা মরী লৈনবা থৌদোক ব্লাথোক, মীশি মীনা, মীহাৎ মীপুন, খৎন চৈনবা কয়া থোকপগী পাউ তানখি। রাজনিতীগী লুচিংবা কয়া খুৎলাই পায়বশিংনা হাৎপা য়াওখ্রে। ইলেক্সনগা মরী লৈননা থোকপা ক্রাইমগী মখল খরদি ভোটরদা পৈশা য়েনবা, খৎন-চৈনবা, লীদর নত্রগা ব্রার্কর হাৎপা, পার্টি অমনা পার্টি অমবু হন্দুনা ঙাঙবা অসিনি।

শান্তি - পৈশা য়েনবগী থবক অসি অচৌবা ক্রাইম অমনি।

কুমার - ভোটকী মতমদা পৈশা য়েনবগী থ্রাথোক কয়া লৈখ্রে। ভোটর লৈবদা লুপা ক্রোর ক্রোর তিংনরে। মমাংঙৈদা ভোটর অমমমদা লু: ৬০/১০০ পীনরম্বদু হৌজিক্তি ৫০০/৫০০, ১০০০/১০০০ পীনরে।

শান্তি - ইলেক্সনগা মরী লৈনবা থ্রাথোক লাম্লোকশিং থোকহল্লোই হায়রবদি ঐখোয় খুদিংমক্লা ভাব তামিন্নবা তঙাইফদবনি।

**(অতেনবা ম্যুজিক)**

অমুবা - রাধেসনাগা উনরুবা মতুং নোংমা নিনিদি মহাক্কী দুকান্দু থোঙ লোল্লম্মী। নোংমদি মহাক্কী দুকান্দু হাংলম্বা থেংনৈ।

**(ফ্লাসবেক ম্যুজিক)**

অমুবা - ঙসিদি দুকান হাংলমলেনা। হকচাং খরা নুংঙাইরবরা?

রাধেসনা - উম খরা নুংঙাইরে। (হরাওনা) লাক-ও, মনুংদা ফমসি।

**(অতেনবা ম্যুজিক)**

অমুবা - মহাক মশা ঙম্লুদ্রবা মতুংদা মহাক্কী মনাক্তা য়াম্লা তোয়না চত্তুনা ফম্লুই। দুকানগী পোৎ চৈ তমথোক তমশিনদসু ঐনা মতেং পাংই। পোৎ লৈবা লাকপা মীশিংনা ঐঙোন্দ মুন্না মুন্না য়েংশল্লম্বা য়াওই। মীয়াই চল্লবী নুপী অমনা নোংমা হায়রম্বদু।

**(অতেনবা ম্যুজিক)**

নুপী অমা - (আশাগী খোঞ্জেল ওইবা যাই):- (মোমোন্নবা মীনোক্কা লোয়ননা) ইবুংঙোসিদি ইবেম্মগী হিরোরা? য়াম্লা চীং লেম্মীনা।.... ফৈ ফৈ। নখোয়'নি চঙদুনা অরৈ লৈত তান্নদুনা ফম্মিন্নৌ।

**(অতেনবা ম্যুজিক)**

অমুবা - নুপীদুগী মীৎয়েংনা অমদি ব্রাঙাঙনা ঐগী থম্মোয়দা হায়ফম খঙদনা ইনোৎ অমা পীরমখি। য়েংলু য়েংলু খুদিং ইফত ফজবগুম উখি। পোৎ খুদিংমক্কী শক্তমদা রাধেসনাগী ইকাই নুংশি য়ান্নরবা মায়থোঙদুতমক উখি। মহাক্কী মনাক্তা অসুম্মক ফমনিংখি। ঐনা মহাক্কী মনাক্তা হেক হেক ফম্বদুদা মহাকসু হ্রাওজে। ঐনা ফম্লুবা খুদিংগী চাগা অচাপোৎকা লৌরুই। ঐনা হেকহেক নিংশিঙলুই- মা ঐ নকশিন্নখিবা তাঞ্জাশিং। ঐনা মাবু নোংমা থোঙ্গালদগী মাঙ্গোলফাও মখুৎ শমদুনা থিনজিনবীরম্বদু। মাঙ্গোল য়ৌশিল্লকপদা মহাক্কী হৈরাং হৈমুন্নরবী শমু হকচাংদুনা তুরোয় ঙাল্লোইনদুনা ঐগী থবাক্তা ঙাশল্লকখিবা....। মহাক্কী হকচাংবু ঐগী ওইনা পুংজা খরতংগী ওইনা থমগে হায়বদা মহাক্না য়ারকলোইদবা কবিসু লৈতে। মহাক্তি অরোনবা সেক্স ব্রাকির অমনি। অদুবু হৌজিক্তি মহাক্কী পুন্সি দুকান্দর অমা ওইনা তংদু লৈতানা হীংলে। অব্রাবদি মহাক্কী হকচাংনুংদা ঐচ. আই. ভিগী মকোন শাজিল্লম্বা অসিনি। ঐনা মহাকপু নুংশি। ওক্তবী ওইরুরবসু মহাকপু লৌশিনবা ঙমগনি। মহাক্নসু ঐবু নুংশি হায়বসি মহাক্কী ব্রাঙাঙদগী অমদি মীৎয়েংদগী অসুম্মক খঙবা ঙম্মী। অদুবু কমদৌনা মা-ঐ য়ুম্বান লম্বীদা খোঙ থাংজিনগদৌরিবা? মহাক্কী লায়নাসি পুন্সিচুপ্পা কোন্নরগদবা লায়নানি। করিগুম্বা মতমদা খল্লকখি "ঐনা মহাকপু নুংশিরবদি করিসু নত্তে, মহাকপু লৌবা তাই"। নোংমা ব্রাফমসি হৌদোক্লুবদা....

(ফ্লাসবেক ম্যুজিক)

রধেসনা - (কপ্লি কপ্লি) নহাক্কী চল্লবা পুন্সিদুদা ঐনা অমকপা দাগফম অমা অমুক পীনিংদরে। মরম অসিনা ঐখোয় অনি অসুম্মক চৈখৈ অমগী ব্রাংমদা লেপ্পরসি।

(অতেনবা ম্যুজিক)

অমুবা - (মথন্ত ঙাঙবা) মহাক্কী ফীরেপ অদু ঐনা অমুক হন্না হোংদোক্কে খল্লুদ্রে।

শান্তি - ঐখোয় ওফিসকী দি দি ওদু শকখঙদবশিংনা ফাজিনখ্রগা থাদোরক্তবা নুমিৎ ৫নি শুরক্লে। ফাদ্রিঙৈগী মমাংদা শেনগী দিমান্দ লেটর লাক্লম্মী হায়নৈ।

কুমার - খণ্ডদ্রেদা হৌজিক্কী মতমসিদা মী ফারগা পৈশা তানবগী থবকসি কনশিল্লকপসিনা......। মতম অমদা মনিপুর য়াম্না ইংনা তপ্না লৈরম্মী। অকি অখংগী থবক কয়া চত্থরমদে। অদুবু চৎলিবা চহী খবা অসিদা পৃথিবীগী মফম কয়াদা টেরোরিজমগী থবক কনখৎলকপগুম মনিপুরদসু "ঐখোয়গী দাবী পীদ্রবদি মৈ থারগনি, মৈহৌ লাংপোক থোকহল্লগনি" হায়বনচিংবা রাফম কয়া লাউবা থেংনখ্রে।

শান্তি - মী ফারগা পৈশা তানবা অসিসু অচৌবা টেরোরিজমগী থবক অমনি। পৈশা অসুক পীয়ু হায়দুনা দিমান্দ লেটর থাজিনবা, পীদ্রগা ফাজিনবা, অসিগুম্বা থবকশিং অসি লালহৌবা নত্রগা লালহৌবা শাবশিংনা য়াম্না তোযনা চত্থবা থবকশিংগী মরক্তা অমনি। কারবাবরলা, ইঞ্জিনিয়াব নত্রগা ডাক্তরশিংদা অসুম্না পৈশা দিমান্দ তৌবা, পীদ্রগা ফাজিনবা কয়া য়াওখ্রে। পৈশা পীয়ু যাদ্রগা অঙাং ফাজিনখিবা অদুগা হাৎখিবা কয়া থেংনখ্রে।

কুমার - লালহৌবা শারগা পৈশা খায়বগী থবকসি য়াম্না তোয়না থোক্লি। ফাবসু তোযনা ফাখ্রে, দন্দি কযা পীখ্রে, কয়া অমা হাৎখ্রে। অদুবু তোকপা কৌবা লৈতে।

শান্তি - ঐখোয় মীৎ না শিংদবা য়াদ্রবনি। থোক্লিবা থৌদোকশিং অসি নোংমদি ঐখোযগী ইফমদসু থোক্লবা যাবি। পৈশা খরা পাম্বদগী মী অমগী থব্রায়বু ঙমু ঙক্রা হাৎপগুম হাৎপা ঙম্নরবা মতমনি।

কুমাব - কবিগীনো অসিদা মীযাম অমা ওমশিল্লিবসে? (মীয়াম লাংবগী মখোল)

শান্তি - করিগুম্বা থৌদোক অমা থোক্লমাল্লে।

(য়ুম অমদা উতুপনা থোম্বা, নুং থাজিনবগী গোদ্রোং গোদ্রোং লাউবা মখোল তাই।)

অমুবা - লম্বীসি মীনা পীক থন্দুনা রিক্সোফাও চৎফম লৈত্রে। (রিক্সোগী হোর্ন খোঙই) হো, খজিক্তা হন্দোকপীয়ু, রিক্সো লাকইয়ে।

(কবি তৌরে, করি তৌরে হায়দুনা মীশিংদু অমনা অমদা হংনবগী খোঞ্জেল।)

অমুবা - ইবুংঙো, করি তৌবগীনো ময়াম লাংনরিবসে।

নুপা অমগী খোঞ্জেল - য়ুমসিদা লৈবী মৌনহা অমা হু থক্লুনা শিরল্লে। মহাক্না শিরল্লিবা মীশি অসি মীশি চাদে। ইম্নুং মনুংগী মীশিংনা নমদুনা হু পীথকপগী মওংনি। পোষ্ট মোর্টেমগী রিপোর্টতা নুপী অসিগী মশাদা ফুবগী দাকফমসু লৈরম্মী

হায়। মীসি অসিগী মতাংদা নুপীসিগী মপুরোয়বা পুলিসনা ফাজিনখ্রে। নুপী ময়ুমগী লৈকাইগী মীয়াম লাক্নুনা য়ুম অসি থুগায়গদবগী তৌরিবনি।

নুপী অমগী খোঞ্জেল- (অরাংবা মবক্তুদা) ঙরাং নুমিদাং মখোয়গী ইমুংদা চাক থোংলমদে হায়দুনা খৎন-চৈনবা থোকখি। নুপী অসিনা মপুরোয়বদা চেং ব্রান্নবা শেল পীয়ু হায়বদগী খৎন চৈনবদু থোকখিবনি। নুপীসিগী মপুরোযবসি য়ূমদা শেল পুশিন্দবা, অতোপ্পা নুপী কোইবা, শেল হুন্দোক্নবা মীদানি। ময়ুমদা অতোপ্পা নুপী পুশল্লকপগী ব্রাথোক কয়াসু লৈখি। নুপীসিনা অহানবা ওইবগা নুপাসিনা লৌরিবা নুপীসি মরিনি।

অমুবা - (মথন্ত) অদু ওইরবদি নুপী অসি মপুরোয়বনা হাৎপা শোয়দ্রে। কান্নদে মতম মাংনবনি। চৎপনা ফরে।

কুমার - চৎলসি রিক্সো হোঁনদু খোংজিল্লু। (পেৎ পেৎ খোংই)

অমুবা - খিত্তা লাক্কে, খিত্তা লাক্কে।

শান্তি - ঐগী ইপামগী খুলদা নুপী অমা চিংননিঙাই ওইবা মওংদা শিখি। মৌনহানি। নুপীসি ইখঙ খঙহৌদনা ব্রান্থরক্লে হায়দুনা ইমুং মনুংগী মীশিংনা লাংনরকপদা লৈকাই মীয়াম চেনশিন্দুনা য়েংনখি। মৌনহাদু শিরল্লে। ইমুং মনুংগী মীওইশিংনা পীরকপা পাউখুমশিং অমত্তা মান্নখিদে। খরনা হায়, চাক থোংলম্বদগী ব্রান্থখিবনি, অতোপ্পা অমনা হায়, শুমাংদা লৈবম্বদগী ইমুংদা চংখ্রগা ব্রান্থখিবনি। পাউখুম অমত্তা মান্নদবদগী চিংনদুনা য়েংলুবদা মঙকশমদা থৌরী য়াম্বগুম্বগী দাগ লৈরম্বা থেংনরকখি।

অমুবা - নুপী অমা শিরল্লে হায়বগী পাউসি হন্দক্তি য়াম্না তোয়না তারক্লি। থিগৎলুরবা মতুংদা মপুরোইবনা হাৎপা, ইমুং মনুংগী মীশিংনা হাৎপা হেক্তা ওইবম্মী।

**(সিন অমা হোংবগী ম্যুজিক)**

অমুবা - ইথন্ত চাক থোংবা তন্দুনা হোটেলদা চাক চাবসি ঐগী হৈনবী ওইরে। হোটেল হোং হোংদুনা চাবা নুংঙাইতে হায়দুনা অকক্নবা হোটেল অমদা ঐগী চাক চাফম ওই। ইচে অমুতোম্বীগী হোটেল ঐগী চাক চাফমনি। অয়ুক্ত তল চাই, নুমিৎ খরা লৈখৎলকপা পুং ১০/১১ তারকপা অদুব্রাইদা চাক চাই, নুমিদাং পুং ৬.৩০-৭.০০ কী অদুব্রাইদা নুমিদাংগী চাক চাই। ইচে অমুতোম্বীগী হোতেল রিক্সো থৌবা ময়ামগী চাক চাফমনি। রিক্সো থৌবশিংনা কৃক কৃক

ইনৈ। কিউদা ঙাইদুনা অমা লোইরবা তুংদা অমা, অমা হৌগৎখ্রবা তুংদা অমা, অসুম্না চাক চারমদাই খুদিং রিক্সো থৌবাশিংনা পুময়োম য়োমই। হৌজিক নুমিদাংগী পুং ৬.৩০ রোমদি তারম্লগনি। ইচে অমুতোম্বীগী হোটেলদা চৎপা মতম ওইরবনি। শকখঙদবা মতৈ মনাওসিময়ুমফাওবা থিল্লম্লগা ঐহাক ইচে অমুতোম্বীগীদা চৎলগদবনি। লম্বীগা তাইনবা লম্পাক মচাসিদা লীলা তৌরি, মীনা পুময়োম য়োল্লি।

(মীয়াম নীল্লি। মীনিলখোল মরক্তা লীলাগী দাইলোগ মতেক অমা তাবা ফংই)

শান্তি - হৌজিক্কী মতমদা শুমাংলীলা অসি কয়া তোইনা তৌবা থেংনদরে। ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদদি লীলা য়াম্না তোযনা তৌরম্মী।

কুমার - মতমদুদদি লীলা অমা কৌদুনা শান্নহনবা হায়বসি অবাইবা থবক অমা ওইরম্মী, অদুননি। হৌজিক্তি শুমাং লীলা অমা কৌদুনা শান্নহনবদা পৈশা যাম্না তিংলে। ইনাক কৈবাক খুনবা ইমুং অমনা ইরায় লাইনা কৌবা ঙম্লবসু ইচম চম্বা ইমুং অমনা কৌদুনা শান্নহনবদা অৱাবা ওইরে।

অমুবা - (মথন্ত) মখোয অনীনা হাযনবিবসি চুম্মী। থায়না ধোলোক থীন্দুনা শান্নবম্বা লীলাগা হৌজিক মতমগী লীলাগা যাম্না খেন্নরে। মতমগী মতুংইন্না হোংলকপনি। লীলা অমা শান্নবদা ঈশৈ শকপা কলাকারশিং অমদি ঈশৈগী যন্ত্রশিং য়াওদবা য়াদ্রে। মরম অসিননি লীলা অমা শান্নবগী মমল য়াম্লকলিবসি।

**(অতেনবা ম্যুজিক)**

অমুবা - ইচে অমুতোম্বীগী তোপতোপ্পা গুন অমা লৈ। ৱাঙাঙ খোনফম ফজে। মীয়োক মীচান হৈবী নুপী মাল্লি, ব্যাবহর লৈনা থবক তৌই। তেবা বাজাবদা চাক হোটেল তৌবা অতৈ কয়াসু লৈ। অদুবু রিক্সোদ্রাইভরশিংনা ইচে অমুতোম্বীগী হোটেলদতা হোৎচিন্নে। ইচে অমুতোম্বীগী চাক এক্সাংনা ময়ামদগী হেন্না হাওবনবা, করিনো অমদি ওইরে। চাক এক্সাং হাওবখক্তনা কষ্টমর ফাবা নত্তে। ৱেলকম ফজবা হায়বসিনা খ্বাইদগী মরুনি। চাক এক্সাং ফনা হাওরবসু ৱেলকম ফজদ্রবদি কষ্টমরশিংনা চংনিংদে। ইচে অমুতোম্বীগী হোটেলগী থোইদোক হেন্দোকপা গুন্দি ৱেলকম ফজবা অমসুং চাক এক্সাং হাওবা অসিনি। নুমিৎ চুপ্পা ৱানা রিক্সো থৌরুবদু মাগী হোটেলদা হেক ফম্বগা

অব্রাবা পূন্বা কোকপগুম তৌনৈ। কষ্টমরশিংনা য়েংননবা টেলিভিজন অমা থিল্লি। মখল কয়াগী চেনেল থাদুনা য়েংবা য়াই। কষ্টমরশিংনা চাক ঙাইবা ওইনা টি.ভি য়েংদুনা মতম লেল্লি।

কুমার - চাক্তুম লামলেদা। ঙসি ঐনা চংলুরিবা থবকশিংসি ওম্থোক্লা য়ামখ্রে। ঙাইহাক্তং পোত্থাবগী মতম শংখিদ্রবনি।

শান্তি - করি এপ্সাং থোংসিগে ঙসি নুমিদাংসিবু?

কুমার - ঐনা পামজবা এপ্সাংদি পান ইরোনবা নত্রগনা য়োংচাক অলু ইরোনবনি।

শান্তি - য়োংচাক লৈহৌবনি। মদু ইরোল্লুবসি।

অমুবা - (মথন্ত) ঐনা ইচে অমুতোম্বীগী হোটেল নীংশিংলক্লিবসি চাক লাল্লকপদগীনি। ঐ হৌজিক চাক লাল্লক্লে। হোটেলদু নীংশিংলকপদগী ইচে অমুতোম্বীগী শক্তম ইমাংদা চোংথোরক্লি। মহাক মী ঙৌবসু নত্তে, মুবসু নত্তে, কুলৈ কুচুনি। মশা পারপ তৌই। রাসি লৈ। মচানুপা অনি লৈ। অনিমক মনিপুরগী মপান্দা লাইরিক তম্বা থাখ্রে হায। মহাক্কী নুপাদি য়ুদা এদিক্ট চুববা মীওইনি। পুং ২৪ য়ু ঙাওদুনতা লৈ। ইচে অমুতোম্বীগী থৌনা অঙকপনি। মপুবোয়বগী য়ুথকশেল মহাক্লা হুল্লি। মচা লাইরিক তম্বগী খবচসু হুল্লি। অয়াম্বা মতমদা মহাক খ্বাংচেৎ য়েৎপা থেংনৈ। ব্রা ঙাঙবদা ইং তপ্লবসু থবক্তদি অসুক্কী মতিক থুই। মহাক্কী হোটেলদা থবক তৌবিবা মীওইশিংসু মহাক-কুমনা মখুৎ মশা থুই। নোংমা নুংথিল অমখক্তা ঐহাক ইচে অমুতোম্বীগীদা খেত্রি প্লেট অমতং চাগে হায়দুনা চংলুই। চাকখুমগী কাদা খৎনবা মখোল তাই। ইচে অমুতোম্বীগী নুপানা য়ু থক্লুবা পৈশা পীয়ু হায়বদা য়াদবদগী খৎনবনি হায়বসি মখোয়না ঙাঙনরিবা ব্রাঙাঙ খোনফমশিং অদুনা তাকই।

কুমার - রিক্সো খাল্লো, য়ুম য়ৌরে।

(রিক্সো ব্রেক ফাবগী গদ্রক গদ্রক লাওবা মখোল তাই)

শান্তি - ভাবা কযানো?

অমুবা - লুপা ১৫ খক্তনি।

(মতমসিদা মোটোরসাইকল অমা থৌবক্লগা খামখিবগী মখোল তাই)

মোটোবিষ্ট - তামো কুমার নত্রা?

কুমাব - মশি ইবুংঙো, কবি হাযগদবনো?

মোটোবিষ্ট - ঐগী গাড়ী মনিংসিদা কাখৎপীবকউ। ঐখোযগী অহলনা তামোবু নুমিৎ ৫ নিসিগী মনুংদা পুবক্তবা যাদে হাযবগী যাথং পীখ্রবনি। ঐনা পাযবিবসি উব্রা মসি নোংমৈনি। ঐনা হাযবিবসি যাদ্রবদি খুদক্তা কাপ্লগনি।

শান্তি - কবি মবমগী মহাকপু পুগদৌবিবনো?

মোটোবিষ্ট মদু কোন্না খঙলক্কনি। চৎলসি তামো।

শান্তি নত্তে, মহাকপু পুবিখিনু। পুখিবা যাবোই। হো, কনা কনা লৈবগে?

মোটোবিষ্ট হে, লাউগনু নুপী। (নোংমৈ অহুম্লক কাপখিবগী মখোল তাই, মোটোবইসাইকল থোঁখিবগী মখোল তাই)

শান্তি - হো, কনা কনা লৈবগে, নো... পাযবনা মী ফাখ্রে।

মীযাম - কৈদৌবে, কৈদৌবে।

মীযাম কুমাব ফাদুনা পুখ্রে হাযবা।

মীযাম কবিগীনো, কবম্বা পার্টিনা তৌবিবজাৎনো?

মীযাম - খঙদেনে

(ম্যুজিক)

অমুবা মী পুম্নমক মযুমদা চঙনখ্রে। লাংলম্বা নীল্লম্বা পুম্নমক পুমচিক চিকখ্রে মফমসিদা লৈহৌবিবা হাযববু ঐ অমসুং ঐগী রিঙ্গো - অসিতা ঙাইবে।

.......



Konsam Kulladhwaja was born on 18th August, 1959. He has to his credit three Manipuri novels, three books of Manipuri poetry, one book of translation, two anthologies of poems written by Manipuri poets and one book of Radio plays. Besides these he has translated many poems from Manipuri to English which were already featured in souvenirs and anthologies published by various literary organisations in and outside Manipur. An inhabitant of Sagolband Tera Khuraijam Leikai, Imphal, K. Kulladhwaja is now serving as a Free Lancer. A recipient of Senior Fellowship Award in Manipuri Literature, he also associated literary organisations like Manipuri Sahitya Parishad, Imphal and Writers Forum,